থোঙজবা :— মিস এনঃ গঙ্গারানী দেবী
নাওদম বাজার, পিঃ ওঃ ককচিং, মণিপুর
পিন ৭৯৫১০৩।

কপী :— ৫০০, জানুয়ারী ১৯৯১

কভর ডিজাইন : শ্রীক্ষেত্রিঃ ইবোয়াইমা সিংহ

মমল :— লুপা ১৫·০০







নম্ফম :— দি লিলা সিংহ মেমোরিয়েল প্রেস,
ককচিং বাজার, মণিপুর।

পাক্ল' লৌবৃক চেদিং ;
লাঙ্গোন লোঙ্গুম্ম খোর্জৈ :
পস্থৌ' শিম্থা পাংজরে।
লোইবে লাইরিক, হম্মরক্লে ;
নংস্থু লাকও অপোকপা।

মপ্তুনব' ফুরিং—ফৈজোম।
ফিজোল হোংজনী নচানা।
'সিদা ফর্ম্বায়ু, বাবা,
ছৌনা পাজরকে তাবীরো
'লুকমায় পুবী' নচাগী।

# সুকমায় পুরী

পূং ১১ থর হেল্লে। সুম থেংগনি খঙংম্মদি গাড়ী মচাহু পুরকঅম য়াপোংনি। ভাইখিগেদা, পাউতদি তারগা হনগে। পূক তৌরা থল্লে; খেচ্রি ঙক য়ৌমৈ চারুরে। "খ-খংদ্রেদা চ-ন্দ্র, ক-কাঙ্গোগী মচন অমত্তং প-পোকচরদি" থৎ থৎ তৌদুনা মাখ্মনা শোল্লি। "মুপানা হেন্ন পাম্মীবো, মাম্ম ঐদি" হায়রুবদা মঙক হাইরকই।

ঈংনা চীরু নুঙাইবা ইমুংনি। ইনাক খুম্বে হায়রুরদি অঙাং তরামুক য়োকপা য়ারি। লীকপদি মহানি। হীক কাইনবে ফিবমদা তূম্লিবা চন্দ্র, কাস্তনা শেংলিবা অতিয়া মচুগী খোঙগ্রাউনা শাক্কিনি। উরৈরোম মচুগী কনেকমম্ম থূবাকমুক পাক্ক ফোংলী অনী-মক। অনীঙবা শাক্কিনা কাচিন্দা কুপ্লিবা অমত্ত ঙায়রবা মীনাইসিনি। ঐনা ফিংলপ চংপদা মানা তাম্ব ফংপোং নত্তে। তোমচৌগীস্থ (ঐগীনা ভাইচৌ) শাদোংনি ওফিস অকা-অকূমগী। য়োংলী মখোঙ অনী রাংলিঙৈদে খঙই ভাইচৌ লাকএ হায়সি। কোত্রোক, ক্রোক-ক্রোক; টাটা গাড়ীগী কার্ষ্ট গ্যারগী মখোলনা হেল্লোই।

পুং অনীমুক ওইরনি ঙাইরকইসি। মঙ্গী মফমদৈ পাউ তাহনা চঙঙকপনি। য়ূম চংলম্মদি ঙসাইনা হোসপিটাল য়ৌরনি। ৱারী মখা শমথবস্থ খঞ্জানরে। কুইখিনি, মরৈ তংপা মীগা অৱায়-অথুম তৌনদৌনিনা। নত্তে, মাগীসিবু কত্ত-ন্নুংদ থোক্লব্রনে? ঐনা তারকইদি পুং তরাগী অহুৱাইদা পোক্কনি হায়সিনি। খঙনীং-বনা হেক্তিল্লকই: চংলুরগে খল্লে। হৌগংপগা মৈ মুংহিবগা চপ মাল্লে। মাম্মনা শিং শিঙ্গুনা চংখিবগী মখোল তায়। চূখংলবা মিংশেল থাংমৈ অমা পৃহুনা লাকই। মিনিট তরানুক ঃইরে: মৈদি লাক্তরে। টোর্চ লাইট লৈব্রা হ সিরা? থাজবৈ ৱাংমদা লৈবো। য়ৌরুখিগে হায়রম্মগা থোরক্লে।

অহম্ব কার্বোন চেমুক মমই। থোঙ্গালদৈ খাবোমদা না-তুনা চংলী। হন্দক্ত শেম্ব লৈরক্লী: ঈশিং তুংলোই। নোংপোক নোংচুপকী লম্বী অচৌবা য়ৌবে। ভিক্টরি ইংলিস স্কুলগী মপা য়ৌরকই। মনি শামি খরদি উবে। লৌয়ায় লম্বীগী ময়ায়দা চপ লেপ্তুনা থল্লী: করম্ব লম্বীদা চংসিগে? লাইথগোল লম্বীদা চংলগা য়াইখোম পরেং য়ৌবা। অহুদৈ ময়ায় লৈকাই লম্বীদা চংলগা ঐখোয়গী লৈকাই য়ৌবা অমা। নত্রগা লৌয়ায় লম্বীদা চংলগা খোংনাং মরিকাংবা য়ৌবা। অহুদৈ অঙ্কম চংপনা কেথেলগী ঙায়োনকম লম্বী ফাওভিল্লবদি য়ূম য়ৌরবগা মান্নরে। অহুবু ঐদি ভাইচৌগীদা কোয়রকপদা মথক্কী লম্বী অনাম্নিদা খক লাক্লে। ঐগী লম্বীদি য়ূমদৈ চুমড্রিং লাক্লুনা ইরুমনিংথৌ লাইমাং ফাও-গংতুনা লৌয়ায় লম্বী য়ৌবা। অহুদৈ নাওদম বাজার য়ৌরগা নোংপোক পাংনা লাক্লুনা মখোয়গী লৈরক য়ৌবা অসিনি।

লাইথগোল লম্বীনা শম্ব হেনগদ্রা? করম্ব লম্বীদা চংসিগে? মঙ্কফাওনৈ। নাওদম বাজারগী মায়কৈদৈ গাড়ী মখোল অমা তারকই। লাইট উরকএ। সোমদা চুমড্রিং থৌরকই। নখালৈকাইদৈ

ৱায়তুনা পুখিব জীপ্তু ওইরিনি। তিং, তিং : হন্দোক্লে, থূংতমক থাঙ্গৎলী। গাড়ী থামই। চওশিন্দুনা হংই, "অশোয়–অঙাম থোক্কেকো, অঙাং উন্নরব্রা ?" "হোয়, নুপী ঙাক্তনি। ফাইবোক্নি।" ড্রাইভর মথক্তনি হল্লকইসি। ইনে, ভাইচৌ অনীমক চৎসিগীদি আদা লৈরনি। হঞ্জিন্দনা পাউ তম্মুখিগে হায়রুবদা তূম্মিংলমাল্লে হরাউনা উই। গ্যার পান্দুনা নোংচুপ্ত মমায় লৈখি। অশাবা মৈথু ঐওোন্দা থংকাম কামশিল্লম্মগা য়াঙনা থোখি।

অস ! ফাইবোক। নুপা ফাইবোক্কা মতুংদা অমুকক্তু নুপী ফাই-বোক। মাম্মনা শোনখিবত্তুবু চন্দ্র-কান্তগী মচন 'অমতং' হায়ব্রা, 'অমমম' হায়ব্রা ? নীংশিংবা থোক্তে। ফেমিলি প্লানীংগী মতাংদদি ভাইচৌ ইবানিগী মত অমত্তনি। ঐগী সনাহোৎবা, চন্দ্র–কান্তগা পোকমিন্নৈ। হৌ অনী লৈরগা ঐগী সনাহন্বী, অদুদৈ অনী অমুক লৈরগা সনাতোম্বা পোকই। অদুঃ লেপখ্রে ঐগীদি : ওপরেসন তৌরুবা থা মঙা ফারে। সনাহোৎবা চহী নিপাল শুরে। পিঃ আরঃ দা ষ্টেন্দার্দ টুদা তম্মী। মাগা ক্লাস মান্নৈ : চন্দ্র–কান্ত। ভিক্টরি স্কুলদা তম্মী। ভাইচৌসু অদুং অহুম শুরদি ওপরেসন তৌনি হায়। নাওরোন থূবা ফত্তে হায়সিদি মাগী মতনি। অদুবু অঙাং অহুম হায়রিসিবু অমমম অহুমক পোকপা অঙাংবুরা নত্রগা···? যণ ওইরদিকো মমল কাবক। "অস ! মাম্ম !" লাওখিবগা ঈরোয়-ননা ইমুংলোমদা মায়না উপশিন্দুনা তাই। সেগাদা য়েপ্প ছাটিনম্ভু লৈহো য়াদে মতাগুম ইন্নরকই। মথোক্ক লূখমদা তোক। ওয়্গী থূরাইদি থোঙথোঙনা ওকখ্রে। মৈভান্দা য়েংঙদি মমৈ মকোক পায়তুনা কম্ম চিংখ্রবা, মউন থোক্লবা ঙাপ্রুমগী মবুকতৌনা উরনি। অনাবা থাওতুনা লাউই, "করিগীনো মাম্ম, থোঙ হাংদোক্লনা থনমইসিবো ?

থং থং তৌদুনা চৈ থাংলকই। ঐনি খঙঙবনি। "বু-বুতু ফুংশিংনা ত-তৌবনিনে।" য়েংকী খোঙনা চেম্নরকইবা মোরাসিনা ঙাকশিন্দুনা থম্নবৈ বানিদনা। নোং-ফুংশিং তৌরকএ হায়সিদি মাম্মনা হায়রকপদতা খঙঙকই। মশূম্নপী অনী অমুক্তদা ফংএ তাবদা মাম্মতু হরাওজে। চন্দ্র-কান্তবু হৌদোক্লে তৌই। অহিং নোংয়ায়নি; হৌদোকপীরুম্নু হায়দুনা ঐনা খামই। ঙসি থাংজনি: জুলাইগী পয়লা তারিখনা নোংমাইজিং; হংচিংনা কা.লেন। ছুটি ঙাক্তনি; হয়েংদি বারো কাওবা তূমগে। ভাইচৌগী ফমুংদা তূম্মুরো, থেঙঙে চংগ্রম্ন হায়দুনা মাম্মনা তাকপী। ম্নুপী অঙাংনা মিপাইনরম্মনি হায়দুনা অতুম থোরকএ।

নোংজু ফবা চহীনি। অনীরক লোকপনা খর কাম্নজবা, সর-কারগী সড়ক কোঙ্গুং মশীং য়ামথংপা কুমদানি। পূম্নম মপ্ন লৈচিনগী মখাদা অঙৌবা লৈতিন মপাক মপাক য়াঙনা পায়থংলকই। মসি হৈথরকতৌরে হায়বৈ পাউজেন্নী। খোঙথাং খর থুগংলী। তোয়না চংপা লম্বী হায়সিম্নু চিংদুনা হেক্ত মপুবোইরে। অঙাং পাংনা চংলম্বদৈ নোংচুপ্ত মায় ওন্দুনা চংলম্মে। চপ লেপ্তুনা থল্লী। মসিগী লম্বী অসি অকুং-অতোঙ য়াম্ন লৈবনিসে। ঙৌরুনৈ হায়দুনা নেংলুবদা খুজেং য়োনা লুপকল্লী। অঙাংগী লৈরক ফাও-দোক্লগা কোলাস লম্বীদা চংপনা ফগদ্রা?

থংঙান ঙাল্লকই। মথংদা গুরুং গুরুং। এ, উপাই অমদি লাকএ হৈ। লোয়ননা খোঙম্নু অতুম থাংলকই। মঙালসিনবু মরক মরক ফাওরকঅদি গজ চাম্মগী লম্বেলদি মীং উইশিল্লম্নু চংপা ঙমগনি। মাগা শাগোম্নরিবা অমতুগী বাদি খলহৈদে। খন্দোক্লবা ছাটিনসি শেম্নবদা কনা বাদৌরি। রেডর কোক ওল্লে। নাওদম বাজারগী নোংপোক থংবা চুথেক য়োরকই। পানা চুরম্ব নোং খজিক কুঙশিল্লকই: কম্ন চুবদি নত্তে। বাজারগী ষ্টোলশিংসি

অহিংদদি থরায় য়াওদবনিনা তুম্বক তুম্বক লৈ। যণবোই নক্রগা য়ুঙাওবা অমফাওবনা থরায় হাপ্পীদ্রমাল্লে ঙসিগী অহিংসিদি। অস! খুকউ ফাওবা পুৎথরে। অয়ো ইমা, ঐবু কয়া য়াম্ন ফৈরুবৈনো? উনশা হিগৎলবা ওয়গী খুরাইনি; য়েরুন মগুৎ থানা তৈত্নুনা বেন্দেক্ত পুম্নগা মাল্লরে। হরাগাড়া চাকানা হন্দোক হঞ্জিন চৎতুনা থীংলবা, খর পীকপা নুংনা লৈখোম ওনথ্রবা চাওরবা কোঙ্গ্‌ৎনি। মনমসিদি করিনো? হুঁ লৈস্নম মনম্লি। ঙংা ইশিং তারমদাইদা নপ্প মনপু হৌজিকসু নপ্প হৌনরা? লৈখোম মনম ওইবা তারে। খোঙ শংকে হোংনবদা খোঙউপ লৈহোগে তৌই। খোঙনম পোম্বোক্লুনা চেকশিন্ন শংকংলী।

কাবক কাবক চামখোক্লদি চংপা নুংঙাইরোইদৌরি। কৈথেনগী নোংচুপ-চুথেক্ত য়ুংবা পোই মখোঙ য়োরমদাইসি ইশিং তুংগল্লী। খোঙনা মাতুনা চঙশিল্লী। ইশিং থেংনরে; নোন্তুনা তপ্প চামখোকই। খংঙান ঙাল্লকই। অয়াম্ব লৈখোম চামখোকএ। খংয়েং য়েংখৎলী; লাপুক্ল মী অমা উখি। ফি অঙৌবনা সুট তৌই; কৈথেনগী লৈট্রিন্দ চঙ্ঙু মাল্লে। ঐনা খৌদেমই: নোংথক্তগী পাঙখুম পীরকই, গুরুং গুরুং।

খোঙথাং তরেং নিপানগী মতুংদদি মাঙদা রাউরি রাউরিবা অমা লেপ্লীদো উরকই। "কনা ওইবীরবনো?" ঐনা হংঙি। "ঐনি" খুম্নকই। নুপীনি; কোক খুম্বগুম উই। কোক্তগীদু ··· লুকমায় ওইবা তাই। ইশাগী খুং পাল্লি খঙবতনি; ভাবনা শাবা নক্তনা উবদি রায়। মাগী শকওই, ফিবম, ওইবা য়াবা চহী পূরুীংনা শাতুনা হায়রুই, "ইমা, অসুক থেঙনা কদাইদা চৎলুবনো? য়ূম্ন কদাইদনো?" সড়ক্কী নোংচুপ্ত, ইথৈখোং মপান্দ মুশিন মুনা লেপ্লীবা খোংনাং পাম্বীগী মায়কৈদা মথুৎ থিম্বঙুম তৌই। "আইদা চৎলুবনি। য়ুমদা হল্লকইবনি।" অসুক খোং-নৌবা খোঙ্গেল

অমুকত্তু তাজকি। মথোক কারিডে মতামদনি অমুক হেক খোং-লমখ্রি। পূক্কীং নৌথোরকই। লৈখিদবা কুইরবা ইমা নীংশিংলকই। "ঐ থিক্করমগে. ইমা। কদোমদনো ইমাগী যুম ? ইমানা ওল্লিবগুনা পক্তাও য়োকা লম্বীনি। অসোম্ব শুমাঙলৈকাই লম্বীনি অহুমা···।" মরুক থৎলকই, "খঙদে খঙদে। থিঙ্গবক্ত য়ানিদা।" পঙ্গাওরোমদা তপ্প মোঙ হাদনা চংখি।

ওন্থোক্ক মেঙশ্রবা খোঙ্গেলনি। মীহাৎপৈ থম্মোই ফাওবা শুমহৎপা ঙমদোবোই নীংই। অনকপা সিবাইগী মীদি ওইনি। অহান্ব থেংনবা থোং মপাদা চপ লেপখি। মায় লৈশিন্দুনা চং-খিদো মাল্লী। তিংক মায়ংক্লংশম তোই। লম্বী খঙদবৈ ওইবা তাই। চেনশিন্দুনা হংদুই, "ইমাগী য়ুমসিবু অসিদরা ?" "নত্তে. খর রাংজি" হায়রম্মগা অমুক চংখ্রে। য়াম্ন নুংঙাইত্রদ্দনা লম্বী তাকপীয়ু, থিক্করমগে হায়ভে। "য়ারনি, য়ারনি। নংস্থ চৎচরো" হায়রকই। করম্ব হন্নুবীনোনে মসিবো ? থিনবীগে হায়স্থ য়াদে; লম্বী খঙদ্রে হায়সিস্থ চুম্মবনি। বাজারগী লেট্রিন্দ অমুক, মীগী কোম্থোঙদা অমুক চঙদো তৌরম্মীনি মযুম মান্বদৈ। মাগীদি লায়বু লায়রিনে, মীনা ঐবু করি হায়ননি ? নোংয়াই মতুংদা হন্নুবা অমা থেংনরগ্গা য়ুমফাওবা থিন্বীরমদনা চংখিবা মীনি মাদি; মী-ফত্তনি, মীরৈহৎনি হায়নরোইদ্রা ?

অশাঙবদি ফাথবা ঙমদনা লাপ্তরু মতুং ইল্লী। খোঙ্গেল থোংথৈ মতীক থম্মোই কম্বজাংনি মসিগী হন্নবীসি। অনাবা হৎবা চৎনুবা শোয়দনা ওইরম্মি। মযুমদা লুকমায় থম্মুবা নংজমদে; অনাবৈ ফিবম হেঞ্জিল্লুরে তাকই। মচা-মশূকা লৈতবা ভাংলনে ? ফরে, অমত্তম্ন হংলরোইদ্রা। চঙদৌরিবগি সড়কী নোংচুপ্পনি শোয়রে। অমুকহ লেপথ্রে। হন্নক্ত্রি কৈথেনজোমদা অমুক য়েংবোই তৌই:

অহুবু উকুলোমদা মায় ওনলিন্দুনা লেজোই উই। চঙগ্রদৌ মাঙ্গী। থাক্লোমদা মায় অমুক ওনগ্রমাজে।

চেনখত্তুনা মাঙদা থংলে। হায়জে, "ইমাগীসি অশেংবমক য়ুমগী মায়কৈ থংগ্রে। কনাগী ইঙ্কুনো? করম্ব লৈরক্ত চৎগদগে অমুক্ত হায়বীয়ু।" লম্বী থৈদ্‌না চংনবস্তু হোৎনদে। মোঙ হার্দনা অহুম খুমকই, "এ, য়ৌরে, য়ৌরে। সিদনি।" ফমা নরু লেম্বকনি; মশক লাকশিন্ন ইঙম ঙমদে। খিলছল্লীংদে হায়সিদি থোৎলবা খোঙ্গেলগী ইঙ্গিংনি। "রারৌবীবদি য়াদে, ইমাগী ইচা-ইশুকা লৈব্রা? থবক ইংখাং তৌবা য়াওবরা?" "এ, ইচা-ইশূ য়াঙ্গী। থবক তৌবা মাঙ্গু রাম্ন য়াওরি।" লম্বী থাদোকএ। মচা-মশু পল্টন অমা লৈজরবস্তু মরা চংশীদ্রবা কমাণ্ডেন্ট ওইরে। নল্লদবু মীৎ পাঙনা পাঙনা করিস্তু উবা ফংদ্রবা নোংজুখাগী অহিংসিদা দম লোইরবী হনুবী অমবু মথূক্ত মৈরা অনফাওবা পীবিদনা।

মচা-মশূ ফাওবনা থৌশাবীদ্রবা হনুবীসিগী ঐনা রাবীক্ক হৌনদে। হল্লগে নীংই। ঈমায় তোঙনা ঈন্সেল কল্ল চেল্লিবা ঈথৈখোং উরুবদা রাখল অমা ফাওরকই। মথংগী থোংদনি মানা চঙদৌরিসি। থোং লানবদ্দা খোঙকম শোয়বদে তাশিল্লদি লুক-মায়না হি ওম্বঙ্গি য়ারোই। মকস্থীগী হায়রদি ঈশিংদা ঈরাক্কবনা মতীক চপ চায়। কুম্মৈ নুঙাইদৌরি। লাপ্প মতুং ইল্লী। চংনা চংনা, খোঙগ্রাউ ফৈরু য়ৌমৈ থেক্কংলী। হাক সার্টকী খুদাং পাম্বোম নরু য়ৌনা তাখংলী। চোম্বরিবা ফুরিং খোঙগ্রাউ মলুংদা নম্মশিল্লী। ঙক্কী কুদাম ফাঙিল্লে; ক্রুক ক্রুক্ক ফাজিল্লবা ডাইভিং সুট ওইরে।

করিনো লেপগ্রেনহে? থোং য়ৌদোদি লম্ব অমা অনী রাংখিনি। মায় নোংচুপ ওন্দুনা খোঙথাং অমা অনী থাংগ্রগুম উই। ঐনা কল্ল লাউই, "ঙাইখোও ইমা, থোং য়ৌদৌ রাংলিরে।"

মমায় লৈরক্লনা ঐভোন্দ য়েংঙকপোই তৌই। খর জাওরপ ফৈরপ তৌবা জাংনি মসিগী হন্নুবীসি। মতম কুইরবৈ রানিঃ থোং অমা থারম্নই মানা লেপ্পীবা মপাতুরাইদা। হৌজিক্তি থোং থারম্মী হায়রৈ খুদমফাওবা লৈতরে। থোং অতু লাম্বোকঅগা পুখ্রী মচা অমা লৈরম্মী। ঈশিং লুবা য়বগীদমক মমিং চংলম্মী। হৌজিক্তি ফত্ত হৌদি পৈফম ওইরে। মতমতুগী লম্বোদি থোং অতু লান্দুনা পুখ্রীগী মপান অতুগা ঈথৈখোংগীনা নাকন্দ লম্বী ওইদুনা চংথোক চংশিন তৌনরম্মী। অহনগা ওইরক, থামন্ব নোংজুগী অহিংগা ওইবনে, থাইনগী থোংতু লৈরিবোই খঙ্বে ওইনি সুন্দ্রংদা খোঙনা চংতৌগী তেমশীংঙিসে।

ঐনা য়েংনীংইদি থোংদৈ শ্ৎ নাম্বদুনা ডম লাউনা তাশিন্নহুনি। ইরেম্ম ঈশিংদা কুমথবদি কদাইদৈ য়ানি হায়গে? লুকমায় পায়রগা লোংনা চিংথুবা তাবনি। থোং লান্দনা তোকপকা য়ারোই। মথূৎ পায়দুনা চিংবৈ রাকা লৈতে; মাঙদা লালহনদোইনি। চীন খুম-তুনা নোকপৈ মখোনগুম তারকই। সড়ক্কী মতাইদা, ঈথৈখোং মপান নপ্প চংখৎলী। মনাক য়োদোবা লম্মুক্ত ভায়রকপদা "ইমাস্ন য়োরে, চাহৌরগে। নঙস্ন চংচরো," হায়রম্নগা ঈথৈখোংগী ঈমায় চোল্ল ঈচেলথক্তা খোঙফম নাম্ন থমগ্রে। থাম্বসু নংহৌদ্রে; চোংথগে থৌরাংই। অস! করিনো? স্বর খংফুন ফুনগৎলকই। মিত্রংনা শুমইৎপগুম শংত্রিক য়েংই। মনম পোম্ব থোং অমদা লাম্বগুম উই। তপ্প তপ্প চংলি। খংডান ভাল্লকই। ঈয়ায়থক্তনি: ফুট অনীরোম রাংখৎনা চংলি। লুপাগী লূকম্মায়, লুপাগী ইস্কফি, লুপাগী খ্বাংজেৎ, লুপাগী কনেক! থাবলগী কুচু!! "আ!!!"

রারী শাম্লবৈ মওং মাল্লকই। ময়েক শেংনা তারকপোই তৌরে। কনানো অমা চঙঙকখিত্রা? মানা করিনো অমা হায়খিত্রা?

অহনগী খোঙ্গেল অমা নক্ক ভারকই, "করিস্তু য়ানিঙাই ওইদ্রে। জ্ঞান লাক্লনি।" "করম তৌনা কদাইদা লৈরম্বনো?" ঐখোয়গী অয়াইমগী মখোন নক্ত্রনে? "ইবো, নোংস্তু কম্ন খোংই; মী অমস্তু কম্ন লাউরকই। পাথত্তুনা লাউনা মাল্লী। হৌই, নোং খোংবদগী হেল্লী। ঐখোয় সিরাইদা লৈবা মী লোইনা হৌগংনরে। খরনা থাংমৈ, খরনা থাঙ তেন পায়তুনা চেপ্তোক্লবে। 'কনানো কদায়-দনো?' হায়দনা কোয়রাউ লাউদনা থিনরে। ইবো, ভাইহাক পন্তরম্লদি শিবু শিরমগনি। থোং থারিবসে অসিদগী লম অহুমলোম চথরগা থেংনবনি। ভাটিন অমা মখুৎ য়েৎনা চেঙ্গেৎ পায়রম্মী। ভাটিন্দো হাংদোকপ্রা অহনা ঈশিং ঈচেন্ন খজিক খজিক পুথরম্মবা। লোংনা তারম্মী। কোক, খবাক, ঈশিংদা লুপ্পি লুপ্পি তাউরম্লবনিদা।"

মীং ইকম লম্মী। তপ্প তপ্প পাংথোকই। কা মচানি; মীনা কুক কুক ঈন্নে। সড়ক্তগী অর-তিতি লাউরকপৈ মখোন তারকই। হকচাং খজিক্কং লেঙনাংঙকই। করিগীনো হকচাং পুম্ব ই-না য়াৎ-পদৌনা শারি শারি তৌরিসে? ফুরিৎস্থ য়াওরমদ্রে। খুৎনা নাল্লবা হকচাংগী মফম পুম্নমক মরী মরী পোয়মই। য়েৎলোমদা য়াতাদুনা চেপই। ডাক্তরগী হিদাক-লাংথক, গ্লুকোজ, ওইনমেন্ট অমত্তা য়াওদে মাঙগী লাতোন্দ থম্মীসি। ঐনা উইসি লাংথৈ মতোন অহুম্মে, য়াইঙং খরনে, তাইরেন মশা অমনে— সিখক্লনি। মায় খজিক লোংখৎলী; লুখুমগী ফক্লাংদা পিন্দুনা লৈবা উই, শীজিন্নবা কুইদ্রিবা উরোম শুমজিৎ অমা। শুমজিৎ অমনা লৈমায়দা শাংদ্রোং তাতুনা মাগী থোগল তৌরি।

অস! লৈম্নম মনম। লুকমায় পুবী। মতমসিদবো!

---

## অর্থ খব্র ম্রাস্যল্লৌ

স্পীগী কলেজনি। কা তরাতঙ্কী বিলডিংনি ; অরাং ওল্লী। বিলডিংগী নাকন অনীমক্তে ফুট নিপান নিপানগী ভেরেন্ডা লৈ। বিলডিংগী নোংপোকথংবা অরোইবা কা অহুগা শম্মহ্না ওফিস অমদি ওঝাশিংগী কমন রুম লৈ। কা মরিনি ; নোংচুপ ওল্লী। বিলডিংগী নোংচুপথংবা অরোইবা কাগী ফক্লাংগা মপা চান্না অরাং-লোমদা সাইকল সেড. লাইব্রেরি, কমন রুম অহুগা সাইন্স ব্লোক মথং মথং লৈথি। বিলডিংগী ময়ায়মক্তে ফুট তরা পাকপা কোরিডোর অমা লৈ। নোংপোক নোংচুপকী সড়ক ফাওবা চুমথ্রিং লৈরিবা কলেজগী লম্বী অহু ফুট তরানিথোই পাকই। মিটর ১৫০ শাংই ; কোরিডোরগা মপা চপ চানৈ। ওফিস অহুগা বিলডিংগী মমাঙদা লৈবা ফুট নিপানগী লম্বী অহু অরাং পাংনা থেকথিহ্না সাইন্স ব্লোকী অরাং ইথং থংবা কাগী মমাঙ ফাওবা শাংদোকখি। সাইন্স ব্লোকী ময়ায়মক্তগী অতেম্ব লম্বী অমনা কলেজ লম্বীগা শমজিন্নৈ। লম্বী খুদিংমক কোলাস থাই।

১৯৮৮ গী আগষ্ট ১৯, ঈরাই নুমিৎতনি। পূং তরামথায় তারে। পাতক চেংতক তৌনা ৱাংবা পাশং অমা ওফিসতা লাকই। ওফিসিয়েটিং লেকচরর ওইনা হুন্দক্ক খল্লকপনি। ডিপার্টমেন্টকী হেডনা ক্লাস খরদা মাবু ইন্ট্রোডুস তৌই, "শ্রীথৌদাম শরত সিংহ ওসিদগী ঐখোয়গী কলেজগী ওঝা ওইরে। ছাত্র অমা ওইনা য়াম্ন ফনা হৌরকই। মেত্রিক্ক ফাষ্ট ডিভিজন্মী অদুগা পিঃ ইউঃ আর্টসতা ৮শুবা পোজিসন ফংই। বিঃ এঃ দা হিস্ট্রি ওনর্স ফাষ্ট ক্লাসনি। ১৯৮৬ কী হিস্ট্রি গোল্ড মেডালিষ্টনি। মেত্রিক্কি মণিপুর বোর্ডকী মখাদনি অদুগা অতৈদি কলিকতা য়ুনিভর্সিটিগী মখাদনি। হৌজিক হৌজিক-মক পিএচঃ ডিঃ তৌরি। ওঝা শরতনা ঐখোয়গী কলেজদা জোইন তৌরবসি ঐখোয় পুম্নমক্না লাইবক ফবনি। মানা তম্বীগদৌরিবনা ইউরোপীয়ান হিস্ট্রিনি।"

মথংগী নুমিৎনি। ওঝা শরতকী ক্লাস অনী লৈ; পূং ১১ মিঃ ১৫ অদুগা পূং ১ মিঃ ৪৫। অয়ুক চুপ্প পাতুনা নোট শেম্মী। চাক তোক্লবা তুংদা অমুক ফমথতুনা নৈনৈ। হৌগৎলকপা মতমদা পূং তাদৌরম্লে। স্কুটর ঈস্লোরকই। নোং থিক্লি থিক্লি চুরম্মী। য়াঙনা থোরকই। কলেজ গেট লানশিল্লকপদা ক্লাসকী মতম মিনিট মঙা হেন্ন হৌজিনখ্রে। সেড য়োরুদে। সিড়িদা চুমথ্রিং ঈনখৎ-লকই। কোরিডোরগী ফক্লাং ময়া ময়াদা থাম্বিবা ফান্দ ছাত্রী ময়াম ফম্লম্মী। মরক থায়তুনা লাকই। নোংচুপ ওন্দুনা ভেরেন্দাদা গাড়ী ঈল্লকই। ভেরেন্দা মপান নপ্প থারিবা ফান্দ ফম্লম্বী ছাত্রী-শিংতু ওঝা লাকএ হায়ংনা কাদা চঙনখি। হাংদোক্লিবা থোঙ মপা হেন্দোরকই। খর ঈন্দুনা গাড়ী মমায় নোংপোক্ক লৈথোকই। থোঙনাউ অতুগা থোঙ অনীগী মরক্ত ফক্লাং ময়াদা খিন্দুনা থম্মী। খিক্তং চোংলে। রুমাল লৌথোক্লুনা মায় তৈথোকই; শমজেৎ লৌথোক্লুনা শম হাংলী। থা-ৱাংগী ফক্লাং অনীদা থোঙ, থোঙনাউ

মপা চানা চানা ফাৎলী। পূন্ন থোঙ মরি অদুগা থোঙনাউ তরানি। মথাগী থোঙনা মনিঙনি; অরাংগী থোঙনা মমাংথোঙনি। মমাঙদগী চঙগে থম্বগীরা ওঝা শরত লেপ্তুক তৌনা চৎলী। অদুবু কানশিনখ্রে; ছাত্রীশিংদু লেপথৎলী। "সিট ডাউন প্লিজ" হায়ঙ্গনা য়েৎলোমদা লৈবা পাক চাউরবা প্লেটফোর্মদা কাখৎখি। ব্লেকবোর্ড মনাক্তগী চৌকিদু চিংশিন্দুনা ফম্মী। টেবল মথক্ত নোট থমদুনা ঙাইহাক য়েংই।

১৬৮৮ গী গ্লোরিয়স রেভোলুসনগী মতাংদনি। মিনিট মঙারোম ঙাঙলবা তুংদা ছাত্রী অমা হৌগৎলকই, "ওঝা য়ারবদি মৈতৈলোন্ন তাকপীয়ু।" ওঝা শরত ভাব তারকই। হেৎখিবা মিনিট অমা অনীদা ছাত্রীশিংদু মুরম মুরুম তৌনরকখি। হীরম অমা মমূৎ তানা খঙহন্ব তারবদি মনারোন শীঙিন্নবা তঙাইফদে। "সুমহায়না তৌসি," লেপথৎতুনা খংহায় হায়রকই, "হারী অমুক হঞ্জররোই; মথা চৎথজরক্কে। অদুম তৌর তৌরগা হায়বা, হৌখিবা হারাং লোইনা খঙঙক্কনি।" থৌদেমহুনা মথা তারকই—

"পার্লিয়ামেন্টকী এক্ট অমনা প্রিনসেস মেরীবু কৌশিন্নি। হায়বগী অর্থদি ইংলেণ্ড লৈবাক্ত নিংথৌগা পার্লিয়ামেন্টকা শক্তি মুন্নরকপদু পার্লিয়ামেন্টনা ঙম্মে হায়বনি। সুমহায়না তৌদনা ডচ রিপব্লিক্কী চূক্লী পায়রিবা ব্লিলিয়ম্বু বাত্তন তৌখি। মাবু বাত্তন তৌবগী মরমদি মহাক মেরীগী মপুরোইবনি অদুগা অমরোমদনা ইংলিস জাতিনা কেথলিক অমবু নিংথৌ ওইহন্নীংদবগীনি। অনীশুবা জেমস হিংলি অদুগা মচানুপা অমসু পোক্লবনি। অদুবু অঙাংদুদি কেথলিক ওইগদৌরি অদুগা ব্লিলিয়মদি ইউরোপ মহাদেশকী প্রোটেষ্টেন্টশিংগী লুচিংবনি। মরম অদুনা পার্লিয়ামেন্টনা অনীশুবা জেমসপু তাম্মোকই অদুগা মচানুপাদুবু ঈম্মোকই। মথোয়গী মহুত্ত ইংলেণ্ডগী সিংহাসন্দ ফমহন্নবা পার্লিয়ামেন্টনা ইনভাইট

তৌই। কনাবু? ৱিলিয়ম অদুগা মেরীবু। মেরী কনানো? অনীশুবা জেমসনা পোকপা মচানুপীশিংগী মরক্ত অমনি। অদুগা অমুকন্ন নীংশিংসি। হায় কোর্ট ওফ জষ্টীসনা পীবা হুকুমগী মতুংইন্ন খৃঃ ১৬৪৯ গী জানুয়ারীগী তাং ৩০ দা অহান্ব চার্লস নিংথৌবু মচক কক্কনা হাংখি। লণ্ডন্দ লৈবা মশাগী কোন্নুং মমাঙমক্ত হাংখি। হায়ৱিবা অহান্ব চার্লসকী মশ্ নুপীনি মেরী। নিংথৌগী অশেংবা ধারানি। কম্বাল কাবা হায়ৱবসি ইংলেণ্ড লৈবাক্তদি নিংথৌগী মচানুপা নত্রগা মচানুপীনা ওইবা য়াই।

"তো, স্নমহায়না তৌদনা ১৬৮৮ গী গ্লোরিয়স রেভোলুসন থোকখি। গ্লোরিয়স কৌবগী মরমদি ইমু নাইমু তাদনা লোইশিনখি হায়বদগীনি। ৱিলিয়ম্ন ডেবনসায়রদা থুংলবগা পম্বদনা লণ্ডন তন্ন চঙশীল্লকখি। কনামতনা মাগী মায়োক্ত লাম্বেংনগে হায়দুনা চোংথোরকখিদে। অয়াম্ব রেঙ্কবশিং ফ্রান্স লৈবাক্ত চেন্নখি। ১৪শুবা লুইস নিংথৌনা মখোয়বু চংচযম পীখি।

"ৱিলিয়মদি ষ্টিৱার্ট নিংথৌশিংগা য়াম্ন খেন্নে। ষ্টিৱার্ট নিংথৌ হায়বদি কনাবুনো? স্কোটলেণ্ডগী ষ্টিৱার্ড ৱালটরগী মচা মশূশিং হায়বদি মেরী অদুগা মাগী মপা মপুশিং অদুবুনি। ২ শুবা রোবর্ট, ৫শুবা জেমস, ৬শুবা জেমস অদুদগী মথং মথং লাকপনা অহান্ব চার্লস, ২শুবা চার্লস, ২শুবা জেমস অদুগা মেরী মশামকস্ন ষ্টিৱার্ট নত্রদো? ষ্টিৱার্টশিংদি পার্লিয়ামেন্টকী রুল পামদে; তৌনীংবতা তৌবা পাম্মী। অদুগা অমরোমদা ৱিলিয়মদি পার্লি-য়ামেন্টনা য়া-নবা চংলী। তো, স্নমহায়না তৌদনা ৱিলিয়মগী মতমদা পার্টি গভর্ণমেন্ট লৈরে হায়বা য়াই। ইংলেণ্ড লৈবাক্ত ইহান হান্ব ওইনা লৈবনি। পার্লিয়ামেন্তা খাইদগী মপাঙ্গল কন্ব পার্টিদগী মিনিষ্টর থল্লী। টোরি পার্টিনা মশীং হেন্ব মতমদা টোরিদগী মিনিষ্টর থলহনগনি। হুইগ্না হেল্লগনা হুইগ্তগী থলহনগনি।

পার্লিয়ামেন্টা মেজোরিটি কমাগু তৌবা পার্টিনা নিংথৌবু নমহুনা থলহন্নবগী রাক্ষমনী।

"সুম হায়না তৌদনা পার্লিয়ৈদা, আইরিস রোমান কেথলিক-শিংগী লালহো নমথবা তাথি। তাঙ্গোকপ্রবা জেমস নিংথৌ আইরলেণ্ড ঈথৎতা নিংথৌ ওইহনা পারম্মী। বোইনগী লানফমদা জেমসপু মায়থীবা পীথি। মহু খৃঃ ১৬৯০ দনি। হায়বদি ঐখোয়গী ভারত কলিকতা শেমগৎখিবা চহী অহুমহুদনী। সুম তৌদনা···।"

ছাত্রী অমনা হোঁগৎহুনা মরক থৎলকই, "ওঝা কলিকতা সহর শেমগৎখিবা চহীসি ১৬৯৬ তা নত্রনে?" খা থংবা যক্লংগী অহুমগুবা থোংনাউ মপাদা ফম্ব ছাত্রীনী।

"চুম্মী, টেক্সবুক থরদা মহুম্ম ইবম্ব থেংনরে। মসি য়াম্ম লাইবক থীনিংঙাইনী। ইংলিস জাতিদি রেলহোৌদেগী রেকোর্ড থমহুনা লাকুবা চাওখৎলবা জাতিনি। বৃটিশ সম্রাজ মুমিং তাদে হায়নরিবনি। জ্যাতি অসিগী ইতিহাস ইবদা শক, তারিখ অমগু হোংদে। তৌবতদি প্রিন্টিং মিষ্টেক ওইবদগী লাম্বমু য়াই।"

"করম্ব চহীনা চুম্মী হায়না খন্নীবগে ওঝা?" অথাং মায়কৈগী অহুমগুবা মান পরেংদগী ছাত্রী অমনা হোঁগৎহুনা হংলকই।

"ওথোরিটি ওইবা লাইরিকশিংদা ঐনা থেংনজবদি সুমহায়না তৌই। ইষ্ট ইন্দিয়া কম্পানিনা নোংপোক ভারত্ত লল্লোনবগী খোঙকম চেংনবা হোংনরকপসি ১৭ শুবা শতাব্দি লোইরমদাই থক্তদনী। খৃঃ ১৬৮৬ তা অরৈবা শক্তি শীজন্নহুনা চিট্টাগোং খৃহুম চন্নবা হোৎনৈ। অহুবু মায় পাকখিদে। উপাই লৈত্রহুনা অতোপ্প খুদোং চাগদবা মকম অমা ল্লেংবা হৌরকখি। সুতনাই হায়না কৌবা, অনেম্ব, চোৎ-চোং লাওবা, পাৎম্বী কোমম্বীনা থম্ব খুঙ্গং অমা লৈরম্মী। হায়রিবা খুঙ্গং অসিদা জোব চারনোক কৌবা

ইংলিস মচা অমনা কলিকতা সহর অসি শেমগৎখি। মতু খৃঃ ১৬৯০ দনি। ঐখোয়গী অসিগ্নাইদা লায়না ফংগদবা ওথোরিটি ওইবা হিষ্টোরিয়ানশিংদি ··· ট্রিঃ এফঃ টাউট, ডিঃ লিটনিকো : অমুদগী সার ফিলিপ হারটোগ পম্ব য়াই। বৃটিশরশিংনা ইব লাইরিক্ত ডিপেন্দ তৌবনা ফে।

"খা নোংচুপ ভারতদি কম্পনি অসিগী মপান নরু তাবা কুইরবনি। মাদ্রাজদা লল্লোনফম সৈসন ওইরকপসি খৃঃ ১৬৩৯ দগীনি। বোম্বে সহর অসি অনীশুবা চার্লস নিংথৌনা মাগী পোর্টুগীজ মহারাণীগী অউনপোৎ ওইনা ফংখি। চার্লসনা কম্পনিদা পীথোকখিবহ খৃঃ ১৬৬১ দনি। মসিগী চহী অসিমু লান্নি ইবা টেক্সবুক থেংনরে। তৌবদি প্রিন্টিং মিষ্টেক ওইরম্ব য়াই।"

"ওঝা, কলকতা সহর শেমগৎপা মতমদা ভারতকী নিংথৌ কনানা ওইরি?" মশম বোব ককপী ছাত্রী অমনা লেপখতুনা হংলকই। মাও থংবা ওয়গী ফান পরেংদগীনি। ইন্দিয়ান হিষ্ট্রি য়োশিল্লক্লে। ওঝা শরত পাম্বা লোইহৌনবা মথা চংথনিরা খম্বহুম উই। ভাইহাক লেপ্পী। অকক্লবা চহী অমদা করম করম্ব লৈবাক্ত করি থৌদোক থোকপগে, কনানা পাম্ব মতম্মো হায়বসি খঙনীংবা হৌনশানি। নৈনরিবা পাম্বা অঙ লায়না নীংশিংহনবদা মতেং ওইগনি। চৌকিদ্দা ফমথদুনা খংহৌ হৌরকই—

"সুমহায়না তৌবনি। ইংলেণ্ড লৈবাক্ত কমনরেলথ লৈবসি খৃঃ ১৬৪৯ দগী ১৬৬০ ফাওবনি। ভারতদি নিংথৌনা লাইনি হায়হুনা লৌনরিবা মতম্মী। খেন্নদ্রা? ওলিভর ক্রোমবেল কৌবা মুপা অমনা লোর্ড প্রোটেক্টর ওইহুনা পাল্লী। খৃঃ ১৬৬০ দা ২শুবা চার্লসপু কৌশিন্দুনা নিংথৌ ওইহনখি। চহী অসিবু রেষ্টোরেসন হায়দুনা খঙনৈ। ভারতদি কমদোই? হায়রিবা চহী অসিমক্ত নিংথৌরেনবু কৈশুমশঙদা লংশিন্দুনা রাজকুমার অদুনা য়েক্ক তিংখং

লৈতবা নিংথৌ ওইরে। রাজকুমার অহূনা নিংথৌরেল ওইরে হায়না লাউথোক্লুনা সিংহাসন কাবদি খৃঃ ১৬৫৮ জুলাইগী তাং ২১ দনি। রাজকুমারতু কনানো? ঔরঙ্গজেবনি। মপা শাহজহানবু আগ্রাগী কৈথুমশংদা চহী ৭ বন্দি থমহনা মপুন্সি লোইহনখি। কলিকতা সহর ঔরঙ্গজেবনা পাল্লিবৈদা শেমগৎখি। ইষ্ট ইন্দিয়া কম্পনিনা তৌরিবদি দিল্লিগী বাদশাহনা পীবা 'ফরমেন', হায়বগী অর্থদি 'য়াথং চে' অমগী মতুংইন্ন তৌরিবনি। ঔরঙ্গজেবনা পীবা 'ফরমেন' অমগী মতুংইন্ন বেঙ্গলদা কম্পনিগী লল্লোন ইভিক তৌবদা কনানমু থূৎ থিংজিন য়াদে। ঔরঙ্গজেব খৃঃ ১৭০৭ তা শিখি। মানা শিবা মতমদা ইংলেন্দা মহারাণী এন পাল্লিদনা। মহারাণী মেরীগী মচন্দো, ইহে, মনাওদো। অদুগা···।"

"কলিকতা শেমগৎপা মতমদা মনিপুরগী নিংথৌ কনানা ওইবগে, ওঝা?" ছাত্রী অমনা মরক থংলকই। লাপ্না লাউরকপনি। মনিঙ থংবা ফান পরেং অহরাইদগী ওইগনি। লেপখংলজবনিনা উদে। ওঝা শরত মতমতুগী মনিপুরগী ৱারী নীংশিলকই। পাখং ওইবনিনা ইকাইরপ তৌই। মচা পোক্লবা পাইখোম্বা মহারাজনা চরাইরোংববু নিংথৌ ওইহন্নবা কোন্নুংদা পুখৎতুনা থমখি। মুংখিল চাইবীমু নিংথেম নুবীগী সেবা তৌজনা সনা কোন্নুংদা লৈ। লোম্বা লোম্বপ্ন লৈরকপদগী থা শুজিল্লক্লে। মীনাইন্নবীগা মরী লৈনরে খঙলক্লবদি পাইখোম্বা মহারাজনা চরাইরোংববু নিংথৌ ওইহন্নগী ৱাফম লৈতে। চরাইরোংবনা অমে অথৌ থরগা লোন্ন রাতান্নে। খৃঃ ১৬৯০ দা মুংখিল চাইবীবু মপাম উচিৱাদা থৈদোকখি। মুমিং থরনিগী তুংদা মচান্নপা অমা পোকখি।

ওঝা শরত তপ্প হৌগৎলকই। "চরাইরোংবা মহারাজনা পাল্লিবৈ মতমদনি," থংহায় হায়রকই, "সোরি, সুমহায়না তৌবনি; ধারা লৈতবা নিংথৌ মথং মথং পানখি। অহান্নদা খুঙ্গাওবনা পাল্লি; মচা

পোক্কে। খৃঃ ১৬৬৬ তা মশাগী চহি ৪৫ শুবদা শিখি। মথংদা পাইখোম্বা নিংথৌনা পাল্লী। মহারাজ খুঙ্গাওবগী মনাও তোনাবনা পোকপনী। মানা পাল্লিঙৈ মতম্মদনি কলিকতা সহর শেমগৎখিবসি। মাগী মতম্মদা চীংঙাদগী মোংসাঙ্গে ফাওবা লম্বী শেমখি ; খৃঃ ১৬৭৫ দনি। খৃঃ ১৬৯২ দা শমজোক লান থেংনহ্নুনা যণ ইরোই য়াম্ম পুরকখি। খৃঃ ১৬৯৫ দা ইম্ফাল তুরেল লৌনম্বাল শিংজমৈদগী কিয়াম্নগৈ ফাওবা থোনখি। খৃঃ ১৬৯৬ তা ত্রিপুরীশিংগা লান থেংনৈ। সুমহায়না তৌদনা মথংগী চহীদা…।"

"ওঝা, মতমদুদা চিনাগী নিংথৌ কনানা ওইবগে ?" ছাত্রী অমগী বাহংসিগী মরক্ত কোরিডোর মমাঙগী ভেরেন্দ্রাদা য়াল্লিবা কাংশিহ্নু য়ৈরকই।

টেবল মথক্তগী নোট অহ্নু থ‌ূপচিন্দুনা পোকেট্টা হাপচিল্লী। প্লেটফোর্মগী চিদাইদা লেপ্পুনা খংহায় হায়রকই, "সুমহায়না তৌসি। মথং অমুক উল্লবদা মখা চংথসি। তৌবতদি এনা তম্বীগদবদি ইউরোপীয়ান হিষ্ট্রিনি। সিলেবস কভর তৌরবা মতুংদা অতোপ্প লৈবাকশিংগী মরমদা নৈনবা য়াই। ইউরোপীয়ান হিষ্ট্রি নৈনবদা অতোপ্প মহাদেশকী থোদোক য়াথোক মতাংচানা পঞ্জরক্কে। অসুম তৌর তৌরগা হায়রবা ; তপ্প তপ্প থঙলকনি।" কুমথরক্কুনা মমাঙ-থোঙদা থোকখি। লম্বী লাল্লম্মে। অমুক হঞ্জিল্লক্কুনা মনীংথোঙদা থোরকই। ভেরেন্দাদা লেপ্পী ; মপান থোকফম য়েংই। ছাত্রীশিংহ্নু য়ৌ য়ৌ তৌহ্নুনা থোক্লরকই। অতোপ্পা ক্লাস অমনা মহুৎ শিন্নগীনি।

মপান থোকফম অনীনি। মুপীগীনা নোংপোক্ত, মুপাগীনা নোংচুপ্পনি ; য়াম্ম লাপ্পে। ছাত্রী মরক থায়ংনা নোংচুপ্পোমদা চংলী ; কা অনী অল্লুম লাম্মোরকই। ভেরেন্দাগী সিড়িদা কুমথৈ। চংল্লা চংনা থল্লী, তম্বীবদা করি করি শোয়খিবগে ? থোইদোকপা য়াওখিদে। ১৭ শুবা শতাব্দি লোইরমদাইগী চাইনাগী ইতিহাস

মীংশিংলকই। মিনিট মঙারোম লৈরগা থোরকই। পুং ১ মিঃ ৪৫ গী ক্লাস্ত ফ্রেঞ্চ রেভোলুসন লৈনগনি।

মানা ক্লাস তৌখিবা কা অহূগী ভেরেন্দাদা লৈবা ফান মখি মঙাহু ছাত্রীনা পূময়োম য়োমহুনা ফম্লম্মী। ভেরেন্দাগী চুরি ভাক্মদা কাওবু অমস্থু লেপ্লম্মী। মানা থোবকখিবা থোংগী মপা, অহুগা মনাক নহুনা কোরিডোর অহ্ যাওবা ছাত্রী ময়াম ফম্ব য়াও, লেপ্প য়াও থূরক হাঙদনা লৈত্রি। মাগী গাড়ী মনাক য়োরকপদা ছাত্রী অমনা হায়রকই "ওঝা, ঐখোয়' ক্লাস অমত্তু তৌত্রি। অতোপ্প ক্লাস লৈত্রদি অম্বক্ত তৌবারো।"

"হৌজিক করি সবজেক্ট থোকপগে? ওঝা লাক্তবগীরা?" চপ লেপ্তুনা হংই। য়েংবদি য়েংলুদে।

"পোলিটিকেল সাইন্স থোকএ। ওঝা অমগুম্থু নহুনা অনা লাক্তে হায়রে। অদো, ওঝানা খর তৌবারমও" অতোপ্প ছাত্রী অমনা খুমকই।

"সুম তৌসি। ঐ ওফিস অমুক্ত য়োরুখিগে। ক্লাস থেংনা তৌগদবা ওঝাশিংনা মেনখৎনাংবা য়াওরম্ব য়াই। হাংবু হাংংদি ঐ হেক্ত তৌরগে।" ষ্টেন্দ হাইগংলে; স্কুটরহু ঈনগে হেক তৌবগা ক্লাস, রুম নম্বর হংগে হায়হুনা মায় খজিক লৈথোরকই।

"বাসন্তী, নখোয়গীদা নত্তেয়ে, ঐখোয়গীস্থু তৌত্রিয়ে। পূম্ন তৌহৃনা ফরোইব্রাও?" শারি শেংপনা হেন্ন পকচরগদবা ছাত্রী অমনা হায়রকই।

ভেরেন্দাগী মূখীদা ভাথহুনা ফম্লবা ছাত্রী অমনা হায়মকই, "ক্লাসতি নখোয়'দা নত্তে, ঐখোয়গীস্থু তৌদেয়ে; হাঙভিয়ে। নখোয় ভাব খর ভামন্দেকো। নখোয়না তৌবীয়ু তৌবীয়ু হায়রিদো ওঝাদি মথত্তনে। ওম্মোই হায়মী।"

"ওঝানদি তৌরগে হায়রিসিদে" অমনা অমুক ওক্লকই।

মরক্তগী অমনা শোম্বাংননা হায়রকই, "থাজখিদ্রেদা সত্য, যিশগী মতা অসিনবো।"

ওঝা শরতকী মুরৈনবা মায়রহু পুম্নকা কাহৎপ্রে। ঙ্গাটি থংতৌ তৌই। তোংখৎতুনা থৌখিগদোবা মাল্লী। মমায় খজিক্তং লৈথোক্লুনা মানা থোরকখিবা ক্লাসকী থোংহুদা য়াম্ন থুনা ঈন-শিনখি। ঝা ঝা লাউনা হৌনা নোক্লকপা খোঙ্গেলনা কা অহু পুমনিন নিল্লকই। "নাইন্টিসেভেন, নাইন্টিএইট, নাইন্টি···।" রোল কৌরম্ব ওঝাহু লেপখৎতুনা য়েংথরকই। খুবাক খুবদা নত্তনা ফান থীমহুনা নোক্লি। অহুগী ওঝাগীনি: থাম্বা অঁনোক ফাওদোকুনা য়েংথরক্লিবা মীং অনীহু রাইখু মমীংনা হেন্ন চাউগনি। শাউরগ হংলকই, "করিনো তৌরকইসে?"

ওঝা শরত, অহুগী ওঝাদা চেম্ন য়েংহৎলী: ঞ্চ, ঞ্চ. তৌহুনা খুম্নকই, "অর্থ খর য়াম্মল্লী।" ঞ্চ, ঞ্চ: স্কটরহু য়াঙনা ঈম্নোকখি।

———

# তুগ এভিক্টু

মীরক তিবদা মতীক চাবা ফিজোল শেংপা ইশাদা চাউথোকচৈ। মী-নসু ব্যবহার থম্বীরমগনি। মথং তাবা স্টট অমা শেংচবা অতুগা টাই অমা পুজবা ইথন্ত য়েংজবদা মুংডাইজৈ। সহরসিদা লৈরিংগী অরোইবা মীকুপ অসি ফাওবা এগীদমক হ্নাবীরি। পুন্সিদা শিংবা ঙম্মরোইদবা লমম্নী। লমন অসিনা ঐগী পুন্সিদা অচৌবা অহোংবা অমা পুরক্লে। মী পুম্মমক্, লোইশঙ কয়ানা অঙাওবনি হায়দুনা ঈশ্বোকপীরব। মীওই অমবু চঙজফম পীথি। তমনা মঙ্গনি, অমনা স্বর্গনি। ঈশ্বরগী ডাকপীহৈবা গুপ্ত লৈতেংলবা, চান্বীহৈবা মীংয়েংনা মাগী ওইরবা সিষ্টব ইলিঙ্জানি। নমস্তে তৌদুনা কায়নরসি হায়রম্মী। "ঈশ্বরনা নংবু থৌজাম্বীসম্নু" হায়দুনা মথং হাইরকই। পেসেঞ্জর ময়ামগী মতুং ইন্দুনা এরোপ্লেন তোংশংলে।

"বীরেন, বীরেন চংথোকখ্রা ?" তামোনা মাক্তোন্দগী লাউরকই।

পুং মরি তাখ্রে। কোয়থোকউগে হায়দুনা ঐহাক থোঙউপ মরী ফাজিম্ব হোংনরি। "করিগী নো তামো ? ঐ কাদ লৈয়ে।"

"বসন্ত থিম্বসি নঙনা চৎপা তারে," চঙশিল্লক্লুনা হায়রে : "ঐদি ছুটি লৌনীংদ্রে। নঙগী ছুটিদো ঐনা ক—নবা শীল্লগে।"

ঐহাক খমথেংনা হরাউই। ষ্টেট লান্দুনা অনীরক কোয়রুরে ; দার্জিলিংদা অমুক, শিলংদা অমুক। অনীমক ইস্কর্কসল্লী। লম কোয়বগী তাঙ্গা অমসু ফংঙে। এমঃ এঃ শী ফল লাওথোকপগা সেকেণ্ডরি স্কুলগী ওঝা ওইরে। চহী অনী খর হেল্লে। তামোনা শীনথিবা ঙাক্তনি। ঐদি চুম্নগী ইন্তরভিয়ু য়াওরুবদনি। খুম্নম-দবনা অয়াম্বনি। পৈশা য়াম্ন তিংলমগনি। এমঃ এঃ থক্রুদনি ঐনা চাদা ৫৫ ফংবসি ; অতৈদি থার্ড ক্লাস ঙাক্তনি। ঐখোয় মরি পোকপদা ঐগী মাঠানা মফত্রে। থী হাব জাংনি।

মাগী কাদগী হল্লক্লুনা টিকেট পীরে। "১৭ কী ওঃ কেঃ টিকেটনি" হায়রম্নগা থোকখি। হরাউরম্ব হু হল্লী। কৃষ্ণজন্ম তাং ১৭, নিংথৌকাবা মুমিত্তুনী। ফমুংদা ফমথে। ইমাগা ইবেম্মগা হঞ্জিল্লকই। ঙসিদি চাক হাপ্প্রন্নু পার্টি অমা লৈ হায়তুনা তামোনা ইমাদা হায়বহু তায়। শুমাঙদনী। তামোগী কা তম্ন পরপ পরপ থৌ-জিল্লী। ইতৈমতু বসন্তদা হারক হাতেম তৌহ্নুনা লৈরম্মী। থোঙ কানশিন্দুনা সোফাদা ফমথে।

"অঙাংদি ইতৈমা ?"

"ইবেম্মনা পোথিবতুদি।"

"তামোনা তৌরকইসিবু তাং ১৭কী টিকেট নম্রদি ফংদবেরা ?" শাউরপ্পা ঙংই।

ইতৈমনা নোকমি নোকমি তৌহ্নুনা হায়রকই, "পাখংনিনা জন্ম য়াওবা ফংলোইদৌরে হায়দনা নিংদোন পোম্নবোইরে।"

"নক্তবদে" শাউনা খুন্মী।

"বস, মন্তীক চপ চায়" বসন্তনা খূবাক খূহ্নুনা হরাউই।

"হে অঙাং, নমায়হু কায়গেরা ?" ঝুক হৌগৎপদা লাঁৎথোকুনা চেনগ্রে।

"নৈ তামোনা চৎকদবদো প্রোমোসন ফংলমদ্রাইনে; ছুটি লৌরুবা য়াদে হায়মী। ডাইরেক্টর ওফ এগ্রিকল্চর হায়রন্থ ওই-হল্লীংগ্রাও ? বসন্তগী মিং চন্দ্র-খোৎপা, হোষ্টেল ফংনবা তান্নবা সেসন হৌরিবৈদা তৌহৌবা তাবা।"

"অহুবু হায়বা, ১৮ দা পাইরবসু য়াই, নংগনি হায়বা।"

"ইনাওসিদি মতম য়াম্ন রাংলি হুপী থিদোবা। নৈ তামোনা গাইড ওইবীগদবা মী উন্নরবনে। নঙগী প্রোবেসনরি পেরড লান-থোকপা ঙাইরম্মীবা। থা অমা অনীগী মন্থুংদা ছুটি ফংলনি হায়য়ে। ডিং ফিলঃ হায় লোইখোও; কলেজ নত্রগা য়ুনিভর-সিটিদা ওঝা ওইবা য়া-নবা। চহী ৩০ কাওবদি পাথং ওইবা য়াইদনা।" ইতৈমদো নোকমি নোকমি তৌহৌই। খোয়দৌ শাউগৎনা থোরকপনি। মাঙোল য়ৌবদা, নমগন্দ তুম্নীবা অঙাংহুগী মখজাইদা শিক্রুই অহুগা ইবেম্মগী মকোক্ত কিন্ন শুভিল্লম্মী। পেরি, পেরি তৌহুনা ঙাংহৌই, "য়োংমাম্ব, তামোয়াই য়োংমাম্ব··· ।"

ঐখোয়গী বসন্তসি মীকি-লাইকিদে হায়বসি মাদ্রাজ য়োরকপদা খঙই। ইনাও ওইরবসু মানা লমজীংবনি; ঐনা তুংইম্বনি। বিং টেকঃ নি মানা তমদোরিবসি। মিং চন্দ্র, প্রিনসিপল উন্নবা. হোষ্টেল নমহুনা ফংবা মানা ঙাঙনজবগী ফলনি, মনানা ঐনা লৌরিবনী। বসন্তগী তুংগী ফুরিংতু পায়হুনা ইন্নদে হায়বতনি। মানা চংলে, ঐসু চংলী; মানা লেপ্লে, ঐসু লেপ্পী। অকিবা কংলগা শাবনে, ইশানগা হুমাং শোগম্বনে. মীনা য়েংবম্বদি ঐসি ওম্বোকপা দৃশ্য অমা ওইরম্লনি।

অসুক শাব মফমসিদা হোষ্টেলগী চাক য়েন্থাং মজাহু চাহুনা লাইব্রিক তমদো শক্লুক তমজরোই। অহুনবু ঐহাকে মনিপুরদা

তম্বতা নকুনা এমঃ এঃ মণিপুরি ওইরিবনি। তাং ২৩. নোংমাইজিং সুমিক্ত কোরোমণ্ডল এক্সপ্রেস তোংচুনা যুম পাংলকই। অন্ধ্র প্রদেশ লাপ্সিল্লকুনা মুংখিলগী পুং ৩ তাবদা বিজয়বাদাদা থুংই। ভাইহাক খাম্লগা অমুক লাকই। সমলকোট ষ্টেসন লাম্বোরকুনা বিশাখপটনম ষ্টেসনদা মুমিদাং পুং ৯ দা থুংই। ভাইহাক খামথিনি; চাক চাথোক্কে খল্লী। এম্মার বেগতু পায়চুনা কুমগে তৌবদা নোং কম্ন চুরম্মী। মোজাকুরিং অককপা অমা লিংশিল্লী। ফি-রোন্দি হাওরা য়োরগা হোংদোক্কে খল্লী। তাওয়েল অমা ইন্দুনা কুমথরকপদা 'বীরেন' হায়চুনা কৌরকই। বিষেনপুরগী আয়ঃ কেঃ মনিনী। উম্নদবা কুইরে, চা থককখিসি হায়নৈ। অহুবু ট্রেন চংক-দোরে হায়চুনা কৌরকপদগী চেনগ্রে। চাক চাদুনা লৈরবদি নংদকসু য়াই খল্লী। মনাক নকপা ষ্টোল অমদগী চাবা য়াবা খর লৈগে থন্দুনা য়েংলিংদৈদা 'দগ, দগ' হায়চুনা চেম্ব হৌরকপদগী অমুক চোংথংলে।

বেগ মচুংদা তাওয়েল হাপচিন্দুনা ভাইহাক ফম্মী। লায়গনগ্রবা মীনি; পুক হাঙনা তুম্ব য়াদৌ মান্দে থল্লী। খন্ন খন্ন তুমখিমাক্লে মীকপ থোরকপদা ট্রেন লেপ্পুনা লৈরম্মী। পুং খঙনীংচুনা মাক্কবদা খুদাংঘড়ি পুল্লমদ্রে। মোন ওইনরকপা এয়ারবেগ লৈরমদ্রে। যুক হৌগংলকই। মায়োক্কবা বর্থকী জেন্টলমেন্দু লৈরমদ্রে। চুম্ন কুমথিব্রা, মযুম য়োরবরা নক্রগা চেনগ্রব্রা ? মাস্রাজদগী তোংমীল্লরকপনি বর্থতগী চোংথরকই; খোঙগ্রাউগী চেন ফারমদ্রে। অন্দর পেনগী পোকেট ইহাও হাংলে। লুপা ১২০০ খর হেনথি। কলিকতাদা নোংমা নিনী লৈরগা ক্লাইটতা চংকে খল্লম্বনি। ফুরিংখাউগী আইঃ কার্ডং, ট্রেন টিকেট অহুগা বোল পেন ফাওবা হুবীগ্রে। হৌজিক করি তৌগনি ? প্লেটফোর্মদা কুমথরকই; ভুবনেশ্বর জংসন্নী। ষ্টেসন মাষ্টরদা রাকংলুগে থন্দুনা কোয়চেন চেন্দুনা থিরুই।

নোংচুপ্লোম্নদা প্লেটফোর্ম অনী লাম্থোক্লগা লৈরম্মী। চঙলমদাইদা খল্লী; টিকেটসু য়াওদ্রে, মাগ্গা ঐগা করি মরী লৈনরিবগে? মুংশিবীরসু য়াই খন্দনা চঙলুই। মশা লৈরমদে। কক্লাং ঘড়িদা পুং ৪ গা মিঃ ২০ চংলে। নীংবা কায়না হল্লকপদা ট্রেন্দ চেৎ হৌরয়ে। তাম্নচনা চোংখংলী হাংদোক্লিবা থোঙ অমদা। সেকেণ্ড ক্লাস কমপার্টমেন্নী। মীগী মী ডাক্কনি; থোঙ নাম্মগী মফম ফংই। হাংদোক্লবা লেট্রিন অতু ফাওবা মী ইম্নহুনা লেপত্রি। মীনম, হুমাং মনম্ন স্বর ফুনগংলী।

হাওরা য়োরবদি খঙন-চান্নবমক নত্তবসু মৈতৈমচা শোম্নদনা থেংনগনি। থোইদোক্ল বাক্লনিঙাই ওইদ্রে খল্লী। ধরমণ্ডল ষ্টেসন য়োরকপদা নোং ডাল্লক্লে। উরিষ্যাগী সিমানা ভুংওইনহুনা বেষ্ট বেঙ্গল লান্নিল্লকই। ওয়-য়েৎকী লৌবুকশিংদা ফৌ মরাং কায়না থাবা উরকই। মরক মরক্ক হৈনৌ পাম্বী হৌই। হৈনৌ পাম্বীতগী ওইবা মফমসু থেংনরকই। খরগপুর জংসন য়োরকপদা পেসেঞ্জর ময়াম কুমথনৈ। প্লেটফোর্মদা য়োম্ব অচা অথক লৈহুনা চানৈ। পুং মাপন খর হেল্লগদ্রা? লাম্বনা পূক অসি গো গো থোংই। প্লেটফোর্মদা খিম্ব টোটাগী ঈশিং থল্ল থকচিল্লী। পুং অনীগী মঙুংদা হাওরা য়োরনি হায়হুনা ময়াম্ন ঙাঙনৈ।

হন্দকসু থোঙ নাম্মগী মফমতা ফংই; কমপার্টমেনগী ময়ায়-দনী। এসঃ ইঃ আরঃ গী য়ুনিফোর্ম শেংপা চেকর অনী থংলবা কমপার্টমেন্দগী চঙশীল্লকই। মথকথংবা বর্থতা ফম্ব বাবু ডায়া অনীদি চেকর অমদা শুরু শুরু তৌহুনা পৈশা য়েপখি। ফম্মীম্নরিবা মঙা অহুসু চেক তৌখিদ্রে। ঐগী পালি লাকএ। বেঙ্গলীনা হংলকই; ঐহাক থুমদে। হিন্দিনা অমুক হংলকপদা ঐনা খুম্মী, "নো টিকেট।" চাউ-শাংলবা চেকরহুনা ঙক্কী কোলারসি পায়হুনা চিংখংলী। লেপ্প ফংজরকপা থোঙ নাম্ম আকাশতা লেপ্প য়াওরৈ।

নাকোংগা পানা ওয়গী খজাইদা অপাকপা খূবাক্ত য়াঙনা পাইশিল্লকখি। য়েংথংবা খজাই য়ুহার হাই; ষ্টেসন য়াখিদ্রবা টিং ভিং গী মমায় উই। মবুক চাউবা, নেমতক্ক নোয়বা চেকর অমতু চঙশিল্লকপা মমি শামি উহৌই। তুংগী মীয়ামতু ইম্হোক-খিমাল্লে; খোঙ অনীমক লেপকম কংজে। লীচৈনি; অনীরক্কী। তেকথোক্লুনা খাঙই; হৌজিক্ত থল্লকপা ঈশিং হন্দোরক্কে তৌই। মীংতা পিরাং কোয়রকই। অহ্নক শাথিনা ইকাইবা ফংলবা! হাওরাগী আশা মমি শামতক তৌরকই।

কদাইদগী লাকপনো হায়রিব্রা, কারকপনো হায়রিব্রা? ঐনা খুম্মী, "ভিস ষ্টেসন।" বসন্ত নীংশিংলকই, মাদোনা ভাঙবা ঙম্মলবদি খো-খোৎপা হায়রমগদবনি। কোলার পায়রম্বতু থাদোক্কে। ঐঙোন্দ খানা য়েংতুনা মখোয় অনী বারী শানৈ। অতোপ্পদা চেক তৌবা হৌখ্রে। অনকপা লমনি হায়তুনা থাদোক্লিব্রা? মাদ্রাজ চংলুবনি হায়রম্মদি কমদোনি? ভাঙবা হৈরমদবনা ফংগদবা দঙি কোকহল্লব্রা?

হুমাংনা লুপ্লে আন্দল য়ৌরকপদা। ট্রাফিক জাম ওইবনা লোকেল ট্রেন খক্ত চেম্ব য়াহল্লি। পূং অনী খর হেন্ন থাম্মী। হাওরাদা মুমিং চায়থরকপদা থুংই। ইনক্কারি ওফিসতা চঙলুই। ক্লার্ক অমনা করিগীনো হংলকই। ইংগ্রাজিনা মতং মতং হায়তুনা পাউ তম্মী। মণিপুর হাউসতা চংলু হায়রকই। রেটিং সেড, প্লেটফোর্ম অতুদগী ডিমাপুরদগী লাকপা ট্রেন্দ মৈতৈমচা অমতং উম্মনবা কোয়চং চংতুনা থিরুই। অমত্তসু থেংনদে। হঞ্জিল্লক্লুনা ষ্টেসন মনুংদা চঙলকই। মুনিং তারকপগী অতুরাইদা মৈতৈ মাম্ব অমা উরতুনা চঙশিন্দুনা হংলুই। হাওরাদা ফি-রোন তূতুনা লৈবা মৈতৈমচা ওইরম্মী। চহী ৭০ মুক্কী মীওইনি; মফি নাম্ন শেংলী। ঐনা হায়জবা পূক্লিঙ চঙনা তাবী। মণিপুরদগী কোয়রকপা মক্কপ খর থিন্দোকপ থোরক্লগনি। মাগী লৈফম খর লাম্বী। অক্লাওবা

পৈশা খরতুস্থ চুরুট লৈথোকখ্রে। থকেরা হায়তুনা পুথোরকই। ঐনা থক্লে হায়রবদা মণিপুর হাউসতা চৎলু হায়তুনা লম্বী তাক-পীরকই। নীংবা কায়না থোরকই। মুন্ন য়েংহৌই; য়াম্ন থাজদবগী মীৎয়েংনি।

লম্বী অমদগী অমদা লাকই। হংজরুবদা খঙবস্থ য়াওরম্মী। খঙদবা মীনা অয়াম্বনী। হন্দোক হুক্তিন কয়ারক চৎলম্বস্থ য়ারে। লাক্লিবা লম্বীসিদা চৎলদি য়োগনি হায়রকখি। লমলোঙ অমা থেংনৈ। অমুক হংই; মথৃৎ-মশা তৌতুনা তাক্লম্মী। মায়কৈদি শোয়দ্রে খন্দুনা চৎলী। খূরপ তৌবা লম্বী অমা থেংনৈ। অশম্ব লম্বী ওইগদ্রা খন্দুনা পরপ পরপ চঙলুবদা মী ইচং চৎনরমদে অতুগা মৈস্থ নীংথিনা থান্দে। হল্লগে খন্দুনা লৈথোরকপদা মায়দা শুজিল্লকই। পূক, কোক, থবাক অতুগা মায় মফম খঙদ্রে। ইশা পূম্ব থক থক নীক্লে। মী অমনা ঐগী চীম্বান মেনশিল্লী: অমা অনীনা চেক তৌই। করিস্থ ফংদ্রে। খূদাং অতুগা থবাক্কী কুদাম লৌথোকখি; ফুরিৎ হুকতোকখ্রে। খোংগ্রাউ চেন হাঙ-দোরকপদা ঐনা লেঙ-ওৎ তৌই। পূক অসি য়াঙলেন ফাওতুনা পাইথোকগ্রব্রা?

ওনীং শানীং তৌই। কোক অসি ওম্বোরু নাই। মায় মীং ইপোম পোম্লম্মী। গলিগী নাকন্দনি, লোংনা হীপ্তুনা লৈরম্মী। মথং মথং নীংশিংলকই। তপ্প হোৌগৎলকই। পূক নম্রে; অনাবা মতুম অমনী। ত্তিংনা লেপ্প ঙমদ্রে। খোঙউপস্থ য়াঙদ্রে। করি দঘানো? খূদাং ককপা মোজাফুরিৎ অমগা অন্দরপেন মকক অমগা ফিনাৎ ফাওবা তোংদনা চাউরবা কলিকতা সহর অসিদা। নোং ডান্দ্রিউদা মণিপুর হাউস থিবা ফংদবা য়াদে। কোম্বহুনা চৎপা হৌরকই। ঐনা চৎলিবা লম্বীসি কদাই য়োগনি? ওয়-য়েৎকী বিলডিং য়েংতুনা চৎলী। এয়ার ওফিস (সিটী) কলিকতা

১৬ থেংনৈ। অহিং মুংথিল হাংজুনা লৈবা ওফিস ওইবা তাই। মীরং নারং য়েংজুনা চঙই। টোইলেট চঙজুনা ঈশিং খজিক থকই; ওথোরকই। চীস্বাল মথক, খদাঙ, থবাক্কী মোজাফুরিত্ত পকপা অকংবা ঈ মিংশেলদা উই। মীৎ-মায় চামথোক্লুনা মোজাফুরিং চিংখজ্জুনা তৈথোকই। অফাবা শম ফাখগে খন্দুনা নাম্লুই; কোক শোকউবা য়াদ্রে। তুংগী শমতু লরাইদা থেক্কংলি; অতুন লৈজ-রসনু। মিংশেল্দ উরিবা মমি অসিবু এরনে? ইচনগী মীচৈ খংনীং নীংশিংলকই— য়োং নক্রে ইবেম্মা, চিম্পাঞ্জি ওইরবনি।

টোইলেত্তগী থোরকই। নম্বর রান কাউন্টরদু মী অমতা লৈতে। চংশিন্দুনা চে, কলম রায়জগে হায়রুই। রাইতিং পেডতগী চেনা অমা শেংজুনা পীরকই। কলম অমা লাম্থোরকপা মতমদা ফমজুনা মুন্ন য়েংলম্বদগী হৌগৎজুনা য়েংলকই। ইশাগী মিং, লৈফম, থবক অদুগা তামোগী ওফিসকী ফোন নম্বর ইরে। কলমদু মঙোন্দ পীশিন্দুনা ইম্ফাল এয়ার ওফিস্তা (টাউন) ট্রঙ্ক কোল তৌবায়ু হায়জৈ। ঐহাক কনানো হংলকপদা চেদু পীশিল্লি। টেলিফোন পায়খজ্জুনা "হেলো, মণিপুর হাউস" হায়জুনা বেঙ্গলীদা রারী শাল্লৈ। চেদু ঐঙোন্দ পীথোরকই। মখূৎ য়েংনা মাইক্রোফোন খুমজিন্দুনা হায়রকই "মণিপুর হাউসতা চৎলু।"

সরক্ত থোরকই। পূময়াৎ লীংপা পাইজমা শেৎপা অহল অনী লাকই। লম্বী হংঙুবদা মরীক চুম্ন তাকপীরমই। নোং-পোক্কী লম্বীদা লাকই। রোলেণ্ড স্ট্রিটনি। স্পেনিশ চর্চ্চ, সেণ্ট জাভিয়র্স চর্চ্চ অদুগা অতৈ চর্চ্চ খর লাম্থোক্লুনা লাকই। পার্ক স্ট্রিট লাম্থোক্লুনা নোংপোক্কী লম্বীদা লাকপদা লাইওন্স ক্লবকী পার্ক থেংনরে। মিনিট খরগী মতুংদা পেট্রল পম্প য়োরে। মন্থগী হেক নোংচুপ্ত মণিপুর হাউস লৈরম্মী।

নোং ঙাল্লক্লে অদুবু গেট হাংদ্রি। গেটকা মায়োক্লনা ভিজবনা কুপ্প কা মঙা তরুক্কী চেক্কী য়ুম অমা উই। য়ুম অদুদগী গেট ফাওবা, ইশং শংনা ব্রাংলপ তৌবা নাপীনা কুপশিন্ন গ্রাউণ্ড অমা লৈ। য়ুমগী কা খুদিংমক গ্রাউণ্ড ওন্দুনা থোঙ পাল্লী। ঐগী ওয়দা লৈবা গেটকী ফক্লাং অদুদগী খজিক্কং চঙশিন্দুনা মখোল অদুমগী বিলডিং অমা লৈ। য়ুমগী মমাঙ ফাওবা শাংদোক্লুনা শাবা বিলডিংনি। গেটকা মপা চানা লৈবা লম্বী অমনা বিলডিংগী নাকন্দ অদুগা গ্রাউণ্ডগী মতাইদা চঙখ্রি। লম্বী অদু য়ুম অদুগা গ্রাউণ্ড অনীগী মরক্ত লৈবা লম্বী মচা অদুগা শমজিন্নে।

য়ুমগী থোঙ অয়াম্বদি হাংহুনা লৈবা উই। মনিঙ ইথং থংবা থোঙ অদুদগী ব্রস পায়দুনা ছাত্র অমা থোরকই। ঐনা কৌরুবদা লাকই: মৈতৈমচানি। থোকখ্রিবা থোদোকশিংহু লীরুবদা তুমিন্ন য়েংহুনা লৈ। ব্রা অমত্ত হায়রমদনা বিলডিংদা কাখৎখি। ওফিসার অমা লোয়নদুনা থোরকই। মানা ইংরাজীদা হায়রকই, "সিটি এয়ার ওফিসতগী পাউ ফংলে। নঙগী চে-চাং ব্রাংপদুদা নতেং পাংবা ঙমদ্রে।" ইডুকেসন ডিরেক্টর নত্রগা কম্মিসনারদা ট্রঙ্ক কোল অমুক্ত তৌবীয়ু হায়জৈ। ওফিস মতমস্থ নত্তে অদুগা লোং কোলগীদমক পৈশা দরকার ওই হায়রকই। উপাই অমত্তদি তৌবীয়ু হায়জৈ। ঙম্মোই হায়দুনা মঙক হাইরকই। মরক অদুদা ছাত্র মঙা তরুক খক্লে ছাত্রী অনীনে থোরকই। মখোয়দা ওনশিন্দুনা থোদোক পূম্ব চিংথদনা তম্মী।

মৈতৈমচা ভাক্তনি, লুপা চাম্মতা থংবীয়ু, ট্রঙ্ক কোল তৌজগে হায়জৈ।

"মসিবু থাজবা য়াবা ব্রারনে?" ছাত্র অমনা থম্ন-নৈনবা হৌদোকই।

"মাগীসি চুম্বস্থ য়াই" মশা নোয়রপ তৌবা ছাত্র অমনা

হায়রকই ।

"মহা ডাকু, পোকেট মার ওইরম্বস্থ য়াই" মমীং য়োংমান চঙবা, মশম শাংবা ছাত্র অমনা ঐঙোন্দ চাথোক্কদোঙ্ম য়েংহুনা হায়রকপনী ।

মাগী মীৎয়েং অতুদা য়াম্ন মুঙাইত্রহুনা ঐনা হায়জে, "ইনাওশা, ঐবু থাজবীদবা তৌবীয়ু । ঐবু অমুক্তদি কৱীয়ু কৈদোগে । ফরে, পৈশা য়াম্ন হায়জররোই । লুপা কুনথক্তং পীবীয়ু । টেলিগ্রাম তৌথিগে । পৈশা থুংঙবগা শিংজগে ।"

য়াম্ন থুনা পাউথুম ফংই : "ড্রগ চাবা মী শোয়দনা ওইরনি ।" লোন থোক্তবা মীরা থল্লম্বনি ; ঐনা ইহান হান্ন উন্নখিবা ত্রস পায়বা ছাত্রহুনী ।

"ঐস্থ খঙ্গে । শিকি অমতং ওইরবস্থ পীহন্নবা কদর হৌরক্লনি য়েংউ । চাক চারক্তবা কুইরে ; পুরি অমতং লৈনবা লুপা অনীদদি পীয়ু হায়রক্লদি পৈশা থা-নসি ।" মমীং য়োংমান চঙবহুনা পীরিবা রায়নি । ওফিসারহুদা ওনশিন্দুনা ইংরাজিনা মথা শমথে, "মিষ্টর গুপ্ত, মুপাসি অঙাওবনি ; ড্রগ এডিক্টনি ।"

"শক্তাসি মাল্লিনে" মুপাগী শমকক ককপী লৈশাবীহুনা হায়রকই । গেট হাংদোক্তুনা চৌকিদার অমা থোরকই । ঙক পায়হুনা ইল্লকই । রা রা তৌহুনা নোকহৌই ।

ঐহাক খোন থোক্ল কপই । অরু-অথেন খন্থবা হৈত্রিবা, মপূং ফানা জ্ঞান তাদ্রিবা ছাত্র তরেৎ নিপান্ন পীবা রায়না ঐবু ড্রগ এডিক্ট ওইহল্লবা ! ঐগী ইরাল করিনো ? অরোইবা আশা ওইরম্ব মণিপুর হাউসনা ঐবু অঙাওবা ওইহল্লবা ! কলিকতা সহর অসিদা চাদ থক্তনা শিবা তারিত্রা ? নোংমতস্থ অথীবা রাঙাং শীজন্নদনা মচা মরিবু লুনা চান্ন য়োকপীরকপী ইমা নীংশিংলকই । করি ইরাল লংজরুবদগী অস্থক লুম্ব দণ্ডি অসি ফংলিবনো ?

খুত্ত পায়রিবা চেক্তেৎ, ঐগী অশেংবা প্রমান পত্রনি। নাংথিনা থুপচিন্দুনা পোকেত্ত হাপচিল্লী। লাইওন্স ক্লবকী পার্কতা উখোঙ অমদা ঙাক্তুনা ফম্মী। মওন মওন থল্লী। মুমিৎযুংবা মতুংদা খুৎ য়েংনা মোন ওইদুনা তুমখিবনী। অকিবা মঙ অমা মঙফাওনদুনা হৌগৎলকই। অমম অঙান শিন্নবা মতম ওইরম্লে। লাইবক অতুগা থবাক্ত পাল্লী; নুং মচা মচানী। য়ুনিফোর্ম শেৎপা মুপামচা মরি মঙানা ঐঙোন্দ থাদুনা মখুৎ চুম্ব তাম্লরি। খুত্তুম তাশিন্দুনা হৌগৎলী; খা চীক্লুনা লাউই, "ঐহাক ওঝানে। মাদ্রাজদা ইনাও থিল্লুবনে। ঐসে নখোয়দগী হেন্ন ভাব তাবা মীনে। ঐসে, অঙাওবা নত্রেয়ে।" অঙাংশিংদু কিরদুনা চেনখ্রে। ঐহাক তপ্ন ফমথৈ; পি অর অর তাদুনা কল্লী। ঐনা লাউবা তারদুনা পার্কতা কোয়থোরকপা ময়ামদু ইনাক্ত চঙশিল্লকই। মখোয়না ঐবু য়েংলি; ঐহাক থৌওই ঋাওইনা খদ্দে। ঋারী শাল্লদুনা চৎনখি; লোন্দি খঙদে অদুবু ঋারীদুগী অর্থদি খঙই।

খর থেঙলকপা মতমদা সড়ক্ত থোরকই। চাক য়াওব্রবা পূক য়াঙলেন্দ নপশিনখ্রে। মায়কৈগী থল্লুদনা থোরকপনি: সড়ক নাকন্দ অচাপোং শেম-শাহ্নুনা য়োম্ব অমা থেংনৈ। প্রক প্রক কংলবা চীন অসিদা তিন চুম্লকই। ঈশিং খজিক থকচগে হায়দুনা নিরুবদা থাবৈদু থাঙ্গৎলকই। মমল পীদ্রবদি ঈশিং থকপা ফং-লরোইদ্রা? ঐনা চৎলিবসি কদাইদনো? হাওরা ব্রিডজ লাম্লোকই। কোয়চৎ চৎলুরে; অমুক হাওরা ব্রিডজ লাল্লকই। রেলবে ষ্টেসন থেংনরে। ঈশিং ফংলে: থম্ম থকচিল্লী। মরুম ওইরপ তৌবা ফল্লাং অমদা ঙাদুনা ফম্মী।

নিন-খোংদুনা কাতু কারন চৎলি মীয়াম অমা। মখোয়সি মীনি; ঐদি করিনো? মফমসিদা ঙাওদনা ঙাওহল্লবা মীগী লায়েংশং লৈরমগদ্রা? লম্মাংনরবা মীদা কনানা লমজিং তাক্কনি? লীৎলিবা

মোজাফুরিৎ অসি য়োম্ব শীংকল্লা? কদাইদা য়োনগনি? কনান্না লৈবীগনি? ইতোমতা শিথবমথৈ নোকই। নোং ভাল্লকপা অহু-ব্লাইদা মীকপ থোরকই। ওয়গী খূৎনা মোন ওইংনা থূকউ শূপচিন্দুনা তূম্নী। হোৌগৎতুনা কন্নী।

শিবা ভাইবা হায়বহু ওইবা তারে ঐনা তৌরিবসি। অশিবগী মফমদদি মীপুম খুদিংমক চপ মান্নৈকো। শিরবা তুংদনা তৌজরকপা থবক্কী মতুংইন্ন স্বর্গ নত্রগা পাটালদা লৈরুবা তাই। ধর্ম লৈবা মীদি স্বর্গদা লৈগনি। ইনাক খুম্ব মীনা দান চাওনা তৌনরিবসি স্বর্গদা লৈরুনবা ওইবা তারে। লাইরবা মী-শিংদি ধর্ম লৈতে। মথোয়গী ধর্মদি হিংবনি। মুভাই য়াইফবা মীনা শিরগা স্বর্গ কংবা; লায়র-অনং, অতোন-অতানা শিরগনা পাটালদা লৈথা। ঐবু ধর্ম লৈবা মীরা? অতোন-অতাস্থ ওইরে। ধর্ম লৈবা ··· অতোন অতা। ভাইখো! ধর্ম লৈবা—রেড ক্রোস; অতোন অতা—মাদর তেরেসা। ফুক হোৌগৎতুনা লাউই, "মাদর তেরেসা।" মী পুম্নমক ঐভোন্দ ওনশীল্লকই। মীরক খায়তুনা চেন্থোরকই। ঈশ্বরনা ঐগী লম্বী তাকপীররে।

টেক্সি ড্রাইভর, পুলিস অতুগা অহল ওইবা ভদ্রলোকশিংদা খাইদগী শম্ব লম্বী হংজে। সহরগী অরাংলোমদা লৈবা দম দম এয়ারপোর্ট য়োৌবা লম্বীনি। য়াম্ন শাংথ্রবা লম্বীনি; য়োৌবা ইনাই নাইদে। চারক্তবনা চোকথরবা হকচাং অসিদা শাগৎলক্লিবা মুংশানা চৈফু ওইহল্লরি। লম্বীগী ওয়-য়েংকী দৃশ্য য়েংলুবা শংদে। খোঙ চোকপনা থাংবা ভম্নরোইদ্রা থল্লকই। য়োৌদবা য়াদে হায়বসিনা লমজিং ওইতুনা চৎলি। এয়ারপোর্টকী লমখাই য়োৌরক্লে। মিস্নরিজ ওফ চেরিতিনা ওয়গী লম্বীদনী। লুম্নবা খোঙ ফুক্তুনা মিনিট কুনলোম চৎলি। হাংদোক্তুনা থম্লিবা গেট অহু লানশিন্দুনা চঙই। অহাম্ব থেংনবা কা অহুদা সিষ্টর অমা ফম্নি। খোঙগা মায়োক্নুনা

চুরি তাফমদা তুরোই ঙাম্লোই লেপ্লুই। সিষ্টরন্থু পহ্নদনা থোরকই। নমস্তে তৌদুনা ইংরাজীদা হায়রুই, "ইমা ঐবু তেংবাংবীয়ু।"

মঙদা ফাওবা মঙলরোইদবা থৌদোক কয়ানা অরা কোক-থোংনরবা, চরাম-চতংনরবা ভিক্ষারিনি হায়বসি ঈশ্বরগী শক্তি চেল্লবা মীত্থুনদি অমুক্তং য়েংবদা খঙখি। "শোয়দনা পাংগনি চঙলকউ লাউ" তরায় কৌশিন্দুনা চৌকিদা ফমহল্লম্মী। ঙাইহাক্কী মমুংদা চা অমগা বিস্কুট খরগা পুরক্লুনা টেবল মথক্ত থম্মী। পি তাখিবা খঙহৌদে। থকউ, চাউ হায়রম্লগা থোকখ্রে। মায়োক্লবা কক্লাংদা ভরজিন মেরীনা যীশুবু তম্বাক্ত কোম্বগী মূর্তি অমা ফক্লাংদগী তোঙখৎনা লৈ। ওয়-য়েৎকী কক্লাংদা থেংলীবা লাইশিংগী মরক্ত যীশুনা য়াওশেম্বগী অমা, লাষ্ট সপ্পরদা যীশুনা মাগী এপোসল-শিংবু খোঙ হাম্বীবগী অমা অদুগা যীশুনা ক্রোস্তা অৱাবা খাঙবগী অমা য়াওই। মিনিট তরামুক্কী মতুংদা, সিষ্টর মশামক্ত তল অনী অদুগা চাক খর য়াওবা পুখম অমা পুদুনা চঙলকই। অতোপ্প সিষ্টর অমনা সবজি অদুগা হরাই থোংবা হাপ্প তেঙ্গোৎ মচা অনা পুখম অমদা হাপ্পুনা পুরকই। পুন্সিদা অতুক হাউনা চাখিবা য়াওরক্লে।

চাবা লোয়রগা সিষ্টর ইলিজানা ঐবু অতোপ্প কা অমদা ফমহল্লী। ঐঙোন্দ চা অমা পী অদুগা অমনা মানা থক্লুনা ৱারী শাবা হৌরকই। ঐগী ইংরাজী মপূং ফাদে অদুবু থম্মোইগী ৱারীনি; মমূৎ তানা খঙখি। মতুং ইন্দুনা থোরকই: অচৌবা হোল অমগী নাকন্দ লৈবা লম্বী অমদা লাকই। হোল মমুং, মাঙ্গোন অমদি শুমাঙদা চহী অনী অহুমগী অঙাং ময়াম শাল্লহৌই। সিষ্টর অহুম মরিনা মখোয়বু শেম্মহৌই। মিনিট ২০ মুক লম্বী অমদগী অমদা লাকই। দম দম কেনটোনমেন্টকী মঙ্গল পাণ্ডে রোড য়োরক্লুনা সেন্ট প্রোট্রিক্স চর্চ্চকী গেট লানশিল্লকই। ফমফম কাদা ঙাইহাক

ফম্লিডৈদা গেস্তগী কার অমা থৌজিল্লকই। সিষ্টরনা হায়রকই, "ফাদর লাকএ। মানা নঙগী পীবা য়াবা নত্তে পীগনি।" ফাদরগী ওফিসতা চঙতুনা ফম্মী।

মণিপুর হাউসকী মিষ্টর গুপ্তগা য়ারী শান্নরি। য়ারী শারিডৈদা ঐঙোন্দ অমুক অনীরক য়েংলকখি। মথা তানা য়ারী শান্নরকপদা মাগী রাইটিং পেড-তা নম্বর থর ইখি। টেলিফোন থমতুনা সিষ্টরগা য়ারী অমুক শাই। ঐঙোন্দ নোকমি নোকমি তৌতুনা য়েংলকই। টেলিফোন অমুক পায়খৎখি; মিনিট অমরোম ঙাইরবা তুংদা য়ারী শান্নরকই। ঐঙোন্দ টেলিফোন পীরকই। মণিপুরদগীনি। তামোগী ফোন নম্বরগা শম্নহনবীয়ু হায়জে। ফাদরনা ঐঙোন্দ হায়রকই, "মখোয়না নঙবু ড্রগ এডিক্টনি হায়না লৌরুরে। মখোয়বু ঙাকপীয়ু।"

ঙাইহা রুংগী মনুংদা তামোগী খোঙ্গেল তাবা ফংখি। অকি তুঙংনা শরুম্নাংবা হিংচাবা অমগী খূবাম চল্লবা অঙাং অমনা মীকপ থোরকপদা মমাগী মথানুংদা হিক হিক কপ্পগুম কগখি। "তামো, রেভরেন্দ ফাদরদা পৈশা থাবীরকউ" হাইহে মঙা অসিথক্ত থোরকখি। ফাদরনা তামোদা য়ারী শম্পংনা লৌহনা মখোয় অনী য়ারী শান্নখি।

"করিগী পুক্লীং শোম্বরি, অঙাং? পুন্সিদি অরা নুংচাইনা থম্বনী," ঐগী য়েৎকী লেংবান্দ মখূৎ থমতুনা ফাদরনা হায়রকই; "মরাল লৈজদবা কয়ানা ফংফম থোক্লবা, লুম্নবা দণ্ড ফংখি অতুগা ফংলি। মতু নীংশিংউ। অরাবা, খুদোংথীবা খু দিংমক ঈচংথোনা মায়োক্লৌ। মতু পুন্সিনী।" চৎলসি, লাকও হায়তুনা ঐখোয় অন্তুম থোকমীন্নরকই। সিড়ি কূমথরকপদা অমুক হায়রকই, "নয়াম্বনা লুপা লিপীং মঙা থারক্লনি। হৌজিক নঙগী ফি-রোন লৈরুরসি। হন্নক্লগা প্লেন টিকেট ককউসি। এয়ারপোর্টকী কম্মসিয়েল মেনে-জরতু ঐগী মরূপী। লাকও।" গেরেজদগী কার থৌদোরকই। তোংলমদাইদা তু খ্যাও চুংলকই; ইশাগী ফিবম য়েংঙবদা শাথিনা

ইকাইবা ফাওরকখি। ফাদরনা মনীংথংবা থোঙত্থ হাংদোক্লুনা ঐবু চঙহল্লী।

ফাদরনা বিসপ্স কলেজগী প্রিন্সিপলগা উন্নগদবা লৈ হায়রকই। "অতুদি নিউ মার্কেটতগী ফ্কি লৈবনা ফরনি" সিষ্টরনা মত পী। মথংগী সুমিত্ত লোইগদবা সুট ওর্দর্র তৌরবা তুংদা রেডিমেডকী ফি রোল লৈরকখি। বিসপ্স কলেজদা লৈরিঙৈদা হোষ্টেলগী বাথ-রুমদা ফজনা ইরুজথোকই। অহুম্ব ফিজোল অতুগা শেংদোক্লবা হুকচাংনা পুক্লাংদা অমকপা অমতা লৈহন্দবগুম তৌখি। তাং ২৮ গী ফ্লাইট টিকেট কনফার্ম তৌরবা তুংদা কম্মর্সিয়েল মেনেজরগীদা য়ায় চারক-থক্লকখি।

ফি-রোল অমদি টিকেট লৈবদা চংখিবা খরচ অদুতমক ফাদরনা লৌখি। লুপা লিশীং অনতা ওইরবসু লৌবীয়ু, দাম্মি খম্বীয়ু হায়জৈ। ঐহাক্তি চেরিটিদা লৈরিবা অঙাং অমনী। লৈরিবা অঙাং-শিংদোনা অৱাবদা তারিবনি হায়রকখি। কয়াদা ৱাংথ্রবা ৱাখল্লো? পৈশাগী মমল ওস্থোক্ল য়ামই ; মী অমা হিংনবা হোৎনবদা পৈশা চংই। অতুম ওইনমক অৱাবা তারবা মী অমদা তেংবাং পীবগী মমল লৈতে। অপঙবা ঐতনা তৌবীমলবু পৈশানা লৈবা নত্রগা ওন্নবা য়াগনি খল্লবনী। কেনেডি সেন্টরগী মপী মপা লৈজদ্রবা অঙাংশিং-গীদমক হিংলিবা, কৎথোক্লবা পুন্সি ; অতোন-অতাশিংনা চারগা অপেম্ব ফংইবা লাইওইরবা মপোক—মীওইপোক্পী লমজিং মৈরানী।

মথংগী সুমিত্ত এয়ারপোর্ট ফাঙবা থিল্লয়গা রেভরেন্দ ফাদরদি চংথ্রে। কারতুনা উরিবা ফাঙবা খুং হাইতুনা লেপহৌই। সিষ্টরগা চঙমীন্নতুনা কম্মর্সিয়েল মেনেজর উন্নরুবদা তামো, ইতৈমা অতুগা ইচলনা ইম্ফাল এয়ারপোর্টতা ঐবু ঙাইতুনা লৈরে হায়রকই। মতম ওইরে। খুৎ শোক্লতুনা তৌবীমল খঙবা উংলম্মী।

# মুপীগী অধিকার

পোরিবা অঙাং অদু মাঙ্গোনগী দারিদা লেপহন্দুনা কৃষ্ণদাসনা লাউরকই, "বেবী হৌরে, থাম্না। শঙ্গোম পীথক্লসে।" অঙাংদু পমখত্তুনা চাকশঙদা চঙলকই। মমাঙ কাদা লাইরিক তৌদুনা লৈরিবা থাম্নানা ঙাংলিবহু তায়। "খূজিম্ম শীক্লুনা হৌদোকপা ওইরিনি। তূমথিবস্তু কুইত্রিবনি। থবক্ল থবক চিম্বনে; ক্লাসতা তাক্লবা লাইরিক থর পাহৌগে হোংনবনি। থবক শংবা মানা কোক চঙহুনা পীথকপা য়াই। ত্রেন ডাইভর্ট তৌনবা হেক্ক লাউ-রকই, 'থাম্না অদু তৌরু, অদা তৌরু।' পূংবু কয়া তাগ্রবনো? ইস! নিপান মথায় তারেনে। দাস, হো দাস. চারু করম্ব মতমদা থোংদৌরিনো? বেবীহু শঙ্গোম পীথকপা লোইরদি চফু থাংগৎলো। নাকন্দগী সেবোং থর হেকউরো; অনৌবা হেকউ, অরিবকা চানীংদে। ঙায়োক চফুদো ঙমু য়াওরমখিনী; শেংগা থাকচিল্লু। মচন চানা থোংঙ্কো, ঙসিদি থর হাউনা চাখিগে। অদুগনে, বেবীদো ইনাক্ত থাজীম্নকহু; য়াম্ন য়েংলনি। লাইরিক ঙাইহাক পারগা ঐস্তু ঊক্লজনি।"

মচানুপীদু পোত্থনা শঙ্গোম লৌবা চংলুই। হৈস্লামগী তোমচৌগী নুপীদু ঙরাং ইম্ফাল চংখিবদগী হঞ্জিল্লক্লে, হায়বসি তারকই। মচা মঙা থম্লমই ; মচানুপা অহন্দু হন্দক্ত মেট্রিক পাস তৌবনী। মানা চেনথ্রিবা নুপাদু লৌবুক মপানগী হৈক্রুজম শ্যামদনী। তোমচৌগী মিলদগী চেঙ লৌথোক লৌশিন তৌনথুনা শ্যামগা শথিগা লল্লোম্ব তজ্জনা চংমীনৈ। শ্যামগীদি হান্নবা নুপী অনী লৈরবনী। ঙসি অয়ুক তোমচৌনা কন্যা কংথ্রে হায়না ঙাঙনহৌই। মচা-মহো লৈনা লৈনা অতোপ্প মশুং মমাম্নবী অমগী ময়ুম থুগাইগে খল্লিবা নুপীশিংসে ঙকইদকো। মশক মতৌ লৈবা, রাঙাং রাতা হৈবা, মীৎয়েং পরিং চুমদবা হেল্লোইশিং অসিনা খল্লিবনু নুপানা নুপী লোম্ব য়ারবদি, নুপীদু নুপা ঙাঙনবা য়াই হায়বসিরা ? মশা-মশাগী নুপাশিংদুগী মরালনা করিনো ? নুপী লোম্ব নুপারা নত্রগা মমীং পাঙনা পাঙনা উদ্ভবরা নত্রগা মনা তানা তানা পংলত্রা ? মখোয়গা মাগা খেন্নবনা করিদনো ? খন্ন খন্ন লাক্লুনা য়ুম য়োরকখি।

বেবী মেরাগী ১৬ নি পান্বদা পোকই ; চহী অনী শুরক্কদোরে। মমাগা লৈমীন্নবদগী মপাগা লৈমীন্নবনা হেন্ন নুঙাইজে। শাম্নপোং ময়াম পুরক্লুনা মমাঙদা থম্নবদা হন্নাওজে। থাম্নাগী চাক য়েঙ্খাং নীংথিনা শেমঙনা উপুদা হাপচিল্লী। মপা মচা চাম্নিন্নে। য়েরুম অফুংপা চাক্ক তোংনহুনা মচাদা পীজে। ঙা নক্ক লৌথোক্লুনা পীজে। চাক তোক্লবা তুংদা কোল-লীক ফেংদোক্লুনা ঙরমদগী ঈশিং লৌত্থুনা চামথোকই। চাকশঙদু তক্ক-তনান থম্নবা তুংদা বেবী পুত্থুনা থোরকই।

মাঙ্গোন্দ ঙাইহাক ফম্মীন্নে। মচাগী অর্থ থোক্লিবা লোন তাত্থুনা হন্নাউজে। অঙাংদু পম্নথক্লুনা কোম্থোং ফাওবা চংলী। বেবীনা পমগন্নু চংকনি হায়ত্থুনা নিঙাই তৌই। মপাগী মথুং প্যায়রগা চিংথুনা চংলকই। মপানু মাঙ্গোন ময়ায়মক্ত ফমহল্লী।

ইমুংদগী শাম্নপোৎ ময়ামত্থ হোন্দোরকই। অমুক চঙ অনী পুরক, অমুক চঙ অহুম পুরক তৌদুনা থম্লগা মপাগা শাম্নখিন্নে।

থাম্নাত্থ চাবা থকপা লোইরদুনা মফি মরোল শেৎলী। রাউতক্ক মুবা কুচুনী। চিরাইগী শমত্থ খোইতক তৌই। শাংলবা লুতুংগী শমত্থ খোইবগীরা করিগীনো বেনী লোন্দুনঙাক লৈ। হুঙ্গংনা হৌবা পীশুম অনীত্থ কাজলগী মতেংনা কোলহল্লী। তেন্তক তৌবা নাতোন. নাশি কাঙলপ তৌদুনা হুঙ্গৎনা পাল্লী। চীম্বান কাঙই। মুরৈনবা চীম্বান্দুনা হরাউনা নোক্লকপদা মচৌ মচা নাইবা য়াশিং অদদগী থক্তোরকপা মঙান্দু অয়েংবা মীগী মমীৎ থকৎহল্লী। তোঙনা পাম্ব মীৎ অনীদুনা হরাওতক তৌনা খুইজিল্লপ য়েংলকপদা, শাউরপ্ল য়েংব. করেন্নব মীৎয়েংনি হায়দবা ঙম্মোই। চাউনা ফম্ব না অনীনা শুজিল্লপ তৌবা কোয়দা—নবা মায়গী রাশি হাপকৎলী। হুঙ্গাম মপানগী ফুরিৎ মথক্ত অঙাঙবা শারি থোন্দুনা থম্বাল লৈকোক শেৎলী। কুরাউ মপানগী লুনাত্থ ঈপ্তোরক্লুনা মাঙ্গোন ময়াম্নদা ফম্নীবা কৃষ্ণদাসতা হায়রকই, "দাস, ঐ নংলরোই, লুখাক ককা অমতা শেংলমদ্রবনি। কোন লীক্ল খর ফেঙদোকপীরম্মু।"

"পূং কয়া তাগ্রে, থাম্না?" কৃষ্ণদাসনা মমীৎ লাওথোক্লুনা শাউনা য়েংখৎলকই।

"পূংবুদি মাপন মখায়দ তারি হায়বা। অদো, ঐ ইনম্ম-খোইদা চঙঙ্দো লৈ হায়বা। থেঙগ্রনি হায়দনা তৌবনে। কোন খর ফেঙবীরম্মু হায়বা। পুথম অমগা তেঙ্গোৎ অমগা ফেঙবব্র কয়া কুইনি হায়গে। খর তৌবীরম্মু। বেবী, বাই।" মচানুপীত্থ হম্নফাওবা য়েংখৎলক্তে। কৃষ্ণদাসনা থানা য়েংদুনা লৈহৌই।

মশানা চাবগী লুখাক চঙুম শেংঙু হায়বগীদমক খৎনবদা মুম কায়গদোবা য়াওগ্রে। ব্যাবহার অমা য়াওনা হায়রম্নিবত্থ মরম

অহুননী। অতোপ্প রাফমগী ওইরবদি য়াথংগী রাহৈনা মহুৎ শিল্লম-গদবনি। কৃষ্ণদাসনা মথন্ত হংজরিবা রাফমদি যুম কায়গে কায়-রসম্ম পারা অমদি তঙ্খীকম থোক্রে হায়বসিনি।

কৃষ্ণদাস মপা মমানা খেঙনা ফংজবা অমত্ত পোকচবা মচানী। ক্লাস নাইন তম্লকপদা মপা লৈখিদ্রে। মপাগী লৌ শঙম অমা অহুগা চাউরবা ইংখোল, অনীত্থুগী মপান্দগী বিঃ এঃ তমজরকপনী। লাইরিক লাইশুদা পুক্নীং চঙলকপা ছাত্র অমা ওইনা হৌরকপনা য়ুনিভর্সিটিগী পরিক্ষা খুদিংদা থাক রাংনা পাস তৌরকই। লৌউ শিংউগী থবক অশং-অশংবা মতমদা মমাগী অহুগা মথুরাশিংগী মতেং পাংলকই। চহী কয়া অনা লোয়নহুনা লাক্লবা মমানা লৈখিদ্রবদা কর্মগী পৈশা লৈতহুনা লৈজরিবা লোকম চহীগী ওইনা লুপা লিশীং নিপান্দ য়োনথি। লেমহৌবা পৈশানা মথুরাশিংনা থম্বীরি। মশানা শূদ্র-নোমজরুবদগী ফংলকপা পৈশা তুংশিন্দুনা মপাগী লৌকমহু হন্দোক্নে খল্লী।

ফিরোয় লোয়রবা মতুংদা অহলশিংনা যুম পাম্নবা তকশিল্লকই। মন্দোমচা য়াইনবা হায়ন-শীঙনবা লৈত্রা হংবদা কৃষ্ণদাসনা খুম্মী, "পাথং-পাথ্রা ওইগে খন্দবনিনা লৈশাবী-পেন্সন ফংনীংদবী অমদি খঙনরে। হৌজিক হোরেলগী রাদি ঙাওনদ্রি।"

"কনানোনে? কনাগী মচানো? কদাইদা লৈবনো?"

"শান্তি। সিনামগী ইনে তোম্বীগী মচা। পুত্রী অচৌবা মপানগী।"

"ইমাইপেম্মা মাঙজরে। মহুগী নুপীদো পুশিল্লকপা য়াদেকো। অসোমদনা কোক-লু পান্দবা হায়বহু ওইরে। আসোমদনা লুপ্রাবীগী ইমুং। শোয়রে, শোয়রে। যুম অমা পাম্ব হায়বসিদি নুপাগী শাগৈ-নাতৈ, নুপীগী বারি-সম্বন্ধি চাউরগা ঐখোয়গীহু মায় পাকই;

মী—মসু য়েংবদা কজে। থবক অমা থোকপদা, দেব-কন্ম অমা লাকপদা; শাগৈ-নাতৈ চাউদবা ইমুংদো য়েংবদা ওয়োক্ত মুডাইতে।"

"ইন্দোমচা, চহী অমা অনীসিদ্দি মুপী থিনীংস্ত্রিদা। নোংমৈ লৌ হনগদবনি। লৌ হন্দোক্লগা কোন্ন য়ুম পানগে।"

"লৌসু হন্দোকসি, মুপীসু থিসি" মন্দোমচানা নখা চংথরকই; "লৌকমহু ইরায় লায়না হন্দোকপা ঙমগদবা মুপী অমা লৈরে। বিঃ এঃ নি; তলব চারবা মীনি। শাগৈ-নাতৈ শিংথ্রবা ইমুংদগীনি। শরাংথেমগী ইতৈ বীরসী মচা থাম্না থওইদনা? ইমৌ ওইদবা য়াদেকো।"

"বাহ! ইন্দোমচা! নশক থীবা ডাঙন' থী হায়দো মতুগী লৈশাবীতুমক্লী। নশাদিনে মার্ব্বল মক্কমুক্ত চাউবনি। মথোনদি খেং খেং লাউতুনা মচীন থীশ্রবনী। মতুগা লৈমীহবা ওস্মোই, ইন্দোমচা।"

"মপা মনাগী মরুম থুপ্ন লৈবনিনা নাওদে শাজবা ওইরিনি। ইমুং অমা শাজং অমা লৈবনী। ফনা চীনগথী মুপী ওইসতু মুপাবু লাকহত্ত্রনা পাম্ব থক য়ারোই। কান্নদে, কান্নদে। ইতৈংহু, ইচেংহু পাঙ কাওনরবনী। থাম্নাগসু রা লোইনরবনী। নঙগী রা থক্ত ডায়রবনি। নমান্নবা অমা—অনী লোয়নরগনে ঙসি কোয়-রুদবা য়াদেকো।" অহলগী য়াথং ইম্ব মচানী থঙই। মন্দোমচাহু হৌগৎতুনা চংখ্রে।

হান্ন লোয়নরবা রানিন্দনা; কৃষ্ণদাসনা খলহৌই। শাত্তিনা করম ভৌহৌবা তারিবা? চুম্নগী কোয়নবা থক্তনি অহুবু লৌনসি লৈনসি হায়বপী কোয়নবা নত্তবে? হৌজিক্তি মদোমদা থম্বকবগী মতম ওইদ্রে। অহল লমম্ন শীল্লিবা লম্বাদা চংথবা তারক্লে। মাগী ফ-নবা শীল্লিবনী; কবিগী অয়েংপা শীক্লগাদগে।

মপানা শারম্ব থাইনগী য়ুমজাওনী। য়ুমগী মায়কৈ মরিদা কোয়শিন্দুনা লৈবা ইংখোল অদু য়াম্ন পাক চাউই। নোংপোক্কী ইংখোলদা সড়ক্ক তাইননা অচৌবা পুখ্রী অমা লৈ। পুখ্রীগী অরাংদা কোম্থোং ফাংলী। কোম্থোং অদু অরাংথংবা শম্বলগা য়াম্ন নক্লে। অরাং-নোংপোক্কী শুমাঙ মচিদগী শেগা লম্বী অমা অরাংগী শম্বল কাওদোকখিত্নুনা মখুরাশিংগী শুমাংগা শম্নরুই। ইংখোলগী মায়কৈ মরিমক্ক নোংবাল্লেনা শম্বল ওই। কোম্থোং অদুগা পুখ্রী অনীগী মরক্ত লৈবা নোংবাল্লেগী শম্বল অদু সেগা লম্বী ফাওবা য়োই। শম্বলশিংদু তরু তনান্ন থম্মী। ইংখোলদা থাবা মথল-মথাগী মনা মশীং য়োম্বতনা মমা-মচাগী চহী তংখায় অমগী চাবা কোন্নে। মমানা শোঞ্জিল্লকপা মতমদগী মন্দোমচা য়াইমনা মতম মতমগী ওইবা মনা-মশীং য়োম্বীত্নুনা ইমুংগী অরাং-অপা য়েংশিনবীরকই। মন্দোমচাগী মচা অতোম্বী ইবেনীনা মবুংগা লৈমান্নত্নুনা মমা লৈখি-দবগী অহোবত্নু মেনশিল্লরী।

লৌ হন্দোক্লগে থন্দুনা থম্নম্ব শেল লুহোংবদা লোইনা চংগ্রে। অউনপোৎস্তু মতীক চানা উল্লকই। মতমগী চৎনবী টিঃ ভিঃ, লুনা, ফ্রিজ, গ্যাস ষ্টোভ, য়োৎকী অলমীরা, টেবল ফেন, ইলেক্ট্রিক ষ্ট্রি, ৱাটর ফিল্টর, ষ্টেপলর অত্নুগা শুলপিন ফাওবা উল্লকই। ময়াম্ন হায়নৈ মৌ অনৌবীগী ৱাইতৈ; তুলশীগী অকোয়বদা ৱাই তৈবত্নু অহাম্বদা কোয়াদোনা পাকই। হুমিং মঙানিগী মতুংদা থামুক্ত পাক্লকই অত্নুগা তরেংনি শুবদগীদি নোংমা পাম্বগী থাদোনা অত্নুম্মক উখিদ্রে। থাম্নাগী লীচং-শাজং চাক্লৌবা মতুংদগী উরক্লে অত্নুগা মাপন্নী শুবদগী শ্বয়ং ওইনা উংলক্লে। ইবেনীত্নু পুংকক চাউরক্লবনিনা লাইচুরকক্রা কিজ্রবনা ময়ুমদা হনগ্রে। কৃষ্ণদাসনা চৎখিত্নু লৈখো হায়বদা মনম্ন লাক্লবনিনা মানা লোইনা তৌজরনী হায়রম্মী। মনম্মনা তৌগদ্রা হায়রগা মবুংনা মচনগী মহুং শিন্দুনা থবক তৌবা তারকখি।

'মা', 'ঐথোয়গী মুপা', হায়রম্বদগী 'নঙ' অতুদগী 'দাস'। স্কুল চৎপা মুমিত্তদি কৃষ্ণদাসনা চাক থোংবা হায়রম্বদগী ছুটি মুমিত্তসু চাক থোংবা তারক্লুনা অয়ুক্কী পুজারি ওইরক্লে। অঙাং মীরোনখিত্তুনা চাকমৌবা হৌরকপদগী নুমিদাংগী পুজারিসু কৃষ্ণদাসনা ওইরক্লে। নোংমা স্কুলদগী হল্লকপদা রিক্সোদা ডরম অমা হাপ্পুনা পুরকই। নোং-চাং তাবা নুমিত্ত, ঈশিং নক্কথম্নবদি ঈরুজবা অত্তুগা কোন-লীক ফেঙনবগীদমক পূথ্রী য়োনা চৎলুদ্রবসু য়ারনি হায়রৈ। অয়ুক ঙস্থা হৌগৎতুনা ঈশিং হোম্বগী থবক অমসু হাপচিল্লক্লে। ডরম পুরকপা মুমিত্তগী মতম অমত্তদা চাক চাম্মীন্ন-রম্বত্তু তোকখ্রে। কৃষ্ণদাসনা হান্ন চাগনি। চাক চাবা মতমদা লুখাক চগুম উবা, চাকশঙ ঈচাই চাইনা উবদগী লাইনা অমা হেক হেক হৌগল্লী হায়রকই। কৃষ্ণদাসনা মশানা চাবগী পুখম তেঙ্গোং ফেংদোক্লুনা খাবৈ চেগপ নীংথিনা লোইশিল্লী। খাইরম নান্ন তৈথোক্লুনা কাবক কাবক কংলকপা মতমদা থাম্না চঙলক্লুনা চারবা নোংমগী ওইনা চৎথরক্লে। কৃষ্ণদাস থাম্নাগী দাস ওইরক্লে।

মীরোম্ব থা মরি শুরকপা মতম্দী। নোংমা নোংমাইজিং নুমিৎকী নুমিদাংনী। টিং ভিংগী যিলম লোইরকপদা ঈশিং থক্কীংত্তুনা চাকশঙদা চঙলুই। লুখাক, চগুম, পুখম, তেঙ্গোং ঈচাই চাইনা লৈরম্মী। ফিলম য়েংনীংত্তুনা তৌরিবনী; লোইরবনিনা হৌগৎতুনা শেংজরনি থন্দুনা কমুং চঙলে। নোংঙাল্লে, ঈশিং হোল্লবা তুংদা ইংখোল শম্বল য়েংশিন্ন কৃষ্ণদাসকী নোংমগী মথৌনী। পূথ্রীদা ইরু-জথোক্লুনা চাক থোংগে হায়ত্তুনা চঙলকই। নুমিদাংগী ফিবমত্তু হোংদনা লৈরম্মী। মত্তুনা অহাম্ব খৎনবনী।

"থাম্না. ঐ চাক থোংলগে। ঙরাং নুমিদাং নঙ লুখাক শেংবা কাউরম্মমাল্লে। ঈচাই চাইরে; কোন-লীক হান্ন লোইশিল্লখো লাকও।"

"মোক হেক শেম্বোকও। থবক শংদেরে।"

"নঙনা চাবগী নুথাক চঙেমকাওবা ঐবু শেংহনগে হায়রিব্রা, থাজবা ?" খোন কল্লম্ম কাউরকই।

"নঙনা শেংঙহ্ন য়াব্রো ? ঙরাং ডিঃ ভিঃ লোইরকপদা ঈশিং থকপা চঙবিদাইনে ? অদুগা অদুম্মক শেংদোক্লব য়াব্রো ? ঐহ্ন য়েংনীংবদগী চঙলকপনি : লোইরগা শেংদোক্কে থক্লবনি। নঙনা চঙথ্রবনিনা শেংলম্মনি থবনী। কাম্মদে দাস, খোয়দৌ শাউগংলকই।"

"ঙসিদি বা অমা-অনী ঙাঙনবা তারে।" কৃষ্ণদাস চাকশাঙদগী পরপ পরপ থোরকুনা মমাঙ কাদা থারিবা মোফাদা ফমরে।

"মৈনে, ঙাঙনস্নিনে।" ফম্মহ্ন চৌকিহ্ন মমায় ওন্থোরকুনা কৃষ্ণদাসকা মায়োক্নহনা ফমী।

"থাম্বা, ঐসে নুপানি", কৃষ্ণদাসনা তঙ হৌরকই ; "য়ুম পাল্লবা নুপা অমগী তৌফম খোকপা মথৌ ঐ মুল্ল থঙই। নঙদি থঙলমদবস্থ য়াই। অদুগা য়ুম পাব্ব নুপা অমনা তৌরোইদবা থবক্তী নঙ মুম্ম থঙই। অয়ুক ঙন্তা হৌগংতুনা চা লোম্ব অহুগা মতুদা পীবা। মশা মউ ফবী, ইংথোল মন্নুংদা লৈবা পুখ্রী কাওবা ক্লোনা চৎনীংদবী মতুহ্নগী মায়-মীৎ শেংদোক্লবা, ঈরু-মায়থজনবা ঈশিং হোম্বীবা। চাক থোংহনা চারগা কোন-লীক ফেঙবা, রাইরম তৈথোক্লুনা মতুঙ্গনা হা-নবা শীল লাংহনা থম্ব। মসিদগী হেন্দোক্লুনা মতুনা চাবগী নুথাক-চঙুম শেংহনা কোন লীক ফেঙবা তারক্লবদি নুপা অহ্ন হিন্দু শাস্ত্রনা মী ওইনা লৌনদ্রে, আধা মরা হায়হনা থঙনরে। নংগী শাজংসিদি হিন্দু শাস্ত্র ...।"

"২০শুবা শতাব্দিনি দাস," থাম্বানা মরক থংলকই ; "নুপাগা নুপীগা রাইট চপ মান্নে। নুপীনা তৌগদবা থবক হায়দুনা অমত্তা লৈতে। নুপী এথলেট, নুপী এষ্ট্রোনোট, নুপী প্রাইম মিনিষ্টর

লৈরিবশিনি। পৃথিবীদা লৈরিবা থবক থৌরম খুদিংদা নুপীনা শরুক য়ানবা লৈতে। মুস্লিমগী পর্দা, হিন্দুগী নুপানা পাব সমাজ, শক্তি অসিদদি অশোক চায়রবা চংনবা ওইরে। ভারতকী নুপীশিংসে হৌজিক্তি মমীৎ পাঙলক্লরবা, দাস। ঐখোয় নুপীদা অহোংবা পুরক্লিবসে নোংচুপ্লোমগী ফিলোসোফিননী।"

"ফিলোসোফিরোমদা পুখোকখিনু থাম্মা। রেষ্টর্ণ ফিলোসোফিনা হিন্দু ফিলোসোফিদগী হেন্না থাংদে। নখোয়দা লাক্লিবা অহোংবদো থাগৎনিংঙাইদি খজিক্তনি; মাঙনিংঙাই ওইবনা অয়াম্বনী। দ্রৌপদি পাণ্ডব মঙাগী নুপীনি নখোয় খঙ্ডি। দ্রৌপদি কনানো হায়রকুদি খঙব্রা? কোল গার্লনি হায়গদৌরিব্রা? সীতা নত্রগা সাবিত্রীগী চরিত্র নীংখিনা মশক খঙলগদি দ্রৌপদি মশক তাকপা ঙমগনী। রামায়ণ লোইনা অরবা তুংদা সীতাসি কনাগী সহধর্মীনো হংলকপা মীদো, অতুঋক্তনা রেষ্টর্ণ ফিলোসোফিনা হিন্দু ফিলোসোফিদগী হেন্না থাংই হায়বনী। অদুগা নুপা নুপীগী রাইট মান্নবগী মতাংদদি নংনা হায়রিবদো চুম্মী, য়ানীংই। নুপীগী অধিকার ঐখোয়গী সংবিধানস্তু রেকোগনাইজ তৌই। ইশামক নুপীগী অধিকার মাঙহল্লোইদবনী হায়বসিদ কম শোৌগংলী। অদুগনে থাম্মা. সমাজগী চংনবী হায়তুনা অমা লৈবনী। আইন ওইনা ইতুনা থমত্রবহু, চংনবী অসি মৈহৌরোলদগী ইন্দুনা লাক্লরি। ফত্তবা নত্রগা কাদবা চংনবী থরস্তু য়াওদবা নত্তে। অমাম্ব মীনা মখোয়শিংহু থাজোকরে। অদুগা অমরোমদা, ময়াম য়া-নহুনা চংনরিবশিংগী মসুংদা নুপানা তৌগদবা থবক অদুগা নুপীনা তৌগদবা থবক হায়দুনা থাম্মোকই। ঐনা নংগা ঙাওনসি হায়রিবসি মতাং অদুদনি। নঙনা তৌগদবা থবক ঐনা তৌরবদি লৈকাইশিনা উরগা নঙবু মত্রগা ঐবু করিনি হায়না লৌনগনি?

"লূখাক চঙুম শেংবগী থবক্তি ঐখোয় নুপীথক্তনা তৌগদবনী হায়বসিদি ঐদি য়ানীংদে। থবক চিন্ন-চিন্দবগী মতুংইন্ন অমনা অমগী থবক অতুম তৌবা য়াই। মসিদা ঐনা করি কায়রগেনে?"

"নঙ মীনমগন্নুকো থাস্না। ঐ নঙগী নুপানি ; ঐঙোন্দ মীনম্ব তৌহৈদেকো। নশানা চাবগী লূখাক ঐবু শেংঙু হায়বত্তুদি নঙ ঈশ্বরদা নরাল লংঙবগুম থোক্কনী।"

"দাস, নঙ ঈশ্বর নত্তে, মীনে। হিন্দু ধর্ম্মনা মরা মপুরোইববু ঈশ্বরনি থন্নু হায়রিসিস্নু য়াম্ন নোক্লীঙবা রাফম্নী। নুপী হায়বসি পঙই ; মপুরোইববু ঈশ্বরনি হায়তুনা থল্লবদি লুনা, কিনা চংকনী। শম্ন হায়রবদা নুপীবু নমথতুনা থম্নবা হোংনবনী। ঐদি মতুগী মায়োক্ত লৈবা নুপীনি। নুপানা তৌবা য়াবা থবক ঐস্নু তৌবা য়াই।"

"মতু য়ারোইনে থাস্না। নুপাগা নুপীগা হকচাংগী ফিবম খেন্নৈ। নুপা ঐখোয়দি অহিং অথেঙবা কাওবা লৈরক লমজাঙদা কোয়চং চংতুনা লৈবা য়াওই। নখোয়না অতুম্ন তৌবা য়াগদ্রা? ওইবা য়ারোই থাস্না, নুপাগা নুপীগা শাবান মুর্ত্তি খেন্নৈ। নুপানা তৌবা থবক খুদিংমক নুপীনা তৌবা য়াদবস্নু লৈবনী।"

"লম্বী সরক্ত থেঙনা চংপগী রাফমত্তুদি ঐখোয়গী অসিরাইসি চাওখত্তবগী তৌবনী। অচৌ অচৌবা সিটি—নিউ য়োর্ক, মোস্কোগুম্বদদি অহিং নুংথিল নাইদনা মী চংথোক চংশিন তৌনৈ। থাপ্লবা মফম অমদগী কার তোংতুনা লৈশাবী অমা অহিংদ মথন্ত লাকই। মানা নুপান্নি, ঐনা 'নুপীনি হায়বা নাইদনা বারদা, নাইট ক্লবতা অহিং অতুম লেম্ভোকই।"

"অতুননি হায়রিবা লৈবাকশিং অতুদা থাইনবগী মশীং ওম্বোক্ত য়াম্নীবহু।" কৃষ্ণদাস অস্নুম অস্নুম শাউগৎলকই। "মফম অতুদদি নুপী অমনা কয়ারক হন্ন ময়ুম পাল্লী। হোলিউডকী এক্ট্রেস অমা

তরেংলক ময়ুম পানখি। অসিবাইগী রেষ্টর্ণ ফিলোসোফি খঙবী খরম্থু মতৌ তম থোরক্লে হায়নৈ। মসিবু মুপীগী অধিকারনি হায়তুনা শীংথা-নবা য়ারিব্রা হায়বা? মুপীগী অধিকার করিনো হায়বসে খন্নীংবা মওংদা খল্লু থাম্না। অতুগনে মতুগী লৃখাক শেং-গদবা মীদো ঐদি নত্তেহে। মসিমদি নঙ কাউগন্নুকো। য়া-ন, য়া-নবা খর খর চৎনসি" হায়রম্নগা মপান্দ থোরকখি।

অঙাং পোক্লবা মতুং থা অনী শুদ্রিবা ফাওবা মনেম লৈরম্মী। ইবেনীস্থ চঙদবা য়াদ্রতুনা ইমুং পুন্থনা লৈরম্মী। লুহোংলবা মতুংদা মুপা অমা ওইনা হিংবগী মহাউ কংখিবসি মতম অতুদনী। লৌ-রোক পাম্বাগা ওইবনে লৌ খাওবা, য়ৈবা য়াওতুনা লৈ। মীয়াম তিম্বনিনা মখল মখলগী পাউ তায়। পাৎপানগী থাবৈল্লেহু লুহোং-গনি হায়তুনা পুরকপনী। মানা চেল্লুরিবা মুপাহু ইলেক্ট্রিসিটিদা থবক তৌবা এসঃ ওঃ নি; রাহেংবম গুনো। মথংগী অয়ুক্ত পোষ্ট ওফিস মমাঙগী হিদংময়ুম মোনোনা চিংখি; মুমিদাংদা লুহোংখ্রে। হৈনৌ খোঙনেম্বী পরেংদা চেল্লুবা অপাম্বী, ওঝা সনাতোম্বীগী মচাহু লুহোংগদৌবা হয়েংনি হায়বা মুমিদাং অথুদা কৈথেন মপানগী শ্যামদা অমুক চেনখি। লুহোংবা বর অনী লাকখি। অকোম্ব পাওনা কল্লী হায়বহু থোকখিমাল্লে। অমদা অমুক চেম্ব, অমদা অমুক লুহোংবা চৎনবী ওইরব্বদৌরিব্রা?

লৈশাবীদা নত্তনা মৌনা মরাময়ুমদগী চেম্বগী চৎনবী অমস্থ তোয়না থোরক্লে। পান দুকান ফম্বী চন্দ্রগী মুপীহু হৌখিবা ঈরাই মুমিত্ত য়ুমলোম্নবা ইবোচৌগীদা ময়ুম হোংজিনখ্রে। নিশা বন্দ লুচিংবী তোমাল্লেহু অহিং থেংনা হঙ্গিল্লকই হায়তুনা মাগী মুপা মাঙ্গোল-জাওনা শিথবমথৈ ফুরুরমাল্লে। মোংডাল্লকপদা লৈরমদ্রে হায়তুনা থি-নরুবদা হুন্দক্ত পুলিস চঙখিবা ব্রজচান্দগী মপা সনাজাওবদা চেল্লম্লে। সনাজাওবগী মুপীতুনা পুশিল্লকপা য়াদে হায়মাল্লে। হাঁজিক্তি

মোরেদা প্রেমনগরদা লৈখ্রে। অসিগুম্ব নুপীগী মশীং খূৎ থেক্লুনা হী-নবদা ১৫ দনি, নত্তে ১৭ নি হায়রুনা য়েৎনরকই। নুপী অনীদি মশা মশাগী নুপাচুনা খঙলকপদগী মচাশিংগা মান্নচুনা অকুম্ব ষণদা ফুবগুম ফুথিবদগী তোকখিবনি। মপানস্থু থোকহনথিদরে. মথোয়গী করি উপাইং লৈরি হায়থুনা নুপীশিংদুগী মিং, লৈকম অংগা মাগা ঙাঙনরম্মিবা নুপা, লৈষম, মাগী লৈরিবা নুপীনচিংবা তাক্লনা শাক্তি পীনৈ।

মনেম অত্তুগা মচন ইবেনীনা চংখ্রবা ভুংদগীদি কৃষ্ণদাসনা ইমুং মনুংগী থবক পুবা অমুক হৌরক্লে। ইন্দক্তি অঙাং শেন্নবগী থবক অমসু হাপচিন্নক্লে। থাম্লাগী শাঙৎ উবদগী, রাহৈ রাতা তাবদগী অরাং অপা য়েংশিন্নীরম্ব মন্দোমচা অচুগা মখুরাশিং অমুক্কসু হন্ন লাপথোকখ্রে।

অঙাং চাউশিল্লক্লগা মাগী লাচৎ-শাঙৎ খর করক্কদ্রা খল্লদনী। অত্তবু হায়ঙ-নোঙ্গবগী মন্থত্ত থৌদাবগী রাঙাংনা অক্লম অক্লম হেঙ্কিল্লকই। অতেবা মন্ন রাইবা শব্দ ক্নই হায়বদু ঙসিদি উৎপা তারে; কৃষ্ণদাসনা খল্লকই। ঐনা ঐগী নুপী রারকপদা কনানা করি হায়গনি? মশানা চাবগী লূখাক চঙুম শেংলগা কোন ফেঙলম্মু হায়রুনা মপুরোইবদা থৌদারিবা নুপীনিকো! রুম্বীদা মখোঙ মখূৎ পুনশিল্লগা মচীন্দ ফিবূন নমদুনা ঈশিং হৈর হৈরগা ফুবা তাবনি। কৃষ্ণদাসতু ঈংনা তপ্প শাউগৎলকই।

মন্দোমচাদা অঙাং শিন্নরুগে খল্লী। থাম্নানা থাঙগদবা চৈনা, মদুদা মানা পেনগদবা মমীংতা উরকই। নুমিৎ অদো পরপ পরপ চৎহন্নীংই। হন্নকপা মতমদি ওইরবনি অত্তবু লাক্তি। ইমুংদা চঙচুনা চাকশঙদা লেপ্পুই। পূখম, তেঙ্গোৎ, ঈশিং গ্লাস, কংশিল্লবা লূখাক ঈচাই চাইনা লৈবা উবদা মচীন্দ খঙহৌদনা হায়দোকখি "মহা পাপী।"

মাঙ্গোন্দ অমুক থোরকই। তুমীবা বেবীগী মন্দোমচাদা শিন্নরুরগে থল্লকই। কনানো কোন্থোংদা চঙলক্লিবদো? মনেম্মী। "বেবীদি" হায়দুনা হংলকপাদা "হৌজিক্তু তুমখ্রি" হায়দুনা খুম্মী। ফমুংদা তুমহৌবা বেবীদো পোম্বদুনা থোরকই; অধাংগী সেগালঙীদা থোকখি। চংলকখিবা খোঙথাং অদুগা চংখ্রিবা মংং অদুনা কৃষ্ণদাসতা চমন্নবা অমা পোকহল্লী। ডাইহাক লৈরগা মন্দোমচা য়াইমা লাকই।

"কৃষ্ণদাস, নঙবু থাম্নাদা করি হায়র-রবনো?" উথোকতেক্ক ঙাদুনা ফম্মী।

"করিস্তু হায়খিদে, ইন্দোমচা। কৈদৌরে?" মন্দোমচাদা ওনশিন্দুনা হংই।

"চংলরোই. নঙগা য়ুম পাননীঙবা ওম্মোই; পংমল্লী ককা হায়দনা য়াম্ন ঙাংবো নাল্লে। ইচেহু হৌজিক ঐথোয়দা লাক্নুনা তম্নীবনী।"

"অদুনা ওইরে, অঙাংহু নমগন্দ থোংগৎনুনা রা অমাকাওবা হায়রগদনা চংখ্রিবদো।"

"মতমগী চংনবা খংদে। চংন' য়াদ' রা ঙাক্ত ঙাংই। মপান থোক্নুনা মীরক তিম্ব মী ওইরদি লৈমীন্নবা য়াদৌনি। খুনুংগী রাঙাং-শাঙাং তাদুনা য়ুম পান্দৌ শরুক ইপামদা লৈজরনি হায়দুনা থিখীগে য়াদ্রে হায়নে।"

"য়াম্ন ফবা রানী, ইন্দোমচা। ঐস্তু ওন্থোক্ত রানা থাংলক্লবনী। অহল লমন্ন হায়জ চংচ তৌদুনা লুহোংলকপা নুপীনিদো ঐনা হেক খাইনরুবা ঙমদহনা লৈরম্নবনী।" কৃষ্ণদাস স্বর মপী হোন্দোকই।

"অহুবুনে অঙাং অমা লৈরবনী। তুরোম্ব লায়বনি: চারোম্নবা লুবনী। অমুক্তদি চংতুনা থেমজিন্নুনে।"

"ইন্দোমচানা হেন্না খঙবীরিদুনি," কৃষ্ণদাসনা হায়রকই; "করি হায়দুনা থেম্মুগনি? নচাস্না নুপানী ইন্দোমচা, নমৌ নুপীগী লূখাক চঙ্গুম শেংদুনা, মখোঙ মখূৎ হাম্বীদুনা সেবা তৌজৌ হায়রিব্রা ঐ হুমজরোই হায়জরুবা। অহল-লমনস্তু চঙবীরুস্নু; ঐগীদমক্তু মায়থূবা থোকহঞ্জনীংদে।"

"খঙক্রেদা, করম্ব মথলগী নুপীনোনে? ওঝানি হায়রি। করি তম্বীগদৌরিবনো?" মন্দোমচাদু হোৌগংলকই। থরায় মুঙাইতনা মক্ত লূকথদুনা চংখি।

"মুক্তিনী, মুঙগী মুক্তি;" কৃষ্ণদাসনা মথন্তু পাউথুম পীজে; "নুপীগী অধিকার মশক তাকপী, থারৈবাক্কী মুক্তিনী।"



# অহান্ন চৈথেং

গাড়ী থাম্মে। নম্বর ৱান গেট মপাদনী। কুমথরগা গেট ফাওবা চেনশিনগে খল্লী। ছাটিন অঙাঙবা অরাংবা অমা খান্দোক্লুনা ছাত্রী অমা লাকই। ইম্ফালদগী লাকপা মিনিদগী কুমথরকপনী। চেম্বস্তু ইকাইরপ তৌতুনা বেগ থাঙ্গৎতুনা কোক চোংতনবা হোংনৈ। গেটকী খা থংবা পিল্লরগী মপাদা লেপ্লুই। ছাত্রীহু অৱাংগী পিল্লরগী ময়ায়মক্ত লেপ্লে।

মুংশিং য়াওবা নোংনি। গেট ময়ায় ফাওবা চোংশিল্লক্লে। নোংচুপ্লোমদা লৈগ্রিবা য়ুনিভর্সিটিগী বিলডিং অমা ফাওবা উবা ঙমদে। কুংনা, থানা, নরম মরম নাইনা চুবা নোংনি। নেশনেল হায়ৱেদা চেল্লীবা গাড়ীগী মখোলতমক তায়। গেট মপা য়োৱক-পদা গাড়ীগী মচুমক উবা ঙমদ্রবস্তু মংংদি লেপ্ল ঙম্মী। আকাশকা পৃথিবীগা শম্নবগুম তৌহনবা নোংজুনী। মিনিট তরারোম হৌখ্রে ; নোংগী শাফুদি খজিক ফাওবা নেমথদে।

লৈশাবী অমগা মায়োক্লদুনা লেপ্লসি ওন্থোক্ল ন্থুঙাইখিদ্রে ; খোংফম লৈতনা হাক্কচৈ। ছাটিন অহুনা মুংশিংকা দয়াদা ভাও-রিবদু য়েংঙ্দনা উই। রেকবোর্ড ডিপার্টমেন্টকী মী ওইরম্বসি লাইবক য়াম্ন কৈ। মমাঙ ফমগদ্বী মশম খাকপীশিংদু উরুবদা প্রোব্লেম খুদিংমক কাউখিনি খঙই। ক্লাস চঙবগা রোল কোল তৌদনা খোংপা হৌরিবসি অহুননী। কাংশি মখোল তাবগা খোঙদা চেন্থোরকপসি ঐগী নোংমগী ড্যুটিনী।

লেপফম অসি ফাওবা ঈশিং তুংলক্নে। চংখিব্রা লম্বী অসিদু ঈশিং থুমখ্রে। ছাত্রীদুস্থ খূনীং নত্তনা খুদোনমথৈ ঈশিংনা উমখ্রে। হঙ্গংনা য়েংলুবদা ছাটিন্দু জগোই শারমদ্রে; মুংশিং নেমখ্রে। খজিক্কুং চথনা য়েংলুবদা মীং অনীদুনা ঐবু য়েংলম্মী। লৈথোক্কে হোংনবদা "তামো, নোংশি কন্ন চুইকো" নমহায় হায়রকপগা লোয়ননা ইনাক্ত চঙশিল্লকই।

"অং, হোয়। চুই, চুই। চুই" হায়দুনা তুংগী কোলার খিক্তং চিংখৎলী। ফনা নাংথিনা ঈংলম্বনী; হুমাং কাংলপ তৌরকই। ঐগী কোক মপাদু য়াওনা ছাটিন্দু খাল্লরে। ছাটিন পায়রিবা থূং অহুনা থবাক্ত থেংলকই; হকচাং থক থক নীক্লকই। চাংহি মনম; লৈশাবী মনম! পাখংতুনা লোংনা তুরগদ্রা ঐবু? তুংদা চাউরবা পিল্লরদি লৈকো। ফল্লবা থবাক্ত স্বরগী তাম্থা তুংইন্ন অমুক রাংখং, অমুক নেমথ তৌরি; য়েংলুবা ঙমদ্রবসু উই। মিহুন দং দং চোংই; মখোল তারমগদ্রা? য়েংকী পোকেত্তগী রুমাল শংতোকই; লাইবক্কীসি হুমাংনি, নোংলিক নত্রে। ইবানী রাংবা মাম্লে; ঐনা খজিক হেনগদ্রা?

কন্ন চুরম্ব নোং খজিক নেমখিবগুম তৌই। কার অম্মা চঙলকই; মী চপ চানা তোংখি। ভাইহাক ভাইরথা তুংদা হায়রকই, "তামো.

নোংসি চুথিগে হায়রিমাল্লে। চোংপগী চোংপা অমহানি; চঙ্ঙসিনে।"

"কৈ, কৈ" হায়দুনা মতুং ইল্লী।

"পূমচোং চোংলনিয়ে, তামো। চংমীম্নসি লাকও। ছাটিনসি পায়মিল্লসে।" ঙাইহনা লৈরে।

ছাটিনগী কদাইরাইদা পায়দৌরিনো খল্লী। মাগী খূবীগা য়াওনা খংপায় পায়রুই। ইলেক্ট্রিক ছোক্কি: হকচাং পুম্ব শীন-থুংই। ছাটিন্দু ভুমিকম্প তৌই।

চ্রোক, চ্রোক; ঈশিংনা খোঙ থাংবা য়াহন্দবনিনা শীং শীংত্তুনা চংলী। রারী হৌরকই, "করি ডিপার্টমেন্নো, তামো?"

"মেথেমেটিক্স। থেসিস সবমিট তৌখ্রে। ইবেন্দি?" স্নম-হায়না হায়নরনে? খংদে, হায়বদি হায়দোকখ্রে।

"কেমিষ্ট্রিনি। এমঃ ফিলঃ গী পরিক্ষা পীখ্রে। ডিসরটেসন করু ইরি, তাম্নো। লোইশিন্ব ঙমগদ্রা, ঙম্মোইদ্রা হায়বা ঙমদ্রে।" মথা তানা হংলকই, "থবক তৌবীদ্রিবরা?

"তৌভরে। খা মণিপুর কলেজদা। চহী তরুক খর হেল্লরে।" চেজেং কোনশিল্লকই। খূনীংরাংবীনি; অকুংপদা নেংলুরমাল্লে। স্টেথোস্কোপ য়াওদ্রবনু ইশাগী মিহুন সেকেঙ অমদা মচারক হুল্লে হায়বসি ফুনগংলক্লিবা স্বরনা তাকই। লেপ্পুনা লৈরুরমাল্লে; "কেদৌরগে তাম্নো, চংলসি লাকও" হায়রকপদা অমুক শীংত্তুনা চংপা হৌই।

"য়ুম পার্ম্বাদ্রিবরা?" ইকাইনা হংলকপগুন তৌই।

"পাঙ্গড্রি, তাদগা চান্মীম্নরি।"

"মথং উন্নবদা মুচাইনবা মিং লৈফম খঙজনীংই। রারু কায়রগন্দ্রা?"

"জিতেশ্বর। ককচিংদগীনি। পাকিংগী নোংপোক্ত লৈ।" ঐগীদি খঙগ্রে; মাগীসু হংবা য়াইদনা। মো ওইরমগদ্রনে? ওইরোইদা। অস্তুক কুইনা পাখং ওইরকপসিদা মোগা লৈশাবীগা খেন্নবা খঙদ্রবদি তোকথোকউ; আশ্রমদা লাই নীংস্থনা লৈরুচো। করম হায়না হংসিগে? 'পাখংগী পরিচয়দি খঙবীরে; নুজাগীদি তাকপীদবনা পাখং ককঙাওননা হল্লগদ্রা?' হায়না হংসিরা? ড্রামাদদি অস্থুম্ন ঙাক হায়নৈকো। অতোপ্প রাহৈ-রাতানা করি করি লৈবনো খল্লিঙৈদা ছাত্রী মরিখক হোষ্টেল তম্ন লাকই। মখোয়গী মরক্তগী অমনা কৌরকই. "ত্রিবেনী, ঙসিদি থেঙনা লাকইনা?"

"ঙম্ন লাকপনে। নোংস্নিনা থেঙহল্লিনে। কদাই চংতোইনো?"
"ইন্দ্রানীদো লাইহো তৌই হায়রে; ঙাইহাক চঙঙ্গে।"
"ঐসু য়াওনীংবনে। ডিপার্টমেন হান্ন য়োরুখিগে।"

খুকউ য়োনা চোৎলবা খোঙগ্রাউদা অমুক য়েং, ছাটিন্দ অমুক য়েং তৌদুনা লৈরম্বনী। ছাত্রীশিংদু চংখিবগা ঐনা হায়, "ত্রিবেনী কৌবোইরে; য়াম্ন ফজবা মিংনি।"

"জিতেশ্বর হায়বসিদি ফজদব্রা তামো?"
"খঙদে। অদো. নঙ-ত্রিবেনী-ইবেম্ম য়ুম পাঞ্রিকো?"

"হৌজিকফাওবদি পাঞ্জদ্রি" হায়দুনা নোক্লকই। নোকপগী খোঞ্জেলসি ইপোম য়াওই। মা-নদি উদবা, ঐনদি উবা মফমদগী য়েংলবদি মাগী মীনোক অসিগী ফজবসি খঙগনিকো। মশক য়েংনীংগ্রেদা। করম্ন য়েংগনি? লৈফমদদি খঙহোগে। "ইবেম্মগী লৈকাইসিবু..." হায়রুবদা মরক থৎলকই, "ত্রিবেনী হায়দনা হেক্ত কৌবীয়ো, তামো। রাহেংবম লৈকাইদা লৈজবনি। ঐখোয়গী বাবাদো ডাক্তরনি। ডাক্তর ব্রজকুমার...।"

"ও! ইঃ এনঃ টিংগী প্রোফেসার, ডাক্তর ব্রজকুমার। খঙজরে।"

কেমিষ্ট্রি ডিপার্টমেন্টকী গেট মপা য়োরকপদা হায়রকই, “তামোগীদি ডিপার্টমেন য়োগদবস্থু য়াম্ন ৱাৎলিনে ? কমহায় তৌনি ? ছাটিনসি পায়বীখোও। পূং কয়াদা থোকপীরকনী ?”

“য়াৱনি, য়ারনি। ঐ বেঙ্ক হান্ন চঙ্খিনি। ইকজামিনর ওইবগী চেক অমা অনী কায়রুখিনি।”

“পৈশা য়াম্ন ফংদৌরি ৱানিনে। চা অমদি পীথকপা য়াইকো।”

“শোয়দনা তৌজগে। ফাগী-কাদি নঙ্কো।” সুমহায়না হায়নহনে খল্লিৈদা “অহুবুদি ভাইহুনা লৈচরম্মগে” হায়রম্নগা চংখ্রে।

বেঙ্কতা লৈরম্নিবা মীয়ামহু অমাকাওবা উদবোই তৌই। শমজেৎ লৌথোক্লনা শম নাম্ন হাংলী। চা থকমীম্নবা মতমদদি মশক নীংথিনা খঙলগনি। ওসি অহান্ব থঙনবা নুম্নিংনিনা খুমাঙ চাও-শিন্ন চঙশিন্নুবা য়াম্রি। পুংখায় অমগী মন্নুংদা পৈশা লৌথোক্লে। মপান থোরকপা মতমদা নোং হাংলম্নে। ভেরেন্দাদা লেপতুনা কেমিষ্ট্রি ডিপার্টমেন্টকী চংথোক চংশিন তৌরিবা মী থরহুদ য়েংই; ত্রিবেনী য়াওদে। মিনিট মঙা ভাইরবা ফাওবদা উদ্রে; নীংবা কায়রপ তৌরকই।

কনানো অমনা ঐবু কৌথিবগুম তৌই। তুংলোমদা লৈহুনা য়েংগে হেক তৌবগা ত্রিবেনী থোরকপহু উরে। ঐ পরপ পরপ থোরকই। “জিৎ, করিনো অহুক ফিংনা চংলিবদো ?” ওক্রম লৈকাইগী বীরেন্নি।

“ঐ অথুবা অমা লৈরে। ডিপার্টমেন্টা উন্নরসে” হায়রম্নগা লাকই। লমখাইদা লেপ্তুনা ভাইরুই। লৈচিন্ন কুপ্পবস্থু মরক থৎনা নুংশাগী মঙাল খর খর ফংলক্লে। লম্বী ময়ায়গী অত্তোঙবা মকম কংবা য়াওরক্লে। ত্রিবেনী য়োরক্লে; য়েংঙুদনা খঙবনী।

মানা য়েংতা, ঐনা ওয়দা চংলি। মাঙদা কনা লাকপনো অদুগা তুংন্নী কনানা হেনগৎতুনা চংখিবনো: অমত্তস্থ উদে।

"তামো, নোংসি অস্থম্ম হাংলক্কনি থাজদেকো।"

"অং, অহোয়," আকাশতা য়েংখত্তুনা মখা তাই, "হাংদৌবা মাল্লে।"

"কুমশি চহীগী নোংসি খর হাকমনখ্রে। থবক অমা, করি অমা থোকপদা ওস্থোক্ত অয়েৎপা পীবা নোংদানি। ঐদি তঙ্গখ্রে।" শাউনীংতক তৌনা. নাংবা কায়রপ্ল ডাংবা খোঙ্কেলনী।

"হোইনে মনা-মশীং কাওবা পংশিল্লক্লে" ঐনা সমর্থন তৌই।

কেন্টিন্দগী থোরকপা ছাত্রী অহুম মরিগা কৌনহুনা রারী শানৈ। মথোয়না ডাংনবত্থ তারুবা তৌদনা সিড়িদা তগ কাখংলী। ইনাক য়ৌশিল্লক্কবা ত্রিবেনীদা ছাত্রী অমনা লাউরকই, "বার্তুণ তৌরক্কবা য়ারোইকো।" "শোয়দনা তৌজরক্কনিয়ে" হায়না খুমহুনা মানা ঐভোন্দ ইকাইনা য়েংখংলকই। মায় ইশা শাগংলী: খায়দোক্লবা অমুম অরাথবীগী মচ্ মাল্লমগনী। মচাও থীগ্রবা ছাত্রানী। খচনবতা ডায়রিবা ভিং-ত্রিবেনী অনীগী লুহোংবগী রাফম ফাওবা য়ৌরম্লে।

নোংপোক্কী ফক্লাং ময়াদা থারিবা ময়ায়থংবা টেবলহু হাডই। ফক্লাংদা তুং ওনশিন্দুনা ফমই। নাকনগী চৌকিদা ফম্লগন্দ্রা হবনী: মায়োক্লনা থারিবা চৌকিহু চিংশিন্দুনা ফম্লরে। ক্লমথবগা হায়রকই. "তামো, করি চাসিগে?"

"ঐগীদি ইয়া য়াই। নহাক্ত পাম্ব অহু ঐগীস্তু অপাম্বনি" শীংনবা রাডাং মাঙ্গ্রা?

মানা ওর্ডর তৌই "ওমলেট, চা···।"

"ভিং, ভাইভা ভোসিদো হংচিং তৌরনি হায়হুনা নোক্তিশ খোকহোরে। গুরাং এক্সপার্ট থুংডরে হায়রে" ত্রিবেনীগী ওয়দা থারিবা চৌকিহু পায়হুনা বীরেম হায়রকই।

"হায়, বীরেন। করেনে, নোংমা-কিনী ওনথংপগী মা থক্লকনি," মথা চংথৈ; "কনা. কনা য়াওরক্কে? চা থককথিসিনে। কমসি লাকও।" কৌনীংদনা কৌশিবনি; য়ায়রক্ত্রবদি মুংছাই-থ্রানিদা থল্লী।

"চা থক্লম্বনে, য়ারে। ভাইভাদো পুং ১১ দগী হৌগনী হায়য়ে। ঐখোয় অনীদনিনা নংগীদি বারোদকা হৌরগনা?"

"করে, পাউ পীবিরবা য়ায় মুংছাইত্তরে। হয়েংস্থ লাকসিনে" ঐনা হরাউনা হায়।

"লাক্তবা য়াদে। এক্সপার্টস্থ হয়েংদগী য়ুনিভর্সিটি কেম্পাস্তা লৈররনি হায়য়ে। হৌজিক্তি সারকিং হাউসতা লৈমাল্লে।"

"ভাইভা লোইখিবনি ইবানীনা ছাইরকইসিকো।"

"চংলগে। হয়েংদি থর ওন্ন উন্নসিকো।" হায়রমগা থোকখ্রে।

বীরেনগা হারী শান্নরিঙৈদা থোংনাউদা অমুক য়েং ঐভোন্দ অমুক য়েং তৌই থঙই। ভাইভাগী রাফম মীকূপ অমদা কাউখ্রে; এয়ার কণ্ডিসন রুম অমদা ইথন্ত ফম্বদা ইশাদা ফাওরকপা মঙ-লৈবান্কী মতৌ অতুগা চপ মান্নে। ত্রিবেনীগী ভুংদা কমখিবা, মখোয়গী হারীতনা কেন্টিন অপুম্ব নীল্লম্বতু ইচৌক চাকপওম তৌখ্রে।

ঐগী হেক ওরদা ফাংলিবা থোঙনাউদগী উখিবা দৃশ্যদু য়েংতুনা চা থক্লি ত্রিবেনী। থোংনাউদগী ফাওজিল্লকপা অমম-জঙানগী মঙালনা ত্রিবেনীগী মায়থোং, ওকশম, থবাক অহংগা পাম্বোমদা অংকপা মখল অমগী সেড পীররি। লময়োনা ফজবা কুচুনি; মনা মচুগী নোংজাবীগী মঙালনা লৈতেংলবা পৃথিবীগুম মাঙদা যম্নি ত্রিবেনী। পুলৈ কুচুগী মীদা নোংজাবীনা থোকহন্ন কুচুহনক ত্রিবেনীগী কুচুনী।

চুম্নভগী ফজবা শকক্ষম নত্তে; অয়েংবা মমী থঙোই গুম-হৎনবা শেম্নকপা মায়থোংনি। অকোয়বা মায়দাস্থ নত্তে; শাংজক

ভাবনি হায়রগন্তু হেনমনগনি। লাইবক্তগী লোইরোই লোইরোই রাংখৎথ্রিবা লরাই, অক্লদগী তুংগী অপাকপা কোক অসিগীদমক পুংয়ান চানা শেম্লম্বা মায়দানি। মহু কৃষ্ণ উনশানী ; দাগ অমা ফাওবা উদে। কোয়রাওনবা মীৎম্লানী। চহী কাপ্রিবা অঙাংগী মমীৎকুম ইন্ধ লুই ; লৌনম লাংথাক হৈগদোবা মান্দে। মুমিৎনা চীংদোন মরুমদা লৈথখিগদোবা কয়াম রাংলি হায়দুনা য়েংবা মীৎয়েং অত্তুমক ত্রিবেনীগী মীংয়েংনী। মুশিন মুনা শাংবা পা-শিংত্নুনা, মোঙ-হাদবা মীৎয়েংগী পোইরৈ তুংইন্ন, থক থক লেংবত্নু উরবদি পাখং খুদিংমক মুঙগী মুর্তি ওনগনি। পীশুম অনীহ শম্না মফৈ অমফাওবা চোইথোক্লনা লোইরোই লোইরোই হুইজিনখি ; কাজলগী মতেং লৌনীংলোই। য়াম্ন তুম্বন্তু নত্তবা, অনেম্বন্তু নত্তবা, ককেসিয়ান অত্তুগা মঙ্গোলিয়ান অনীগী শুংদাইদা লৈবা নাত্তোম্নী ; শিরফাওবা চন্দোম্ন থানীংলোই। পীকতরু তবাবা নথক্কী চীম্বাম্ন হেনখিবা য়াম্নোই মতাংগুম থাগী চীম্বানস্তু তবা তবাই। মচীন তুম্নবা তুরিনা শম্না মফৈ অমা ফাওবা ফৈদোক্লনা চিংত্নুনা য়েক-পগুম তঙাংলবা চীম্বাল অনীনা মায়গী কুচুদগী তোঙান তাই। শমবু য়াওদবা থদাংনী ; চীম্বালতনা ফজব্রা তেমশীংনরি।

লেংজুম য়ৈত্নুনা শাম্নরিবা শম্নাংনী ; ব্রহ্মচারি ফাওবা পুনগে থৌরাংলি। শাংতক তাবা ঙকশম্নী ; স্বরগী অকা অকুম উবগুম নীংই। থাউনম মরীনা ঙাথু থেংথু শাম্নরিবা থবাক উবসিদি লরাই শম চপ য়ুংই।

"তামো।" খংপ্রেক খংই। "চা-দো য়াম্ন ঈংলম্মনিয়ে। চাবস্তু ইচা চাদ্রে। হাউত্রবরা ?"

"এ, হাউই, হাউই। উং" হায়ত্নুনা কিং কিং নম্নশিল্লী ; চা থকচিন্দুনা তকথহল্লী। "চাখিসিনে, করি করি অপাম্ব য়াওরিগে ? ভর্জা তৌথোঙ।"

"ঐদি য়াম্ম চারেনে; ওমলেটস্তু অনী তুরে" হায়দুনা নোক্লকপদা ইশা পুম্ব পুমপাং পংথৈ। অস্থুক নীংথিবা মীনোক অমুক্তস্তু উজরক্লি; মীংস্তু য়াওনা নোকপা মীনোক্লী। কাথোক্লিবা চীঙ্খাল অনীদুনা লোৎলম্লিবা য়াপকেং অনীদু স্কেলিং তৌকরবা য়ানা হেল্লোই। শায়দুনা চাননবা শেম্লকপরা নত্রগা মী.মী থম্মোই হুননবা শেম্লকপরা?

মানা হৌগৎখিবগা ঐস্তু হৌগৎতুনা কাউন্টরদা পৈশা পীরম্মী। থোয়কপদা মুংশা শারম্মী। লেপ্পুনা ঐবু য়াইরম্মী। অহাৎ ওইনা উই মাগী শাবান-মুর্ত্তি। অতিয়া মচুগী কুম্মিং, অতিয়া মচুগী মনেক, ভাংনা লাংবা ছাটিম্ম চুমথোক্লবা কুমিংকী মঙাল কয়াদা মরাইবক কপ্রবা! ঐনা সিড়িদা কুমথরকপদা হকচাং তংখায় লৈশিল্লক্লুনা চেপ্পুক তৌনা য়েংখৎলকই। মতোঙ মকুৎ নাইবা হকচাংদু উবদা তু খ্যাও চুংলকই। খুদি থীদুনা তুশিনগে তৌই। ঐবু মঙলা. তাইবঙলা?

"ঐদি সিদা য়াওখ্রগে, তামো" হায়রকপদা জ্ঞান তারকই। য়ুনিভর্সিটি বস মাঙদা থামদুনা লৈরম্মী।

"করে, য়োরোনে" হায়দুনা গাড়ী নতুং ইন্দুনা চংলী।

ওসিস্তু নম্বর রান গেট্রা কুমথৈ। কেমিস্ট্রি ডিপার্টমেন্ট মপাদা লেপ্পুক লেপ্পুক চংতুনা য়েংশিল্লী অদুবু মাদি উদে। কেন্টিন চঙলুই; চাদু তংখায় কাওবা থক্লমদে। ডিপার্টমেন্টা চঙলুবদা বীরেন লৈরম্মে। গাইড উম্মরবা তুংদা হেডকীদা লাকউ হায়বদগী চঙলুই। ভিঃ সিঃ অদুগা এক্সপার্ট অনী অদু কমদুনা লৈরম্মী। বারী বাতাই ঙাইহাক তৌনরবা তুংদা মখোয় চংখ্রে। ঙাইহাক লৈরগা বীরেন্দ্রু হৌগৎতুনা থোকখি। মপান থোকখিত্রা খঙনী; হুক্তিহক্তুবদা ঐস্তু থোরক্লে।

খোরকপদা বীরেন্দ্র লাইক্ক সাইক্কী ওঋা অমগা ঝারী শাম্নহুনা ওঋাহুগী কাদা চংখিগে তৌরম্মী। চৎলগে হায়রুবদা ঝারী অমা শান্নগদবা লৈ, ভাইখো হায়রকই।

"করি ঝারীনো? ভাইভাগা মরী লৈনরা?" ঐনা হংই।

"নত্তে, অতোপ্প ঝাফমগীনী। ভাইখো হায়বা।"

"কেম্টিন্দ ভাইরমুগে" হায়রম্মগা [redacted] খেল্বই /

কেম্টিন মপা য়োরকপদা মমাম্নবী অনীগা লাকমীম্নবা উই। কেম্টিন্দ ফম্মীম্নবদা মখোয় অহুম চবেত্ত চবেং ভাঙনহুনা ঝারী শানৈ। মখোয় অনীহ ত্রিবেনীগা চাংদম্নবদা লাংথিগুম্ম উই। ঐ লৈশাবী য়েংবা য়াম্ন হৈবরুনাল্লে। মখোয় অহুমগী ঝারী মরক থংনা, থংনা ইবানা ঝারী শান্নৈ।

"ওসিদি নহাক লাক্লমাল্লে থম্মুরে" ঐনা তপ্প হায়রুই।

"ডিপার্টমেন্দা কম্নিভেদা তামো চংখিবদো উহৌএ। সুপর-ভাইভরগা ফম্মীম্নবত্তুদা কৌবা য়াত্রবদে।" মখা তারকই, "ভাইভা শোয়দনবা হোৎনবীয়ুকো, তামো।"

"ত্রিবেনী," ঐনা সুংশিনা কৌবা মিংগোনী; "ঐগী দমক্তি ঝারুত্তুদা। ভাইভাগীদি ঐত্তোন্দ অকিবা অমত্ত লৈত্রে।"

"জিং" তুংদগী কৌরকই, বীরেন্দ্রী। "য়োগ্রগে হয়েং উম্নরসে।"

"যরে, য়োবো।" ঐত্তোন্দ ঝাকম অমা হায়গে হায়রম্নী। হয়েং খত্তবা হায়বহুনী।

ইকুই কুইদনা ঐখোয় মরিম্ন হোৎনংলে। ত্রিবেনীনা পৈশা পীগে তৌই; ঐনা য়াদবদগী মহাক ইনাক্ত লেপ্তুনা লৈ। ইবানীনা খোরকপদা মমাম্নবী অমনা লাউরকই, "ত্রিবেনী, নত্ত লৌবা লাকএ।"

"তামো, হয়েংম্ন ঐ লাকচগনি। ভাইভা লোইরগা উম্ন-সিকো" হায়রম্নগা স্কুটর মনীংদা তোংহুনা চংখি। মাগা শুংনম্না

মৌপ্‌ত্নুনি ; নত্তেহে, আসিনা অনীশুবন্থুনী হায়নদুনা হাত্রী অনীম্থু য়েংনহৌই ।'

ঙসিদি লাইবক লেয়্ নুমিংনী । ঙসিগী পরিক্ষা অমত্তু নত্তে, অনীনি : ভাইভা ; ত্রিবেনী । পিএচঃ ডিগ্রী পরিক্ষানা হানগনি ; পুক্সিগী পরিক্ষানা কোনগনি । মমুং তানা নৈনরে : ভাইভা দ মায় পাক্লনি । উন্নসি হায়রয়ে : পুক্সিগী পরিক্ষাস্তু তংখায় অমদি মায় পাক্লবনি ।

ফিজিক্স ডিপার্টমেন্টকী ডিনগী ওফিসতা তৌবা ভাইভানী । পুং অমরোম হৌথ্রবা তুংদা বাঁরেন থোরকই । থোইদোক্ল শোয়বা য়াংখিদে হায়দুনা তম্মী । এগী মতাংদদি কলিকতা য়ুনিভর্সিটিগী প্রোফেসার অহুনা থর কুপথনা হংলকই । নন-হোমোজিনিস ওইবা ফ্লুইডকী মতাংদা থব শন্দোক্ল হায়রুই । এগী মেথড অসিনা খাইদগী লায় । অহুনা ব্রড ফ্রাদা এপ্লিকেসন তৌবদা য়াম্ লায়না থোকই । সোলার পোণ্ড শেহ, পেবাবোলিক রিফ্রেক্টর শীজিন্নবা টববাইন্না গ্যাস ওখোক্লুনা সোলার ইনর্জি ফংহন্ব পন্নুই । অহুদগী এক্সপার্ট অমহুনা সোলার ইনর্জিগী মতাংদা শাংলবা ডিসকোর্স অমা পীখি । ভারতকুম্ব চাওখৎলক্লিবা লৈবাক অমগী ইনর্জি প্রোব্লেম সোলভ তৌনবা হোৎনবদা এগী ব্রাক অসি অচৌবা কনট্রিবুসন অমনী হায়দুনা থাগৎপী । এয়ার ফ্লো-দতা নহনা মেগনেটো হায়ড্রো ডায়নেমিক্স, এপ্লো ফিজিক্সনচিংবদস্তু এগ্রাই তৌবা য়াই হায়দুনা শন্দোক্ল হায়রুই । অসিগী মতুংদা চৎপা য়ারে হায়বসী সিগনেল ফংবগা লোয়ননা থোরকই । লুম্নবা পোৎলুম অমদি থাংথরে ।

ত্রিবেনীগা উন্ননীংবনা লাংতক্লরকই । পুক্সিগী লাইবক লেপ-কদৌরিবা ইন্টরভিয়ুনী । পরপ পরপ চংতুনা কেমিষ্ট্রি ডিপার্টমেন্ট

য়েৌই। কাঁখুদিংদা চঙহুনা য়েংই; লৈবা উদে। কেন্টিন্দ লৈরম্ন তারে। অহনু মফম অহুদদি রা হৌদোকপা মুঙাইরোই। থোক-মীম্নরকপদা হায়সিরা? হায়গদবা রা পুম্নমক চিন্ফা পুরবনি। কেন্টিন্দ চংলকপদা মমাম্নবী অহুমগা ফম্মীম্নবহু উই। মাবু উবদা হকচাংসি নীকতক তৌরকই।

"তামো, সোমদা লাকপীয়ো," ময়াম মমাঙদা ইকাইরপ তৌনা কৌরকপনী; "ভাইভা তৌরিউদা ভাইহাক ফম্নম্নবনে।" ইকাই ইকি হুন্দোকুনা হায়রক্লা রাফম্নী। মমাম্নবীশিং অসিনা মাবু কপ্নি ওইনা খল্লমগনি?

"ঐস্ন নখোয়গী ডিপার্টমেন্টা চংহুনা হংদ্রুববনে।" চা থকহিসি হায়রুবদা থক্রে হায়হুনা মমাম্নবীশিংহুনা য়াড্রে। চংকদবা য়াম্ন রাংলি, চংলসি হায়হুনা ত্রিবেনাবুম্ন হৌই। মমাম্নবী অনীদি হোস্টেলদা লৈরম্নগে হায়রম্নগা থোকখ্রে। "চংমীম্নরসি অঙাঙবীসা," মমাম্নবী অমহুনা হায়ঞ্জে। ত্রিবেনীগা লাকমীম্নবো হায়রম্মী। অমহুম্ন মখোয়গী ভুংদা থোকখি।

"ভাইভা নীংথিনা তৌরম্মীকো, তানো?" চা থক্ক থক্ক হায়রকই।

"হোয় অদুম কজনা তৌখি।"

"তানো," হায়রগা লেপখ্রে। মখা তারন্ত্রবদা ঐনা হংই, "কৈদোরে ত্রিবেনী?"

"অহুবুরো" হায়রম্নগা অমুকম্ন লেপখ্রে। ইথক্ত হায়ঞ্জে, "অপাঙবা, মপানা হায় হৌদোকদৌনি।"

"ত্রিবেনী," ঐনা অমুক কৌই। মিহুন দং, দং চোংই। মথাহু কপ্নি হায়গদবনো কাওখ্রে।

"ত্রিবেনী, চংপা য়াত্রিবরা? চংলসিনে" মমাম্নবী অমহু হুজিল্লকই।

"চৎলসি" হায়দুনা হৌগৎখ্রে। ঐনা কম্ন য়াদবনি অহুবু চাগী পৈশা মানা পীখ্রে। হায়রকই, "থাম্মোবীন্থ তামো। ঙসিগীদি ঐ পীজরগে।"

কেষ্টিন্দগী থোরকপদা মমাঙ্গবী অমতুনা স্কুটর ষ্টার্ট তৌদুনা ডাইরম্মী। নাকন্দ য়াম্লিবা থাউদগী চিঠি অমা শংতোক্লুনা ত্রিবেনীনা ঐহোন্দ পীরকই। স্কুটর মনীংদা তোংখৎপগা পৈখ্রে; ইকাইরপ তৌনা য়েংলম্মী।

এনভেলপ্পী। ডাইঙমদনা শেগায়রুই। চিঠি নত্তে; বাঙ্কুন চেনী। আরঃ এমঃ সিঃ গী ডাঃ টিঃ বিজয়গা ত্রিবেনীগা লুহোংবগী বাঙ্কুন! থাজদদুনা হম্ন হম্ন পাই। য়েংখৎলকপদা, পৃথিবীসে পুম্মম মগী। "মসিবু করিনো?" খোন থোক্ল হায়খ্রবরা?

ভুংলোমদগী খুক পায়রিবা বাঙ্কুন শংথি। "করিস্থু নত্তেয়ে, হৌদোক্ত লম্মোইবা," নীরেনগী পোক্কেম্মী, "পুন্সিগী অহাঙ্ব চৈথেংনে।"

---

# লমতাগী সেনি পান্থ থাংজ

ককচিং খুঙ্গাওদি থম্ব থমখিসি, অকোয়বদা লৈরিবা খুঙ্গংশিংদা নত্তুনা মৈত্রবাক শীঘ থুংনা মমিং চৎলবা শাজো মাইবনী। কুচু কুমেন কঙ্গে, রাং চাউই। শমু হায়রবদা মীনা অনীরক য়েংনীংবা মীতা হায়বত্ থোকই। লান মনাঙদা মক্কপ মপাংশিংগা লোয়নদুনা ত্রমাগী ওন্দাওদা ৮। থাহনা তুম্মদা য়োরে। য়েন্দোদা থাউ কাপ্প চংলুই। মণিপুর থোরক্লগা লৈবা কাথাদগী কা মনা পুরক্লুনা খুঙ্গংদা য়োল্লবা মশীং নাইদনা য়াওবক্লে। লান মঙ্গুংদ থোঙনা তোংজে মরিন ফাওহনা জিরি য়োই। অদুদগী হবাগাড়ী অমদি রেলগাড়ী তোংহনা কলিকতা য়োক্লরে। লল্লোম্ব কাঙব্রুগী মতুং ইন্দুনা লৈত-লাইরগী মতেং থীরুবনী।

শৃগম্ব লাইরৈ হায়বহু শাজোদা থোক্লরে। পুন্সি হায়বসিদি য়ুম থাদোক্লুনা কোয়চং চংলগা থবক শৃফম থীহনতা লৈবা য়ারোই। অনা অয়েক য়াওরক্কনি; অহল ওইশিন্নক্কনি। তঙ তাবা শিনফম অমা পায়ফম থোকই হায়বসি শাজোনা খম্ব হৌখি। পারী পুরীগী

শিনফমদি ঈশৈ শকপা, পালা তৌবনী। পুক্নীংগী অচেৎপা ফিরেপ অমা লৌতুনা পালা ঈশৈ ভম্ব হোই। ঊইন কথ, পুক্নী, অনী লোওনবা মী ওইবনা ওঝাগী অঁচাম্ব সেবক ওইরকই। শোবাং মচা অমা অনীদা পালা লেমদি ফংজরে। শাজোগী মমিং খর খর লৈরক্লে। মথংগী অচৌবা শোরাং অমদা ভাবক্কী মীৎ থম্ফম শাজোদা ওইরে। নাম তাবদা প্রেম পোক্করিবনী অদুবু শাজোগী ওক্কী শিংলী, থোরকইবা থোনফম্ম ভাবক্কী প্রেম থৈদোক্লে। চুচ ফিরান চাব মুপানিনা পালাগী ফিজেৎ ওয়োক পকচৈ অদুবু কপ্লাক তান লৌবা সেগাগা ওক্রগমা তান খায়বদুদি ভুরেন্দ মুপাঙ্গন চল্লমদাই থক্দা মউবনি। মপ্য ঈশৈহন্না মশুগীনি হায়ত্তুনা তান, লয, সুর অমফাওবা থংথবমদ্রমাল্লে। পালা তৌবনা পুন্সিগী শিনফম ওইবা যাবোইদৌরি হায়বসি শাগৈ নাতৈনা তাকপীবদগী খওজবে।

ৰবি শিনফম তৌগদগে খল্লিছৈদা মচাক্সী ইছেল্লৈ কন্ন নাশিল্লকই। অৎাং অতোম্বাঙ চৌী অনী শুরকপদা লাইজাও থোক্লুনা শিখি। চক্কী ৭ শুরবী ইছেল্লৈ শাজোগীদি থরায়নী। সলাম মাইবা কৌত্তুনা মুমিং মাপল্লি লাইকল্লরবা ভুংদা অনাবদু খর খর ফগংলকই। শুবা চংপা তৌক্লুনা অনাবগী সেবা তৌই। ইপু মাইবগী থোদা পাওথোক্লুনা হিদাক লৌবা নত্রগা থিবা চংলী। অনাবা ফবকপা মতমদা শাজোগী শিনফমস্ত খওজবে। মচা-মশু, শাগৈ-নাতৈ অমদি মীওইবা সমাজবু অনা-অয়েক্সী ফনগে হায়-রবদি মতীক চাবা মাইবা অমা দবকার ওই।

সলাম মাইবদা থুক্লমজত্তুনা মিক্ত্তুন কাংলোন য়েংবা, মরী শুবা, হিদাক লাংথক শেম্বগী বিজ্ঞা তমশিন্ধ হোই। লাইশোন তিন্নশোন, ঈরাং থোনিগী মতাং মথং মথং খওজিল্লা। অনাবা লাখেংবা খর খর চংপা হৌরকপদগী মথাতানা খওনীংবা পোক্লকই। ওক্কপী য়াথং লৌত্তুনা শও হৈবমা ওঝা মাইবা অতৈজগীস্ত মরু-অকবা

লাইরা তিনবা তমশিন্নী। মনা য়াম্ন থংজিল্লে অঙুবু তমশিন্ন হায়বসি পুন্সি চুপ্প চংথগদবা থবক্কি হায়বসি শাজৌ মাইবগী থাখল্লী।

তোবৈ কয়াগী ঈশিং থক্লবনিনা পূকচেল চাউই, য়াংঙাং কভে। খংগু তারুবা য়ারী লাঁথোকপদা মবীক চুম্মী। মাগী য়ার্মা তাবদা অনাবগীদা কোবনকপা মী ফাওবা অহিং লেনখিবা য়াওই। অনাব লায়েংবা চংপদা চাব-থকপগী মতম ফাওবা ঙংলক্তবা মুনিং যাওরক্লে। শাজৌ মাইবনা যেংলবদি অনাবদু শোয়দনা ফরবনী: মীয়াম্ন ঙাংনৈ। অথাম্ন চা-মান্দ নত্রগা খুঙ্গং লান্দুনা লায়েংবা চংখ্রবদি, খুঙ্গংসিদা লৈবা অনা অয়েক যাওবা ইমুংনা মুংশাথীবা পোক্লরবর্নী।

শাজৌ মাইবা মিংচং ব্যাবসায় ক বতা নত্তনা মচীঞ্জাক কাবক কাবক চাঙবা মী ওইনক্লে। কংজরকপা অয়ামম্ন পুন্সিগী জীবিকা ওইবা ঙম্নগনী থম্নকপা মতম অদুয়াইদা অমুক্তম্ন থেংনমল্লিবা লাইওং মংগল অনগী অনাবা থেংনৈ। ছিদাক অমা তৌই যদ্রে, অকম্ব মন্ত্র কামই, লাইহল লৈতে। শাজৌ মাইবা বুদ্ধি চমম্নে। য়েংবা ঙম্নবোই হায়মবস্থু মীংচং মাঙগদৌরি। তন্বীবকপা ওঝা-শিংদা কোয়চেন চেন্দুনা হংলুই। পক্লবাবু মুংশিবীবদগী মশামক লেঙবীরক্লুনা মুমিং নিনী চুপ্প অনাবা য়েংতুনা লৈবীরম্ব ওঝা অমা অনীস্থু য়াংরে। অমত্তম্ন লাইওং থঙবা য়াওথিদ্রে। ঙাওনা কৈনা নাবা পাখংনী। চোইরোল ঙাঙতুনা হৌগংতুনা চেনখিগনি। অনাবগীদা কোয়রকপা মীনা পুরকপা অচা-অথক অনাবা মশানা লোইনা তকশিল্লী। অহাওবতা চাবনিনা পাঙ্গলম্ন অথাকপা মণ লামচাঙম কল্লী। লৈকাই চঙতুনা নমথুন্থুনা ফাবগা লায়েংলিবনী।

হংলুদনা তাকথোক্লবদি মন্ত্রগী সিদ্ধ পান্দে হায়বসি ইপু জনমে-জয়না চেংনা থাজ্রে। চংথোক চংশিন তৌবা ঙমদ্রে। চহী ৯৮ চঙলক্লবনী। কুঙ্গা লাইরুদা নোম্বতুনা কুম্বী কালেন থাঙলক্লিবদু

চহী অনীরোম ফাজিল্লক্লে। অনাবহু ইপুগীদি মচন অতোম্বীনা পোকপা য়াইমগী অমত্ত ঙায়রবা মচা অহোঙভাওনী। কনা মাইবনা য়েংলিবনো হায়বহুত্থু মমৈ, অতোম্বীহুনা হায়বদগী থঙলে। মশূগী পাউ তাবদা ৎস্মোক্ত মুঙাইতে। মশাহুবু লায়েংবা ঙন্ন মীদি ইপু মথন্ত ঙায়রবনি মশানা থঙঙ্গে। নংগী শাজো হায়রিবা নহাক্তুবু মরিন লৈবা মীতারা? কিগম্ব, থুক্কংকম্ব মী ওইরম্লবদি মন্ত্রহু তাথোক্ক্লরগা ওন্ন-তৈনবা কল ফংগদৌরিবনী। অঙাওবা লায়েংব্রা হায়রগা মাইবহু অঙাওবা ওইথিগনী। মী অমা শুনা পুবা য়াদবা মন্ত্রনি। মন্ত্র পুরিবা মীহুনা শিরমদাইদা নন্ত্র অহু পুনা ঙমগদবা মতীক চাবা মীওইদা পানৈ। বপ্পমখৈ খল্লগা ইপুনা শাজোবু কোইনগ্রে।

তু উরকপা মতমদা শাজো মাইবহু ইপুগী শুমাঙদা লেপ্লরে। মাসু কোইহল্লবা নিকুপ্ত লায়েংবগী লংলা লংজিন তাকপীরক্লগনী খঙ-থ্রবনী। চঙশিনখিহুনা ভক্তিগা লোয়নন। ইপুবু খুকমক্তে। খোঙদগী তোন ফাওবা য়েংশংলকই। মপা অমা ওইবগী শাবান মুক্তি উবদা ইপুহু পেল্লী। ঢারী ৱাতাই ঙাইহাক তৌনরবা তুংদা মন্ত্র শিন্নগদবা মীশক্তি শাজো মাইবমক্লী থঙখি। মথংগী থাংজ মুমিত্ত লাক্লুনা মন্ত্র লৌজররো তাকপীরকপদা শাজো মাইবনা মপি তানা কপ্তুনা ইপুগী মথোং শোক্লুনা থুক্লমজখি।

নোংয়াই চবুক লোল্লকপদা য়াংবোব অমদা হৈরম লৈরম শুনা হাপ্তুনা মী তাদবা অচীকপা লমহাংদা ঈরাং পুভা তৌক্লরে। হল্লক্লগা অনাবগী শুমাঙদা বৃন্দা দেবীগী মাঙদা পোংলম-চৈরম মশীং শুনা কংতুনা থক্লম্মী। কোকয়েং য়েংশিন্দুনা থূকউ থূদক কুন্দুনা ইপুন। তম্বীরকপা মন্ত্র তপ তপ শোক্ম হৌরকই। মন্ত্র তংখায় চল্লকপদা অহাম্ব থুদম লাক্লে। অকিবা পোকপা য়াদে; তুং ওন্দুনা য়েংহৈদে—ইপুনা তাকপীবকত। শাজো মাইবগী ওয়ঙ্গা

তুংলোমদগী লাকপনী। অঙৌবা ফিজোলনা মশা পুম্ব কুপশিন্নবনিনা মখোঙ উবা ফংদে। অতিয়া থেংনা য়াংই। তপ্প লাক্লুনা চীংথৈ মায়কৈদা শুমাঙ মচিদা লেপংখ্রে। শাঙৌ মাইবরোমদা মায় ওন-শিন্দুনা ফমথরকই। কিরুগন্নু, করিস্থু তৌরক্রোই ; মপূক্লীং ফাথৈ। মম্ব লেপ্পনা থীথরকই ; লোইশিল্লক্কদোরে। অনীশুবা অহুগা অরোইবা খুদম লাক্লে। মৈরমদগী লাকপনী। নোম নোম চঙশিল্লক্লুনা শুমাঙ মচিদা কুল্লরে। থুমাঙ অনীনা শোগংতুনা থাঙ্গংলক্লিবা য়াংকোকমুক পাকপা মমায়, মুমিংকুম লংবা মমীং অনী, শূ-শা কামংনা য়েংতা অমুক য়েং ওয়দা অমুক য়েং তৌরিবা মওংমু উবদা মখা তাবা মম্ব কাউগে তৌই। খুমু-তুদি নাম্মতনি ; মখোঙ অহুম পান্থ পান্থ কৈরেন্নী। মমৈ ফর ফব হাইতুনা অমুক অমুক খিগংলকপা উবদা তিংদম থাস্তহুনা লোংনা হাইথরোইদবা মী লৈরোই। ত্রমাগী উচুও লময়াইদা অনীরক থেংনরক্লে অদুবু মখোয়তুদি মাংগী অহুগা চাংদম্নবদা হৌদোঙমুক্ত চাওগনি। শাজৌ মাইবঙ্গ মম্ব শনজীন্দুনা থীথিবোই তৌই।

খুরুম্ব লোয়রগা হৈক্কক তাঙ্গ. পানা তাঙ্গ, পোংলম চৈরম পূম্নমক অমমনতা ওইনা য়াংকোক্ত হাপকত্তুনা কোকথক্ত থোঙ্গংলে। খা-নোংচুপ, অন্নাং-নোংপোক ওন্দুনা মম্ব বাপ্পী। লাইরেম্ব অহুগা পান্থ কৈরেন অনীগী মরক কাওহুনা কোম্মোং তম্নকই। অনীহুনা তুংদা ইম্নরকপগী মখোল অহু কোম্মোং লাম্মোরকপদগী তাখিদ্রে। মী-পোং চংনদ্রবা অচীকপা অহীংনী। ওসাইগী ঈরাংলূবা মফম অহু তানা চংতুনা পোংলম চৈরম পূম্নমক থম্নে। খুং য়েংনা য়াংকোক পায়তুনা মম্ব নীংশিং নীংশিংদুনা অনাবগী য়ূমদা হল্লকই।

নোং ডাম্লে। পাউ তানীংদুনা লাংতক্লনা ডাইরম্নিবা ইপু জনমৈক্নয়দা খুরুমজৈ। খুদমগী অর্থ অমদি মখা চংথগদবা

লাইয়েং, মঙং হুৎজরুবদ মচা খায়না ইপুনা তাকপীরকই। খোঙ মরিমক য়াওনা লাকপা পাম্ব কৈরেন ওইরবদি অনাবতু চয়োল অমা লাইয়েংলগা ফগনি। মখোঙ অহুম পাম্ব ওইরবদি চয়োল অহুম চঙগনী। মখোঙ অনী য়াওদ্রবদি অনাবতু শুকফ ফররোই। কম লায়েংলবদি থাশি থানৌদতা ঙাওবা নী ওইহল্ল য়াই। মখোঙ অমত্ত পাম্ব নত্রগা শুকপান পান্দবা পাম্ব কৈরেন ওইরবদি অনাবা মীতু থৌ তৌরবা মতুং নিনী শুবদা নত্রগনা নোংমা লান্দনা শিগনী। মথা তানা হুংত্তরুবদা লোয় থৃ্ষ থম্ব কাম্ররবা মন্ত্র কয়া পীবিরকখি। শাজো মাইবা মায়থোং মকা লায়ে। অনম-অহা চুবা, লাইওক তীল্লোরুবা অহুগা অঙাওবা যাওবা লায়েংবা হৈনবা মাইবা ওইরে।

শাজো মাইবনা লায়েংবদগী অহোংজাও ঙাওবা ফরে হায়বসি খুঙ্গং লাম থঙনখি। অথাপ অথায় মফমদগী শংাওব। লায়েংবীনবা কৌবা লাররনে। তৈবা থবক্ত মাযপাকপা হানবতু শাজো মাইবগী ওইররে। তৌভকবা শিনফম পুরকপা মহয়না ইনাক কৈরাক খুম্ব মীওই অমা ওইহল্লবে।

হন্দক মরক শাজো মাইবনা মপূং ওইন। লায়েংলিবা অনাবা মথলদি অনম-অহা চুবা, হেল্লোই ওরুব, ভুত থেংনবা অতুগা ঙাওনা কৈনা নাবনী। লাইওরুহনা লাইচুরবা অনাবশিংগীদি শাজো মাইবা মৈত্রবাক্তী অমত্ত ঙাইরবা মাইবনী। অনাবা ইমুং-তুগী থোংজিন কানশিন্নগা থেংনরুরিবা লাই অতু হেক্তে হায়বা ওম্মী—বাংব্রেন্মী, লাইমুনি, ভুতনি, প্রেতনি। শাজোনবু লায়েং-লবদি থয়োম অনত্তং লাকপদা, চবান থাদোকপদা নত্রগা মৈদা যজ্ঞ হেক তৌবদা ফনা মতীক ময়াই কম্ব লাই ওইরবতু হুহনখি। মরক, অমা শীংজমৈ, চীংঙা মথাদা লৈবা তোম্বানৌগী মচা লৈশাবী অমা পাথংবা ওক্লৈ হায়হনা লায়েংবা চুংখি। তুরেল বাংমদা লৈবা সলাম হৈত্তোনগী মচে, হৈবোক্ত মযম পাল্লবগা হুল্লকপী অতুনা

পোকপা মচানুপাহু মাংখ্রে হায়হুনা উয়োক চীংদা কাদ্দুনা, মোইবুঙ খোংহুনা থি-নখি। মহু শাজো মাইবনা ইফালদা লৈরিঙৈ মতমদনী। মহাক লৈরম্লবদি হিদাক ভান্থক অমগী মতমদা পাথ্‌মচাহুগী লৈফম খঙলমগদবনী।

চহী থরগী মতুংদদি অতৈ অতোপ্প লায়নানা নাবা অনাবদি ইয়েংবু য়েংদ্রে। সুমিং খুদিংগী মাকুপ অমা যাঙবা হাঙদনা, শাজো মাইবগী মথৌ চিন্দুনা লৈ হায়বগী ৱাফম নত্রে। লাইঙক্রবা নত্রগা অঙাঙবা লায়েংবগীদি দক্ষিনা চাউই। ইমুংদুদা পৈশা অতুক লৌগনী হায়হুনা মনিত্রক্কবগী ৱা নত্রে। লাইঙক্রবদগী মীয়োল তাদনা সুমিং তবানি লৈরগা ফরক্রবদি অনাবদুগী ইমুংনা লৈজবা মথৈ কংনীংই। মচা নত্রগা মনাঙহুনা ভাঙবা করদুনা মীরক তীল্লক্রবদি অবৈবা মথৈ খাজুনা পীনিংবা হৌনশানি। শাজো মাইবনা সুঙাইংংলক্কিবহু মবমশিং অসিদগীনী। নাকন অমবোমদা, কুমলাইনানা নাববা মী অমগী পুক্কী মরী শূবা মতম কুইনা চহুই। মাইবগী শেন্তাম্ন খজিক্তনী। লাইক্রপ থোকপা অনাবা অমা সুমিং মচানি চহুনা য়েংলুরগা ফংলকইবা অৱামল্ল অয়ুক্কী চবাদমক কোম্নে। মাইবা শাবা মীনা মশীং য়ামথংলকপনে অক্রবা লায়না নত্রবদি মখোয়না অতুম্মক য়েংজসন্থু হায়বসি শাজো মাইবগী ৱাথল ওইরমাল্লে। ৱাথলগী মমি মায়থোংদা তাই হায়বহুনি। শাজো মাইবগী ৱাথল লৈবাক মীয়ামসু থঙবমাল্লে। অরুবা, অকপ্প অনাবা নত্রবদি অতোপ্প মাইবা কৌনরে।

ইঙেলৈগী চহী ১২ চংলক্রদৌরে। সুপীমচা অমগী মথৌ, চাকথোং কৌশু তৌহুনা মমাগী মতেং পাংবতা নত্তনা মমাগী মহুং শিন্দুনা থবক পুম্ব তৌবা তারক্লি। কাইরেনগী পুর্ণিমা সুমিংনী। শাজো মাইবগী পারি অমা যংঙরে। হবাউবগী ঢুমথৈ লৈখিদ্রে। মক্লপ মপাং শাগৈ-নাতৈ চঙহুনা ষষ্ঠী পুজা চাউনা তৌসি হায়রে।

মতম অহুমদি ষষ্ঠী পুজা, নাক্কুংপা, লুঙুপ থাংবা অহুগা লুহোংব-নচিংবদা ইনাক কৈরাক খুব মীশিংনা শুমাঙলিলা কৌহুনা শাম্নহন্লম্মী। করি লিলা কৌরুগনি ? ময়াম্ম খল্লে: 'থোইবী লোই কুম্ব', 'শামু খোঙদা য়েংপা,' 'মাইস্নু পেমচা', 'হৈক্রু হিদোংবা' অশিনচিংবা। চহী অহুগী অখোই অহেন তাম্নবদা অহাম্ব মনা ফংগ্রবা 'হেঞ্জুনহা' হায়বা লিলাহু শাম্নহনসি হায়হুনা লেপ্লে। পুজা লুমিন্তু বার্জন ফংবা খঙন-চাম্নবা মরূপ-মপাংশিংনা অঙাংগী মথক্তু থাদরম্ব দান অহুকপনী। লুপা চংপী অহুগা অনী চংপী নোট ঙাক্কনী; খুহুপ অহুমদগী খজিক্কু হেম্ম রাংগনী। কৌ শংবায়দা লুপা নরিগা শিকি পৈশা মণি পীরিবৈগী মতম্মী।

ময়ামগী সেবা কায়খিগত্রা খন্দুনা শাজৌ মাইবা থরাম্ম রানা কোয়চেন চেন্দুনা হোংনৈজ। লিলা তংখাই চল্লকপা অহুরাইদা মথো হাঙলে। অরাংথংবদা লৈবিবা মনাঙশিংগী শুমাঙ অহুমহু মীনা ইকোয় কোয়না কমহুনা লিলা য়েংলী। মাগী শুমাঙ কাঙবা মী কয়রি। শাজৌ মাইবা লিলা য়েংবা থোবকই। মাগী শুমাঙ মতোন্দ লেপ্লীবা মরূপশিংহুগী মনাক্ত লেপ্পুনা য়েংই। লাইয়াম্ম হেঞ্জুগী লম্বী থংপগী মতাং য়োরকপদা মরূপ তোলচৌনা খঙনীংনা হংলকই, "শাজৌ, মসিবু চাম্ননা থোকখিবা রারীরা? লাইয়োম হায়বসিবু লৈবরা ?" শাজৌ মাইবনা ইতিং তিংনা খুম্মী, "মীগা লাইগা শম্নরিবৈগী রারীনিদা," মথা শমথরকই; "হেঞ্জুনহানা থিজিনহোদবদগী থোকপনী। রারী ধর্ম খঙদে হায়বা উৎপনিদা। লাইশক খঙত্রদি হোয়, লুই। লাইশক খঙবসিদি খুকমজহুনা মন্ত্র অমা শোম্বদা লম্বী কোক হেক থাদোকপনী।"

মরূপশিংহু মন্ত্রহু খঙনীংলমায়ে পূম্নপ্ন শাজৌরোমদা মায় লৈশিল্লকই। মখোয়গী পুক্নীংগী অপাম্বহু খঙলহনা শাজৌনা

হায়রকই, "তৌবতদি মপ্রাসি তাকথোকহেদে।" তুমিন তুমিন লিলাঙ্গা অমুক পুক্নীং লুপখি।

য়ুমশেংবা হুমিংকী নোংমা কোম্বদনী। মমাগা চান্নক অমত্রদা ফম্মীন্নহুনা চামীন্নরগনি খল্লবদা ইংেঙৈল্লেহু থোইদোক্ল হরাওজে। মচীন্দ ঈশৈ ঙংলহুনা চাক থোংলি। য়েঙ্খাংস্ত্রু মচল চানা হাঙই। চাও চাও হায়হুনা পোরোম থোংবা মমাগী মাংদা ঈনশিল্লী। শাজো মাইবা চাবা থকপা লোইরহুনা মপাল্লোমদা থোকখ্রে। ঙা চারবদি মতোং খন্দোক্লুনা মচান্নুপীগী থাকপা হায়বসি শাজো মাইবপী হৈনবীনি। মপানা হোৌগৎখিবগা তেঙ্গোং লৌশিন্দুনা ঙা মতুমশিংহু মমাদা নম নমহুনা পীজে। ইংেঙৈল্লেনা লুখাক চঙুম শেংলিংঙদা শাজো মাইবা তম্ম অমুক হজিল্লকই। চাক চাবা হোৌগৎলকপদা মপান্দ মী গম্না অনী মাইবা উম্নবা লাকখ্রবনী। লাক্লিবা মী-শিংহু থাক্ষ খুজাঙদগীনী। হুমিং মঙা তরানি লায়েংবা চংলুবা তারি।

চয়োল গমগী মহুংদা অনাবা পুমফ করে। য়ুমদা হল্লগে হায়ববু য়ুম্বু অহুনা মীয়োক মীচান ফনা নোংমা-নিনীদং সেবা ফংজখিগে হায়হুনা খাম্বদগী নোংমতদি পম্বরগে খন্দুনা লৈথোক্লে। ঈরাই হুমিংকী অয়ুক্ত, চাক চারবা তুংদা শাজো মাইববু খীন-দোরকই। লাইঙক-তীল্লোক্লবা অহুপা অঙাঙবা লায়েংবীনবা হায়হুনা ঈশ্বরনা শাজো মাইববু মালেমসিদা থান্নকপনী হায়হুনা খুজাও অপুম্বনা শোম্নহোই। হুমিং তাশিল্লকপদা য়ুমদা থুংলৈ। ইরু-মায়খজহুনা চাক চারবা তুংদা তুম্নরগে খল্লী। কম্মাং হেক য়োবগা ইংেঙৈল্লেনা হায়রকই, "পাবা, গুমাকাই অহোঙজাওদো অহুনে অমুক ঙাওবা হোৌম্নে হায় হায়বা। ঙরাংনে, নঙ লাকঅবরা হায়দ হংঙবনী।"

শাক্তৌ মাইবা চপ লেপ্পুনা পল্লা। য়াইমগী মচা অহোঙজাঙ। অহান্ব ওইনা মানা লম্বয়েংখিবা অঙাঙবগী লায়নানা নাথিবা অহোঙজাঙ। লোইশিন খমজিনগী মন্ত্র শোন্নদা খর অকায়বা য়াঙখিবরা? হিগা। তোংলকপনে, হৈরাগাড়াদা লমশাং লাকপনে, কোক ঙাওক্লিং চাপ্লিং তৌই। মথংগী অয়ুক্ত চংলুরগে খন্দুনা ঋমুং চঙখ্রে।

মথংগী অয়ুক্কী। থাংজ লুমিংলী, লমতাগী চেনিস্তু পাল্লী। অয়ুক ঙক্তা হৌগংজুনা অহোঙজাওগী লাইওং য়েংলুরে। থোইদোক্ক লুনিঙাই ওইদে। লুমিদাংদদি থেংনা চংথোক-চংশিন তৌহেদে। চক্কী তবা কুনগী মনুংদা মচানিস্তু পাম্ব, থাংজ লুমিংস্তু ওইবা পংনা থোক্কে। মীনা খাইদগী কি নখ্রবা লুমিদা হায়বত্থু থোক্কে।

শাক্তৌ মাইবগী য়ুমগী কোম্পোং লাম্পোক্লুনা অরাং পাংনা খর চংলগা ঈথৈখোং মথক্ত থোং অমা থাই। থোংডু লাম্পোক্লুনা অরাং পাংনা খর অমুক চংলগা খোংনাং অমা হৌই। খোংনাং অসি ঈথৈখোংগী লৈরাই নপ্প হৌই। খোংনাংগী চেক নোংচুপ্প লৈবা খিংজেন অডু নাওদম হিংজেন হায়জুনা খংনৈ। খোংনাংগী নোংপোক হায়বদি মমাঙ অডু লমলোং অঙম ফাংই। নোংপোক নোংচুপ পাংবা শুমাঙলৈকাই লম্বীনা থাবা পাংবা লৌয়ায় লম্বী দা তিম্রবা মৰক্কী। হৌজিক্কি লম্বী থেদোক থৈজিন তৌখিজুনা খোংনাং অসিগী মমাঙডু লম্পোং মবি কাবা মফম ওইবে অডুগা খিংজেনগী মকুও দান অমনা শিল্লরে। হায়বিবা খোংনাং অসিগী মখোংদা রাইরম নাম্ন তৈথোক্লুনা লমতাগী অহান্ন থাংডদা অমুক, মঙানি পান্বদ অমুক চক্কী অমগী তীনথকু লাইখত্তু লৈতনবা হে লে কত্তুনা থুক্রুইয়ে; চক্কী অডুগীদি অমুক্তদা পুন্ন থুরুমজবা য়ারে। চক্কী খুদিংগী তোবত্তম মমশিল্লকপা মতমদা শাক্তৌ মাইবত্থু ঈরাং থৌনি তৌজরি।

হজিন্নক্লুনা শুমাঙ য়োয়কপদা মায়কৈ মরি. থক-থা ঙন্দুনা মঘ্র কায়্মগা য়ুমদা চঙলকই। মুমিৎ অহুম্ন ঙজানা পোত্থাবা তারি। অহোংজাওগী ক্ষিবমচু থল্লুবদা অহিং অম্নমক্ত লাই খুক্লমংনা থৌ তৌবা লোইথোক্লীংই। তাল্লক অতুদা মবাই অতোম্বচু ইফিং ফিংনা চঙলক্লুনা হায়রৈ. "ইমাদো অথিম্ব হৌদনা ক্রর ক্রর ঙল-হোরে। খর থুরকউ।" পম্বরমদনা অমুক চংগ্রে। শাক্তৌ মাইবা হিদাক লাংথক খিচুনা পবপ পরপ হোংনৈ। পংলাপ লাপ্ন লম নম্ত্রে। নাওদম থিংডেন্দগী অরাং পাংনা চংলগা পুত্রী অচৌবা অমা থেংনগনি। পুত্রীগী শাবোমদা লৈবা অহুমগুবা লমজং অচু মবাইগী কোন্তোংনী। লাইকল্লবা হোংনখ্দা থেংদোকথিচুনা অহিং ওইরক্লে। চংলগে হায়জবনী; মবাইনা থাম্বদগী অচুম্মক তনথবে।

থোংদা দং দং খীন্দুনা হেংদোরকই। হেংগৎতুনা থোঙ হাংদোক্লে। নোং ঙাল্লক্লে। অরাং থংবদা লৈবা মাম্ম চাউভন্নী। "আই, শাক্তে, ঙসি অহিং সিদা তুমবোরে। লাকওনে। নোয় নাকনগী থিংডেন্দু থিংগনি হায়দ ৫াইবি পুস্তেনগী মা য়াম্ন পৈহেংরে। নবাইদি? মাচু হেংদোকও। লাকও. লাকও" হায়রম্নগা চংগ্রে। সরক্ত মীয়াম ৫ারী শান্নংনা চংপগী মথোল তায়। ইমুংদা চঙখিবদা মবাইচু তুমখুন তান্দ্রনা তুম্নি। হেংদোক্ল্রগা পাপ লঙজবোই থোক্তত্রা থন্দ্রনা থোরক্লে। মথম্ত থল্লী; আদা লায়েংবা চংলুবনিনা ঙসি থিংডেন থিংগনি হায়বসি তাদবা জাৎনি। নাওদম থিংডেন লৈ হায়বগী হুকথেংনবা কাম্নবম্নি ক্ষংদে। অচুবু মনাক নক্ত লৈরুরে; প্রজাগী সেবা হায়বসিম্ন ঙস্নিমথৈ তৌবা তাবনি।

লৌয়ায় লম্বীচু মীনা চীক্ত চায়নবা ঙমদনা চংলম্মী। শক থঙনবা মীম্ন শ্নায় য়াওই। মীনা কৌয়কপম্ন শ্নাওই; মানা কৌক্লবম্ন য়াওই। নরসিংহ ঠাকুরগী মান্দব মপাগী থোং য়োয়কই। লৈথিত্রবা বাবাজীগী থুয়া, লুখুমদা থাখিবনী হায়রিবা থোংনাং পাম্বী অনীচু

হেন্দোক্নকই। ময়াম্লৈকাই লম্বীগী খোং মপা য়োৎরে। মীয়াম অমনা খোংহ্ন লান্দুনা পূব্রীগী নোংপোক্কী থা পাংনা চৎতুনা থিং-ঙেনগী নোংচুপকী লৈমাই য়োৎখ্রি। শাজোগীদি মদোমদা চৎলুবগী কান্নদে। মূমম্ন নকপা, নোংপোক্কী ঈথৈখোং মপান্দ শূন্নিবা ময়ামহুগী মরক্ত য়াওরুগনী।

থিংঙেন মপা য়োৗগদবদি ঝৈদোম অনী অহুম ৱাংলি অহুবু থবক শূবা হৌনরে হায়বদি উরে। যণগাড়ী অমা লৈপাক থম্ন হাপ্লুনা থিংঙেনগী নোংচুপ্ত লৈবা লৈরক্কী মচান্দ থাহনা লে। যণগাড়ী অনীনা লৈবাক লৌক্লনবা লৌয়ায় লম্বীদা মথা পাংনা চংখ্রি। খোংনাং মপাগী লৈরাইদগী নোংচুপ হংবা লৈরাই থেংবা ফাওবা উচূক পবেং অমা নুংবা লোইরম্রে। মী কাংবু অমনা উচূক কাবন য়েহুনা য়ুংনবা হোৎনরী। কাঙ্লু অমনা থিংঙেনগী মমাঙ অহুগা মনিংদা লৈবা পাক্লবা ঈথৈগোংদগী কম্বুক তৌবা লৈখোম লৈবি লেপ্লুনা হোনগংলী। কংযান্দ হোনগংলবা লৈখোম অহু য়োমহুনা লম অমমম শাংবা মোন শেম্লবা মী কাওবু কাংবু লৈখ্রি।

খোংনাং মপা য়োশিল্লকপদা শাজো মাইবদো যুমদা হাম্ন চঙলুখিসিরা থল্লী। মীয়াম শূবনিনা পঙকুই কুইরোই থন্দুনা শেংলিবা ঝৈজোম অহু তাথংতুনা মুক্রাগী ঝিজেং শেংচিল্লী। উচূক য়ুংবা য়াওগে থন্দুনা খোংনাংগী নোংচুপ্ত লাকই। থিংঙেন থিংলমদাইগী ঈশিং ফাংগ্রবা মতম্লী। লৈরাইদগী খোংম্লং ফাওবা খূহুপ মরিরোম লুগনী। লৈরাইগা তপ পক্ন য়ুংলিবা উচূক্কুদা পায়রগা কূমথগে থল্লী। ফমথহুনা উচূক্ত তাপ হেক পায়বগা থংমম মমশিনখ্রে। অহুক য়াম্ন মীয়ামদো মীকুপ্ত খায়।

"এঃ কল্লিনো ?" কুক তৌগংলকই। উব্ধ উব্ধ লৈংহনা য়েংই।

লৈচিন-নোংকাইদ্ থাংদবা খরাম্নিচাক পুম্নমক লংবা অহিংনী। খোংনাংগী অরাং ওইরপ্প মখোয় থরু লেপ্লম্মী। শাজো মাইবা হুৎ লৈথোক্লুনা যন চোংথোরকই। খোংনাংগী নোংপোক্ত মায় অরাং ওন্দ্‌না, ময়ামদুগা মায়োক্লহনা লেপ্পী।

খুত্নপ তরেং হেন্ন থংবা খোইরু খোইরু তৌজনা ইকা কাবা শম্ন মায়গী নাকন অত্তগা তুংগী নীংত্নু রৈবা মখোয তবেংনি। নাতোন কাপ অমমম শাংগনি; কাপ অমমম থোংগনি। ইকোয় কোয়বা মীংশিংত্নু কাংক্রুম্মুক চাওগনি অমহুং তোত্তগনি। মুনা থানা হৌরিবা পীশুমশিংত্নু নাংলুদগী শং তিংনা চিরাই কাওবা শাংদোকখি। নাকন্দ য়াপ্তরিবা খোইজগী শমহু ফাওদোক্লুনা উরিবা ইথা থাবা মনাগী মতোনশিংত্নু লৱাইদগী য়াংবা হেন্দোকখি। চাম্বাল মথক্ত হৌরিবা মকোই তবেং নিপান্দু খুদোন মরি শাংবা য়োংপী মাল্লী। চিথেক নাইবা খদাওদগী খুদোন অহুমলোম কাখংনা ডৌরোক ডোবা পাইজ মান্ব ময়া তন্নক তন্নক খিন্দোরকই। হুইয়া তনীত্নুনা য়া অতৈদগী শাংবা হেল্লী। লন্নক হৌবা য়া ওইবনা মথাগী চাম্বান্দু মরক থংনা থংনা উাকই। মরৈ মরৈ তারবা কল্লবা পাম্বোমগী খুৎশাশিংনী। থিন্দোরক্লিবা খুজিনশিংত্নু লাঙোনগী লোক্তুম মাল্লী। শাজো মাইবদা চেপথ চেপথ য়েংলগা হরাউনা ডুঙ ডুঙ তৌত্নুনা চংশিল্লকই।

পূম্নমক মাকুপ খরদংদা লোইনা উবনী। শাজো মাইবদো চপ য়ুংগ্রবা লরাইগী শম নাম্বুবা ওনখিদে। তুংদা খোংকাপ অমা হল্লী: তরেৎ অহুনা চপ মাম্মনা খোংথাং অমা থাংজিল্লকই। নোকপোই, ওংবোই তৌত্নুনা, তিন অর অর হৈথদুনা মরৈ তম্মকপা য়াওরক্লে। তিংথোরক্লিবা মরৈত্নু শাংবা অস্তুম অস্তুম হেঙ্জিল্লকই। তুং ফং ওন্দুনা লুংশিংকী মাঙ থানা চেল্লী শাজো মাইবা। কুদ্রুক কুদ্রুক তাম্নরকই। হৌদোংনা তাম্নরকপা উচিনা চেম্বোই চোংবোই

তৌবহুগা পাংথক্নী। খূহুপ অনীখক্তনী মায়না লৈবাক্তগী ৱাংলিবহু ; নীং অহুগা খোঙনা তুংদা তান্ন লৈহৌরে। শিৱবস্থু য়ুমগী থোংদা লৱাই লেম্ফ্‌ুনা য়ৈশিন্দুনা শিঙগে হায়বগী খূৎচেন্নী। মখোঙ অনীহুনা খপ্তুনা চেম্বহু মাল থাদকরবা ৱণগাড়ীনা অঙম্ব চেম্ববকপদা চাকাগী মশাশিংহু উদবগুমই। খোঙনা লৈবাক শোক্তনা অমুক অনীরকস্ত পাইরক্লে। বোম্বোং লান্ন চোংশিল্লবকপদা মাগী মথক লান্ন পাইরক্লুনা মখোয় তবেংকী মন্নুদা অমদি শাক্তো মাইবগী মাংদা উপ্প তাশিল্লী। লৈথোক্লুনা চেম্বগী মতম নত্তে ; নীং, য়াঙলেন, লেজুম অহুগা মকোক্ত নেংতুনা থৱায় খূবাক্ত হাপ্তুনা চেনশিল্লকই। শুমাঙ ময়ায়দগী কন চোংশিল্লকই। ময়ায় ওইবপ চাউবা য়ুমহুগী মাঙ্গোন মথক্ত পাইবক্লুনা থোংহিন্দগী খূহুপ মরিরোম লাপ্প খূকউনা লৈমায়দা য়ৈশিন্দুনা ফুপ লাউনা তাই। হন্নমান্ন লঙ্কা চোংই হায়বহু ৱান্নী নত্তে, তশেংনা থোকখিবনী হায়বনি শাক্তো মাইবগী খূৎচোং অহুনা শাম্মিনী।

তুং হন্দূনা য়েংবদা মখোয় তবেং অহু খূহুম শীংবা য়াও, মথূৎ মশা প্রোক প্রোক থেকপা য়াও তৌদুনা চুরি তাক্কমদা পরেং শানা লেপ্লম্মী। উপ্রাক্ত শীৎচিন্দ্‌ুনা ওয়গী খূংনা থোঙথোঙ পায়রে ; খূৎ য়েংনা থোঙদা থীনবোই, ঈনবোই তৌহুনা "ইনেম্মচা" হায়হুনা কৌরম্লগা ৱাম্থখি। হোনা লাউজুনা, কন্ন কৌখিবা নত্তে। থোংলবা খোনযমদা, থম্মোই ফুক্ত, অহুক মুংশিনা কনাগুম্ব মুপা অমনা মাগী লোয়নবীগী মিং কৌন অমুক্তস্থু তাখিত্রি, তাবস্থু ফংলরোই হায়বহু মৈনীং কূপ্লিবী ইনেম্মচানা করিগুম্ব তুম্মদ্রবদি শোয়দনা থংলমগানী।

— —

# লনশোংগী

“তোম্বীমচা হৌগৎপ্রত্রা, ইবোচৌ ?” দাদি কাখৎলকপদা মুক্তারৈনা হংলকই। ইবোচৌনা থম্মুংদগী থুম্রকপচু তাম্রমদনা থোঙ্গুজীন কানশিনথি। য়াম্ন ঙল্লিবা অয়ুক্নী। শজিক ইরুং লংনা ঙাল্লি। ঙসিদি ঈংবা থম্ন হেনজিল্লী ; লৈচিন থারোই। শেগায়রবা কক মচা অমদা মল্লবা কি অমা ইন্দুনা ইবোচৌ কম্নী। চাকশঙগী ককাং অহু মানা ঙাহুনা কম্বগী মখি তারে।

মানা মপান করিঙৈদা পোইন্ট সুন্ত মঙাগী যুম্ফমচু লৈহুনা শাখিবা য়ুম্নী। নোংপোক নোংচুপকী কা অহুমগী য়ুম্নী। অবাংলোমদা ভেরেন্দা তোপথরকই। ভেরেন্দাগী নোংপোকথংবা কা অহু মচা-মুপা অঙাংহলগীনি। নোংচুপকী কা অহুনা চাকশঙনী। ময়ায়গী কা অহুনা মাঙ্গোলনী। য়ুমচু শাখিবা চহী তরাহুমদোই হায়রক্লে। সনা শাবা তোক্তি্রৈঙগী চহী অনীগী মমাঙদা শাখিবনী। ধাতু মুংশংদগী যক্কার. যক্কারদগী এক্কমা। ঙসিদি রা ঙাঙবা কাঙবা ঙমদ্রে। ঙলিনা হিংহল্লিবা মীওই ঙইরে।

ইমুংদগী ভাঙনদুনা থোরকই। খুদৈ খোংদাই শেগায়বা অমনা মকোক খুমদুনা মুক্তারৈগী মাঙ থাদুনা থোরকই। মথুন্ত ফান অমা পায়রকই। "ইচে কুমশি চহীসিস্ত হায়বীরম্ন। নচান্নুপা শ্যাম্ন নাহন চিঠি থারকপদা নোংমৈ চহীসিদা মীগী লন্দোন থুম-দোন লোইনা শিংঙরগে হায়রকই, অদু ফাওবদি ভাইবগী ভাইরকপা ভাইবীরোনে।" মাঙ্গোনগী নোংপোকশংবা যুম্বী অদুগী মথোঙদা ফান থমদুনা মখা তারকই, "ভাইহাক কপ্পীরমথো, ইচে। বিরি লৈরব্রা য়েংহক্কে।"

"কম্মরোই, চংলগে." মুক্তারৈনা হায়রকই. "অদুগনে তোম্বী-মচা, নঙ কাউবদি কাউগন্নকো। হাকুমস্ত শিংদ্রে। কুমশিস্ত শিংদ্রে। মহুংকা মথোইগা লোইনা পাঁদবা য়ারোইকো। পোংনী নব্রা? হাকুম্ন পোংদুন অদগা কুমশিনা পোংমরি নাম্ম থোকঅদ্রা? মচান্নুপা অনীদ্ব লৈত্রা? লাইরিক্ত পানশিনহন্নগা থম্মুকো? হয়েং ফৌ ওন্নমদাইদনে অদু অদা ঐদি য়ারোইদবনিকো।" শুমাঙদা কুম-থখি। অপাকপা শুমাঙনী। নোংচুপ্ত ফাংলিবা কোম্পোঙগী শম্নরুই। মুক্তারৈদু পরপ পরপ চংখিদুনা কোম্মোঙ লাম্মোকখ্রে। হৌজিক্ত লৈরম্বনি; কদাইদা চংখ্রবনো খিরুবদনা উরিং মাঙবগুম নাংখিবা মীতাদুনি। মথোং য়াঙখ্রবা।

তোম্বীমচাদু চাকশংগী য়েন্নখাদা চংখিদুনা মনিঙদা চঙখি। ঈশিং য়াওবা সিলভরগী তেঙ্গোং মচা অমা পুদুনা মচান্নুপী তোমালিনী থোরকই। তুলসীগা নকুনা লৈরিবা শম্বল ময়াদা সনারৈ ইঙান ভান্ন শাংলি। সনারৈ অমা হেক্কুনা তেঙ্গোংতা থাদৈ। তুলসী মথোংদা তেঙ্গোং থম্মী; খুকউ খুদক কুন্দুনা খুরুম্মী। মচান্নুপীনা ইমুংদা চঙখিবদু ইবোচৌ য়েংদুনা লৈহৌই। চহি তরা-তব্বকী নুপীমচানী। ক্লাস এইট ফাওবা তমজহৌই। হৌজিক হৌজিক কৈথেন ময়াদা লৈবা এমব্রোইডরিগী দুকান অমদা লোম্ব খোংপা য়াওরি।

তোম্বীমচা মনিঙদগী থোরকই। কোম্বোং মনাক্ত অৱাংগী শম্বল ময়াদা ঙশিং পুন অমা খিল্লি। ঙশিং লৌহুমা মায়-মীং শেংদোকই ; চীন তেংথোকই। হক্তিল্লকুপ মাঙ্গোনগী দানিদা হেক কাখৎপগা কোম্বোংদগী লাউথোকখ্রে তাই। "তোম্বীমচা, তাইথো। নশমছু মনগে হায়দনা লাবইবনি।" চুকাল নংঙ্খ্রী চন্দ্রাবলিনী। নোম নোম তেৎনা চংলকই।

"পোইন্ত্র কাবকপদা পানি হায়দাইনে, লনশোংপা ? হৌজিক খুন কনাগী লো, য়েনদবা য়াওরিগেনে, হা ? চাম্বিবা, নঙগী লৌ-কমতা বদাইলাইদ লৈবনো হায়বা ? নবে হৈনল্লী ; ককথংলগা থাবা হৌগনি। নবো খুবাকমুক পাকপা অমা ফাওবা লৈতনা নংনা ঐঙোন্দ ঝুট তৌবা শাবদনা।" বুম্বী মখোওগী ফান অংদা কমথহুনা অমুক হৌরকই, "নহে, কয়াদি কুইনে নংনা ঐখোয়গী চুকান্দ নমক উংলদ্রিসে ? ইপোং য়োন্দোবা য়োন্দনা কুই অমা বদৌনা কৈথেল্দ কাবচং চম্ভুনা নঙবু পিবকপা কুইনে ইবেম্মা। নঙনা শোংখিবা চেঙগী পৈশা তনা লুপা ৬২। ভারী, থুম-মোরোক শোংখিবগী পৈশানা লুপা ১২০। নঙগী ইরুং থাক্লবা ফয়িবা চুকাল্লো। ঐগীসিবো ? অমুক্ত খুমউ হায়বা। হৌজিকমক শিংচু। নয়ুনদা হক্তিন হক্তিন লাক্লুনা হাজিবা কারদৌবা মী নহেহে, খঙক্লু। লাকইগেসিদা পীথোরকউ। নন্তবদিনে, চন্দ্রাবলি ইতৌক খঙদৌ-রিবনি। থানা মঙ্গাইরগা লাক্লদৌরিনি।"

"চুপ্পী, ইনম্বনা তাকপীবা। চাম্বিবী হায়বছু ঐ ওইরে। লৈতবনা তৌবনিকো, শাওবীগন্তু। কনাম্বু মীগী মপোং শোংহুনা চানীং-দবনি। নৌপ্পাসিদা য়েংবীয়ু। মরায়থুং কল্লবনিনা শুবা চৎপম্বু ওমস্রে। চাদবদি য়াদেদো। অদাং অহুমসিম্বু মানা মানা ওম্ব তাঞ্জরি। অত্তুবু পুন্নিবদি ইনম্মদগীদা নহেদো। খংহেদা ইনম্ম, কবি হায়না

তমগদবনো ? ঐখোয় মী ওইনা হিংব্রবনী। অয়ুক চারগা মুমি-দাংগী চন্না চপ চপ লেপ্লকপা কুইরেদা। আদা লৈথ্রিবা অঙাংহুদা ময়াম্বনা চিঠি থাবনী। মশা থোরকপা ভুমত্রবস্থু ফাইরেন-লমতাদা পৈশা থরদি থারক্কে হায়রকই। অহু ফাওবতদি ভাইবীয়ু কৈদোগে।"

"মমীং-নণা তৌদনা অমুক মা শুম্বীরগু তোপ্পীমচা। মীগী মরল কয়া য়ায় তোল্লবনো হায়বদো শিং শিংনা খঙলবনি। নংসে মপোক খুদিংগী লনশোংপী ওইনা অক্তম পোক্লগদবা মীনি। নঙগী লমতা থ। হায়রিবদো অহু ফাওবদি ভাইবীরগে। নোংমা হেক লানখিবদনে কন্নি থোকপগে হায়বত্র য়েংঙু।" দারিদগী কুমথদুনা থোকখি। ইবোচৌবানা ভঙক ভংক য়েংহুনা লৈহৌই। নম হুম, শামু থোঙথাং থাবা, মমায় লোংবা চন্দ্রাবলিনী। মীনা নোঙ্গরবা ভাবীগনি; শীংনকব মীদি লাইহৈ হৌগনি। কোঙ্কা শন য়াওদনা হুলহুনখিগনি।

চন্দ্রসেন থোনকই। মাঙ্গোনগী দারিদা নাঙকাঙনহুনা কম্মী। চহী ১৯ চঙলক্লে। মশম চপ চপ তিই। ছাটিন্দোনা লুমাঙ, চবা অহুগা তুংদা ইকোয় কোয়না ত্তায়, ত্তায় তায়। ত্তুংদা মমীং তন্নামুক পান্নবা মোঙাফুরিং শেগাকোংপী অমা লীংলী। শেংলিবা খৃদৈ থোংদাইত্ত নামৈ য়েপ্তে। কোম্বোংলোমদা য়েংই। দারিদা ফন চোংথৈ। য়েংথংবা যিনাং অহু মরী নাম্বোকই। থোঙবী নপা অহু কাংদংলবা য়াম্ন পারবা ফিনাংনী। মরী অনাহু মডু তিমদে। "ইমা, শাখীরবা অমা লাকএ। থোরকও," হায়রম্নগা কোম্বোংলোমদা থোকখি। "নমা লৈহৌরা, চন্দ্রসেন।" "উ" শুমাঙ মচিদা খুম্নংনী।

বোরোই মথোঙগী একাদশিনিনী। ফুট অহুমগা ইঙ্কি নিপাল-মুক য়াংগনী। নম্বর নাইনগী থোওপাক্কী; মায়স্থু নম্বর নাইনম্নীনি। পীশুম শুকই। মমীং কুংলী; থা থা লাউবা মীংপান্দগী ইদি

মথায় অমা হঙ্গান্দুনা পাল্লী। নাতোন নেম্ন কাংই। চীম্বানম্ভু কাঙই; নোয় পেম্ন চাউই। খদাঙ অনী লোংই। মুপা শাজংলী; মুপা খোঙ্জেল্লী। য়াকথ্রবা মখোম্নী; য়েন্নখাগী অত্তাথবী মুম্ব ঙমদনা কেল্লিবনী। বোরাখাউ অহাঙবা অমা পুরকই; মমাংদা থমত্তুনা মাঙ্গোলগী ফান্দ ফনথে।

তোম্বীমচানা থোংডাংন হেক কাপ্পোরকপদা একাসিনিনা খেকথরকই, "হে মায়থাবী, ইকাই খঙদবা। মীনা শিনরিসে চীন্দনে চীন্দ। নথীবোঙ চেকথারম্মে চাথোকথ্রগা ঙসি হয়েং তৌদনা কয়া কুইনা হিংদৌরি? চহী অহুম শুরদ্রা নঙনা লৌখিবদো? হাকুনম্ভু ঙন্দ্রে? কুনশিঙ্ক ঙল্লরোই হায়রিব্রা, মায়থাবী? কদাই? নঙগী ঙনগদৌরিবা ফৌত্থ পুথোরকউ। ঐ থবক য়াম্ন চিম্বজাংনি।"

"লৈতবনা তৌবনি, শাউগন্তু" হায়ত্তুনা তোম্বীমচানা মনাক্ত ফমথরকপগা একাসিনি ফক হৌগংলকই। "নংগী লৈবা লৈতবা ঐ খঙদে। মথোইদি ঙন্দবা য়ারোই" হায়রম্নগা ইমুংলোমদা পাই-শিনখি। থোংদা চম্বোই চন্দবোই তৌহুনা লীংশিনখি। অতেম্ব মখোঙ অত্তুনা অহুম্নক কাম্বদা ইমুংগী কা অহুমত্থ থুংই। কাচিন কোয়া য়েংই। মনীংথংবা কাগী অৱাং-কৌক্রুগী কাচিন্দ ফক শেগায়বা অমনা কুপ্লিবদো করিনো? চঙশিনখিহুনা ফক্তু তাপ পায়ঙনা লংথোরকই। বোরাখাউ অনীনি। অতেম্ব মখূৎ অনীহুনা ল্যাম্ব ফংবোই ফংদবোই মথকথংবা বোরাখাউ অত্তুগী মচীন অত্তুগা মনীংদা শূপচিন্দুনা থাঙ্গংলী। য়েংকী খূকউদা শোংহুনা লৈথোরকই। মোন্দ মায় উপশিন্দুনা হীপ্লিবা তোমালিনীহু উরে।

"হে, ইকাইখঙদবা' মচা লমথুংদবী," খেকথরকই; "লৈশাবীনা হৌজিক ফাওবা তুম্ব কাল্লা? ইস! লেমজে হে। চয়ুনা মিরাং থুরে অত্তুগা শাজংনা মহারাণী। হৌগংলকউ লাঙনে, মায়থাবী। বোরাখাউ অমসি পুথোরকউ লাও।" ঙেক ঙেক শংত্তুনা বোরাখাউহু থাংদোকখি।

থোঙজাওগী থোঙনা অনীনি ; অযুম্নীনি। নাম্মতা হাংলোকপনি। থোঙ ওঙ্গী থুকউনা বোরাখাউদু শৌঙ্না লেপ্পী। মথূং রেংবা হাংলোক্লিবা থোঙনা অদু পায়রদুনা থংচিং চিংই। মথক মথাগী পুনাদু ফক্লোক্লুনা পাইখোরকই। তোম্বীমচাগী মমাঙদা বোরাখাউদু ফুপ থাদরে।

"চংলু। নমীংতু করি রেংহুনা লৈরি! বোরাখাউ অমদু লৌথোকউ চংলু." থেকথরকই ; "নঙনা লৌকরোই হায়রগনা ঐনা লৌরগনি" হায়রদুনা মথোং নাম্ম হেক থাংবগা তোম্বীমচানা মথোংদা ভুদুনা হায়জরকই, "একাসিনি. বোরাখাউ অদুমদি থাকপীরম্মু. কৈদৌই হায়গে। ঐ শিংতোই হায়বা নত্তে। সত্যনা শাক্তি ওইসনু ; খজিক্লুং লৈরকপদা নঙগী হায় শিংজগে। জীব মজানা চরা নাম্মতা চাদুনা থাঙলক্লিবসি কয়াদি কুইরক্লে? নঙনা হেম্ম থঙলিবনি। হৌজিক্কি ফুদিং কনফমম্ম লৈরক্লে। পোইম্নু মমুংদা ঐথোয় মঙানা পূক থম্ম চাবা ফংজরিবসি চক্ক কম্বদগী ফংজরকপা খর অসিননী। ঐথোয় ইমুংগী পোইম্নু কারকপদা লৈজরিবা কো হায়বদো বোরাখাউ অসিমতা মঙাইরে। নংনা অসিমম্ম লৌথ্রবদি ঐথোয়দি করি ওইহৌগনি?"

অচুম্ব হায়রবদি নূংঙম কম্ব থম্মোইম্নু পেংলকপোইরে। "সে, বোরাখাউসিগী মহুৎনী" হায়দুনা মথোংনা বোরাখাউ অহাঙবদু তোম্বীমচাগী মমাংদা ঈনশিল্লী। মথা তারকই, "মথোই পোৎনী নাম্ম থোকপনী। কোম্ম পানরসি। অদুগনে, পোৎঙা লৈরিকো ; মদুনা মহুৎনী। পুম্ম পাশিন্নু।" দারিদগী কুমথখিদুনা হায়রকই, "খাউদু থোল্লকউ।" তোম্বীমচানা খাউদু দারি ফাওবা চিংথোকই। খাউদু থোক্লংথি। তুং হুক্কিল্লুনা যুম্বীদা ভাদুনা লেপহৌই। থুকউ অনীগী কারক্ত মকোক লোনশীন্দুনা কম্বম্ব ইবোচৌদু খজিক্লুং লেঙওকই।

মোংপোক চীংদোন্দগী মুমিং লৈখংলকদৌরে। তে-তে, তে-তে ; মোংচুপ অতিয়াদগী মথোন তারকই। তক্কি পাম থাঙগী মঙংলি ; খা-বাংগী অতিয়া শীম খুংনা শন্দোক্লুনা মুমিং তম্ন পাই-শিল্লকই। ভাঙলৈমবা মচীন, বানা মচুগী মথা অমদি শাগন্দ, মুমিংকী মশেক্ক ঋৈবদা অংকপা মচুগী কুম্মৈ অমা ইংলকই। চন্দ্রসেন কুম্মৈ য়েংছুনা মতৌ নীকুনা চণ্ডলকই ; থৌরি চৎমদা বোরাথাউনা লৌয়মগদবা শম্মা অমত্ত রাংলী। ক্রম চোংথোকই ; মথুং য়েংনা কোম্মোঙগা তাইনরিবা লম্বাদা উপথরক্লিবা শমনৈ মশা পায়কই। খংথা থাদোক্লুনা কোম্মোঙদা চংলকই। মতৌ থক থক অমুক নীক্লকই। কপাকী ; থুপাগী তানীরক, মাঙদা শোঙথাং অনী থাংই। খূমোম্মীনা ক্লাক লৌই : তুংদা শোংকাপ অমা হল্লী।

লৈত' মংনা কুমিংকনী ;
লাইব' মঙনী চক্লয়েনী ;
তান' মঙনী চক্লকনী।

লৈত', লাইব', তানং' ;
মিংলেন য়ান্নী ইনাকখুম্নও।
লৈথক, লৈখা, মালেম ;
মরোল অকুম ফাওরিবীও।

পোথা' হৈত' শূগনী ;
চরাম চত্তং' য়াঙংবী ;
নঙ্গ' মীচৈ তাগনী।

করিনু নোংহোনা কিক'দগে?
করিগী ইমানা নীংছম'দগে?
পুন্সি লানথম মম্নাক্লনী।
লান্দ থোবা নচাশিংনী।

লৈস্ত' নওনী কুন্দিংকম্বী ;
লাইর' নওনী চফৈবী ;
অনং' নওনী চক্রকম্বী ।

দাগিদা কন চোংথংখি । "লক্ষ্মী" মচক কৌরিবনি ; লক্ষ্মী চেথী মচল্লী হায়রহুনা হুংশিনা কৌরিবনি । রেছাং থোংবদা ঙা মচেং অমা কাওবা থাক্লনা হাওহৌ ওয়দি মচন্দনি হায়রহুনা মীমাঙদা য়াম্ন থাগংচৈ । তোমালিনী থোরকই ; মনায় মমাং ইপোম পোম্মী । মবুংনা কৌরিবহু শঙই । চাকশংদা চংখি । কুমিং খুদিংগী মম্নাইংদা হৌগংজুনা কোল-লীক ফেংদোকহ । মশাংগী পুখ্রী অচৌবদা ইরুক্ত-লোকই । অয়ুক্কী চাক থোংনবা মীনং নারং য়েংজুনা লৈ ।

"অয়ো, ইমা !" ইমুংদা চংখিবগা চন্দ্রসেন্ন লাউবকই । য়েংকী থোঙবীনা থোঙগী পুনাদা লেংলুনগীনি । থোঙদা য়েংই ; হংঙ্গুদে । থাঙজৌ পুখোরক্লুনা কোক কোক য়ৈহুনা পুনাহু পানশিল্লী । মথক্কী পুনাহু খিদ্দুনা পানশিল্লী । কোম্বোংলোমদা থোকখি । পুন্দগী ঈশিং হৈহুনা থাঙ এহংগা শুংজাওহু চোংহল্লী । ময়া থোনা ক্লেংই ।

ভাইহাক লৈরগা অঙাংহল হক্তিল্লকই । মমা-মপাদা চংশুগদবা মকম চঙগদবা মতম থংহল্লগা মাগী কাদা চগংগ । চহী কুম্মিগী পাথংনী । চন্দ্রসেনগা শাংং-শাদা হাইরপ মাম্নে । শকফম অম্ভুগা কুচুদি খেন্নে । ময়াম্বনা ফজবা থয় হেল্লী ; কুচুং পাথ হেন্নী । মচীম্মনাও অনীনা শুক্ল নোমুবদগী ফংজরকপা পৈশা পুম্নমক মমাদা পীশিল্লী । তোমালিনীসু অংস্থ মতেং পাংজে । লাইববা ইমুং ওইজরবসু মীনা থোঙদানীংবা য়ুম্মী । কোয়রকপা মাগী মমী হন্থ-হল্লক্লিবহু শিংজেল মাম্নমা শূবগী কলনী ।

চাক চারম্বো হায়রহুনা মবুং অনীবু কৌরকই । মচীম্মনাও অনীহু চাক্লক অমত্তদা চামীম্নে । চথোম অমা হুকপগা চন্দ্রসেন্ন হায়ৱকই, "মায়জাওবী কবোক্লেদো কুমশিগীসু তালম্মে, তাচৌ । বোরাখাউ অমা থোক্লংলগা পুগ্রে ।"

"মীগোন্দ অহুম হায়না চৈগম্থু," অঙাংহললনা হায়রকই ; "মীগী মপোৎ পুক্ররবনিনা লৌরবা তাবনিনে।"

"শক্তাহু হুংশিদবৈ হায়রনে। মচা রামধনস্থু ঐগা তিন্নরিবা সঙ্গনি। ঐখোয় ইমুংগী ফিবম মাস্থু থঙইবনি হায়বা।"

তুমিন তুমিন চাক চাখিয়ে। মচীম্বনাও অনীমক শ্যাস্থু নীংশিংই। শ্যাম মরানীদগী রাং-চাউবা হেন্নী। গুবাহাটি ভাইয়া ডিম্রাপুরগী পূং ২৪ গী সার্ভিসতা হেন্দিমেন ওইহনা লৈরকপা চহী অহুম শুরক্নে। পোষ্টা পৈশা হেক হেক থায়কই। হুন্দক মরক্তি পৈশা থারক্নে। যুমদা লাক্তবা কুইরে ; য়াওশং ময়াদা থোরক্নে হায়হনা চিঠি ইরকই।

"তামোনা হুন্দক থোরকপদা ইবানীগী ফুরিং থোঙগ্রাউ অমমম লৈবীরকঅদি মুভাইথ্রনিদা," চন্দ্রসেন্ন হায়রকই ; "অদুদৈ লুপা লিলীং রুঙাগা পুথোরকঅদি য়ারে। পূমকোন কোয়রনি।"

"রাগ হৈবসিস্থু কায়ে ; অরাবা কোকপনী। গাড়ী হেন্দিমেন, গাড়ী মহাজন কাহনথ্রে" অঙাংহলনা মখূৎ খন্দুনা নোক্ষকই। "নত্তে, থোঙগ্রাউ অফবদো শেংথ্রগেকো," চাবা লেপ্তুনা মখা তারকই, "নঙগী থোঙগ্রাউদু ফোংথ্রবরা ?"

"ফোংপা য়ায়রোই হায়রে। ফুরিং তুফমদা চংলূরবনে। থূকউ মপাহু থূবাকমূক পাকএ। মচু মায়বা কি মতং থরদি লৈহৌই। অদুদা শাংনা ককথৎলগা ফোংত্রবদি য়াররোই হায়রকএ।" চখোম অমগী মতুংদা অমুক হায়রকই, "কুমশিস্থু থোঙগ্রাউ অমগা ফুরিং অমগদি তুহৌসিকো তাচৌ।"

"উং। থুনফম মপানা মুমিং তরানিগী মমুংদা থরান উগনি। নঙগী ঈশৈ শকপদো তোকথোকও। পৈশা ফংবস্থু নত্তে। মীদোনা তিংনা ফমহনা শকপস্থু নত্তে। নকোক নরুনা হাইরিবা, নীংনা কুক কুক হেক তক্লবনা, থোঙগ্রাউ কবম খাঙদোরিবা ? মীনা ফমহনা শকচয়বস্থু নঙদি হৌগৎলগা শকউ। অদু ওইরবদি মাইক্রোফোন পায়রগা লগোই শাবস্থু য়ারনি।"

মচম্নুগী তোমালিনীদু ঙসি অয়ূক্কী অহাম্ব ওইনা নোক্লকই। মচীম্মনাওগী ফুরিং খোঙগ্রাউ তিম্নৈ। ঈশৈ শকপা চংপদা চন্দ্রসেন্ন মপু ওই। হৌখিবা য়াওশঙদা খোঙগ্রাউ অহম্বদু অযূক মুংথিন্দনা মনাওগী নি; মুমিদাং থাবল চোংবদনা ময়াম্বগীনি। খোঙউপ্পী পূম্ব য়াদে। ময়াম্বগীনা নম্বর অমা হৈদে। চন্দ্রসেন্ন মাগী খোঙবী অনী অতুগীদমক লাইমন হৌই।

ময়াম্বনা হাম্ন হৌগংখি। মোরোক অশাবী অনী থাক্লুনা থোংবা হঙ্গাম্মী। যেঙ্গাং হাউই হাউতে, চাবিবা চাক্লুনা ওক্রে-ওক্রি হাযবগী ৱাফম কাংদনখিবা কুইনে। ময়াম্বনা হৌগংখিবগা মনাওসু হৌগংখি।

অংগাংহল পোংযোম লেংবান্দ হাইগঙুনা থোবকই। মনাদা চংলুখিগে হাযরম্মী। মমাহু থুনদে, যেংতুনা লৈহৌই। উ লম্নোম্ব মহাজনগী গাডীদা চঙখিগনি। চাংদা থা অমা অনা লৈতুনা ড য়াম্ব, উ শাবা, শীং ককপা, শীং খাযবনচিংবা তৌতুনা মহাজনগী থবক শূরুগনি। চন্দ্রসেন থাংজো লেংথোং পুতুনা থোবকই। অনকপা চীংদনী, শীং যাম্ব য়াওরি। কোন্তোঙ যৌবমদাইদগী মচৈ নাক্লুনা থোকখি, "পুন্সি লানকম ময়ায়নী, লান্দ থৌবা নচাশিংনী।"

চাবা থকপা লোইতুনা মথৌ লোইশিন্নবা তুংদা তোমালিনী থোরকই। মীরক থোকপদা কাবক কাবক চম্নবা য়াবা ফিজোল শেংলী। মমাগী মনাক য়োবকপদা হায়রকই, "ইমা! অংগাওবীদোনা যূম্বীদা ঙাতুনা মুমিং চুপ্প লেপ্তৌবিত্রা? ইমানা অতুম তৌরগদি ঐথোয় করম্ন শূফম চংফম খঙগদগে? ইকজথোকপীরুরো। বাবাগীসু ঈশিং শাহন্দুনা থম্মবনী। হয়েং হংচিং চা নবা গুলিসু লৈরক্রগে।"

মচানুপীনা চংখিবত্তু ইবোচৌ যেংতুনা লৈহৌই। কোন্তোঙ য়োরম্মনি হায়বা মতমতুদা ঙসিগী অহাম্ব ওইনা "অহ, অহ" তৌতুনা

থ্বরকই। মচাহুপীহু উখিত্রবদা তোম্বীমচাদো কপ্পকই; মখোন থোক্লনবা মখা থংবা চীম্বান্দু ময়ানা কম চীকখিল্লী। মীং অনীদগী ঈহৌরকপা পিরাং পাথোরক্লনা চেন্থরকই। চন্ন চিংবা লোইনরক্লে। হুদিংকম কোনখংপা চংপা তারি।

হুমিং ফনা রাংনা কারক্লে। তে, তে; নোংচূপ অতিয়াদগী মখোন তারকই। মপি তৈথোক্লনা অতিয়াদা য়েংখৎলকই। শঙ্গুলক্তগী চীথহৌরবা তেনবা অমা শাগন তুফাং থপ্পুনা পাইরকপহু উরকই। য়াঙনা পাইনবা হোংনরি; মঙম ইচং চংতে।

---

# ঙাক্সী খোম্মবা চে

'ঐবু চৈনীংবা মওংদা চৈবীয়ু: "নঙসে ৱারক তাদবীনি। লমকেৎ লমহাইবীনি।" অতুবু সুনিতা, লুংশি-থোৱী থদংপা লুবতা নত্তুনা শুকওম ঙম্মোই হায়বসি হৌজিক্কি য়ানীংলত্রা? মাবু ঈস্বোকপীবা মুমিত্ত নঙনা হায়থিবদো নীংশিংলিত্রা? "কার তোংগেদি হায়ত্রদনা শমপুবী ওইগনি থল্লমীবা নঙবু ঙাওত্রিবরা?" খনথিবা ৱাখল লমজীং ওইহনা ঙসিদি লুংশি পম্মং য়োজরে। নঙগা হুরেসকা: ঐগা মাগা। করি খেন্নবগেনে? ঐগী পেঞ্জবসে নমাঙমক্ত কোংদোক্লিংবনী অতুবু বিধিনা তম্মমত্রে·

মরিক্তবা উপন্যাসনী। ইরকপা চহী অমা ফারক্লে। হায়স্কুলগী ওঝানী; ময়াম্ম পীবা উপাধিনা শ্রীপ্রীতম। সাহিত্যবু মুংশিজবা মীওই অমা ওইনা হৌরকই। কবি সম্মেলন অমদি সাহিত্যগী মীকম খুদিং চিথদনা য়াওরকই। মায়কৈ অসোমদা লিংখৎলকপা লাইব্রেরী অতুগা সাহিত্যগী সংস্থান কয়াগী মেম্বর ওইরি। চয়োলগী নত্রগা

থাগী চেফোঙশিংদা কবিতা, ৱারীমচা, ৱাঙেনচিংবা ইদুনা সাহিত্যগী সেবা তৌজরি। মহাক্কী মরিগুবা উপন্যাস অসি ফোঙলবা মতুংদগীদি শ্রীপ্রীতমগী মমিং মণিপুরগী কাচিন-কোয়া য়ৌনা খঙনরকপা য়াই ; মথন্ত খঞ্জে।

'মানা সেকেণ্ড লেফটেনেন্ট ওইনা প্রমোসন ফংবা মীকুপ্ত ঐঙোন্দ খঙহল্লকখি। মুমিং অদো ঐগী বার্থডেগী মমাঙ নিনী লৈরিঙৈদনী। ঐগী বার্থডে সেলিব্রেসন খুদিংমক্ত নঙগী খূদোলনা খাইদগী হেন্ন খোয়দাজরকই। অতুবু চহী অতুগীদি নঙনা পীনিঙলিবা খূদোল অতু ঐগী পুক্নীংনা পামজবা ওইরোইদৌরি। ঐনা হায়খিবদো নঙ নীংশিংলিব্রা? "টোই ষ্টেনগন লৈবীয়ু।" নঙনা শিথ শিথ নোক্নুনা হায়খিব্রা? "লপোইবীনা শমজেৎ পাম্নবা! মুপা লৈতবা মুপীনা অংাংগী শান্নপোৎ পাম্নবা! কলি যুগ লোইরব্রা।" সুনিতা, নঙগী খূদোল "টোই ষ্টেনগন" ঙসিদি শাগোম্লতুনা চংলেদো।'

শ্রীপ্রীতম বিরি কম্ন চিংই। স্কুল চৎপা মতম ওইরে। অরোইবা পন্দুপ য়ৌরক্লে। মুমিং মঙা তক্লক্লি লেপ্তুনা ইরবদি লোইশিন্ন ঙম্নগনী। চে-কলম লোইশিন্দুনা থম্মী। চাকশঙদা চঙখি। পুখম অমদা মচান্নুপা অনী, অতোপ্প পুখম অমদা মচান্নুপী অনী চান্নীন্নরি। ইবেমহলনা পুখম অমা থাংদোরকই। কোলিহৱাই থোংবদা থুময়াকগী ঙারীমচা অনী থাকপনী। লোয়ুম্বীনা থোংই হায়বগী য়োৎকদবা হায়বতু মঙায়রে; শ্রীপ্রীতম্ন থল্লী। মুমিং মঙা তক্লক্লি লৈরগদি তলব ফংলগনী। অহাউবা ঙা অমা লৈত্নুনা থোংহনগে থল্লী। শিংগদবা অহুগা চঙগদবা ময়াম অতু খল্লুবদা ঙাগী ৱাখল কাউগ্রে। কোলিহৱাইতু খূৎচোহ মঙানা য়াপঙ য়ৌনা ঈনশিল্লী; অমুক্তং শায়হনা মম্নীং মনা উইশিন্দুনা য়োৎশিল্লী।

স্কুল ছুটি থারক্নে। অমুক কমথৈ; ইবা হৌরকই। হুমিং তারকপগী অহৎবাইদা হৌগংলকই। মফি মরোন লোংহুনা কৈথেল থোকখি। পুং নিপানগী অহৎবাইদা রোমেনগা হনমীন্নরকই। লৈরক অচৌবদা ঙাইহাক পল্লী। হুকান অরেং নিপান অতুগী মমুংদা পান চুকান অনী য়াওরি। রোমেন্না কা চাসি হায়রহুনা হুকান অমদা কা তপহল্লী। শ্রীপ্রীতম মহৌশাদগী কা চারক্লবনী। রোমেনগা হনবীন্নরক্লবদি সাদা অমদি চাবা শোয়ত্রে।

অহান্ব উপন্যাস 'বসন্ত কোকিল' চহী মঙাগী মমাংদা কোংখি। কোংদোক্তবা মুংশিরনা খাখল লাইমন ওইরবী তথেম্লেনী। নোংমা মনাওনুপী আশালতাগা কলেজদগী হনমীন্নরকই। বসন্তবু উবমক্লদা থম্মোই কখোকপ্রবীনী। অদুবু বসন্তনা আশালতাবু খোন্নদাখি; মমৈদা মুংশি লৈপুন শেমখি। মুংশি মৈশা লাংহৌরবী তথেম্লেনা মমাও আশালতাগী নীংবা থুংনবা কন্ন হোৎনখি। বসন্ত কোকিল ওইরিবা বসন্তগী শক্তমদি তথেম্লেগী থম্মোই লায়মদা লাংচহুনা লেলহৌই।

অহান্ব ফোংবগা ওইবনে, মশানা স্কুলগী ওজা মচা অমগা ওইজবনে, কপী চনীদি য়োম্ব ংমখি। শ্রীপ্রীতমদি য়াজদবনী অদুবু সাহিত্যগী সংস্থানশিংনা কন্ন হোৎনবীহুনা সরকারদা কপী চনী য়াথ্থে অমস্থ য়োনখি। অফোংমন্দি হজ্জিনখি। কপী চামঙাদি লুবাক মনুংদা পুন্দুনা থম্মি। য়োম্বীয়ু হায়রহুনা পীপ্রবা কপী খর খরদি লাইব্রিক য়োনফমশিংদা লৈনরি।

অনীশুবা উপন্যাস 'যিদম অমা' ফোংখিবা চহী অঙ্গয়োম শুরক্নে। ইষ্টর্ন সেক্টরগী ভারতকী জবান— বীরমনিগী বারীনি। থা অমা ছুটি ফংহুনা থোরকখি। হায়ন-শীংনহুনা লৈরবা জামিনীগা লুহোংগদোবা হুমিং হুম্মিথক্ত ঙায়রক্নে। অকম্ব টেলিগ্রাম ফংহুনা

লুহোংবা য়েথোকখি। বিদাই পীরমন্নুনা চঙখি; অমুকহন্না থোরক-খিগ্রে। বাঙলা দেশ পোক্লমদাইদা শোক্লখিবা লান্নী। অভকপা থোমা ইৎলন্নী; শহীদ মিংথোন পীদুনা ইকাইখুন্নখি।

কপী ৫০০ মক ফোঙখি। সরকারগী মতেং নীরুসি; মেম্বরশিংনা কর ছায়জবনী। শ্রীপ্রীতম হন্দক্তি শিখাঙ খাঙলে। নৈহী চুপকম্ব খিবা হন্নিংথোইগী মথৌ নত্রা? সাহিত্যগী অকবা পোথোক অমবু লোৎতুনা থম্ব য়াগত্রা? শ্রীপ্রীতমগী বাহংনী। কপী খরদি য়োনখি। য়াওজরুবা সাহিত্যগী সংস্থানশিংনা পীবিরকপা পৈশাগী তেংবাং হল্লিব ঙমখিদে। কপী চামরিদগী তাঙনা লুবাক মন্নুংদা লৈরি। লাইব্রিক য়োনকমশিংদা কপী অমা অনী লৈনরি।

অহুমশুবা উপন্যাস 'অসিগী ওইরেকো' ফোঙখিবা চহী অমগা থা অনীরোম ওইরম্নিনি। মচীন কব্বী অমদি মবুক কত্তবী হেমাবতিনী। পঙতক শুতক তৌবা অহুগা পৈশাদি থোকপা পাকচাউদা য়ুম পাল্লকখি। চহী খর লৈরগা মনেম-মকু, মনাও মুপা অমা, মচন্নুপী অহুম্বু পীজনীংদদুনা পাকচাউবু শুম্ব হৌরকখি। পুম্ন চানীন্ন-রিঙৈদা মরল য়াম্ন থৌদোকখি। য়ুম পৈশা চঙনা, ফজনা শাহুনা হোংদোকখি। কেথোক-মৌথোকপী মচানুপী, মরাদগী হেন্ন পঙবা মচান্নুপা কতন্ন— অনীবু য়োক্লকপদা লোৌরী-য়ুমকম বন্ধান থম্ব তারকখি। চীনগব্বী হেম্নাবতিগী মম্বরাগী থৌরাং অরেম্বদা তাখি। অসিগী ওইরেকো শাগংচরুবা মঙলান ছায়হুনা মথোঙ মখুং ভিংথোক্লুনা তেংথাৎকখি।

কপী ৫০০ খক্তুনী। প্রেসতা লুপা চনী এডভান্স পীখি; নম্ব লোইরকপদা পৈশা শুনা পীজগে হায়জে। পৈশা পীবা ঙমত্রবদা প্রেসনা কপী পুম্নমক কাজিনখি। শ্রীপ্রীতম্ন পুথোকখিবা লুপা চনীহু পায়হনা লংথোরকখি। প্রেস-নম্ন কপী চাম্নদগী হেন্ন য়োম্ব ঙমখিদে। লাইব্রিক য়োনকমদা কপী খর খরদি লৈনরি। অরাংপা

পৈশা শিংদোক্লুব্বদি কপী পুন্নমক পীখোয়কনী। লুবাক মচুংদা পুন্দুনা থম্বস্থু থম্জগে থম্নী; লৈমন্ননা তৌবনী।

'"লাইবক্ত করি ত্যমগবা? ঈশ্বরগী মকমদা খুদিংমক শিল্লজরগে। সুনিতা, নঙগা অমুক উন্নগদবা মাদ্রেবো। থেঙব্রে; মানা ঐবু ঙাইরম্লগদি। নঙনা ঐগী চিঠি পাল্লিঙৈ মতম অহুদা মাগা ঐগদি খুজেং পালোইনহুনা থাম্লবা মকম অমদা চংলিদো। পম্বুংকমদি হায়দোকপা য়াদ্রেকো; নঙ ঐবু ঙাকপীরবোইদ্রা? ঐগী চিঠি অসিনা অরোইবা ওইনা নংবু য়েংজরসনু।"

' চিঠি পাবা লোইরে। অরোইবা পরেং অমা অঙীচু মুক হাথিবনা পাবা য়ানা থোকই। পিয়াংনা চোংহল্লম্বনী। মখূংনা তৈথোকখিবগী মনিংস্থ তারি। সুনিতা মশানা মশাবু থাজবা ঙমদনা শিলিংদা য়েংখংলকই।

' শুমাঙ ক্বাওবা জীপ থৌড়িল্লকই। গেরেজদা থমদ্রিবগী মরম করিগীনো? চিঠি অচু মখূংনা পায়হুন্না হৌগংলকই। সুরেস চেনশিন্নকই। "পাউ তন্নীহুনা লাকপনে। ফংলে হায়বগী মেসেজ লাকএ। অকুপ্প মরোল কোম্ন খঙহন্নরগে" হায়রম্লগা হাথু হাথু থোকখি। সুনিতা মতুংদা ইল্লখি,"অমুক্ত ঙাইবীখোবা ঐবুস্থ পু · ” '

"বাবা, বাবা, কাকা রোমেন লাকএ" মচানুপী অতোপ্পীনা মরক থংলকই। শ্রীপ্রীতম ইব লেপ্পুনা হৌগংলকই. "কবি হাযসিদি মফম, মতম নাইবা য়াপোং নত্তেনে। শুমিদাংপ্লাই কৈথেন থোকপবা কাউবা জাংনিদনা। শুমিংস্থ তারে, মৈস্থ লাক্রে। অমম্বদা উবীরিব্রা কৈনো? মকু ওল্লবা জাংলনে?"

মবানী কৈথেন থোকমীল্লখি। লৈরক অচৌবা য়োবদা পান তুকান্দ ঙাইহাক পল্লী। হুন্দক মরক অসি শ্রীপ্রীতম ক্বা চাবা হৈনখংলক্রে। কৈথেন্দগী রোমেনগা হন্মীল্লমক্তবা শুমিংস্থ য়াওই।

অহুম ওইনমক লৈরক অচৌবগী শ্যান তুকান্দগী কা অমা য়োমহুনা পুশিল্লক্কবা মুম্বিং লৈরক্লে। চাক তোল্লকপদা কা চানীংঙ্গাই লৈত্রবদি তুম্ব হীপ্প য়াদবগুম তৌরক্লে। সাদাদগী মিস্ত্র. মিস্ত্রতগী জারদা য়ৌরক্লে।

'অশীং-অয়াঙ্গানী। থৌরিবা জীপ অনী অহু হেনগৎতুনা উঙ্কুল মপৈ মপৈ পাইখ্রি। লম্মৈ থা-নবা মতম্মী। ওয়দা লেপ্লীবা চীংজাও অহুদা অরেম্ম উ অমা কাওবা লৈতরে। মৈ থারবা মতুংদা শীংবুন শীংবুন শেমহুনা চিংথবা নত্রগা ওহ্‌হল্ল তৌহুনা চীংখোঙদা পৈশিনগনী। ষণগাড়ী নত্রগা হয়াগাড়ীনা অনকপা অমম্বুং অথাপ্প মকনদা পুখিগনী।

'য়েংকী চীংজাউ মৈতাল ওইরে। ইমোম অমম্বুং তুম্মৌনা মরক মরক খন্দুনা হৌবা, উ য়াম্ন হৈবা চীংজাওনী। নোংপোক, নোংচূপ, অরাং— মায়কৈ অহুমদগী থাখিবনি। য়ানথ্রবা শীংয়াম অমু চাকথ্রবা তুংদা রাংথ্রবা চীংদোনগী অকোয়বদা মুশিন মুনা লেপ্লিবা উ ময়াম অহুগী মনা অমম্বুং মশা মচাশিং তুম্ম চাকখ্রে। গাড়ী অনীহু নোংপোক্কী চীংখোঙ তম্ম থৌরকই। গাড়ী তরামুক থাহুনা লৈরম্মী। মিলিটরিগী গাড়ী মরিনী; অতোনা পুলিসকীনী। গাড়ী ময়াম অহুগী মরক্ত থৌজিন্দুনা থাম্মী। সুনিতা কুমথরকই; চীংদোন তম্ম য়েংথংলী। পুলিস তরেৎ নিপাম্ম অঙৌবা ফিনা কুপশিল্লবা হকচাং অমা পুথরক্লি; পীশক পীক্ত উই। অতোপ্প হকচাং অমসু অঙৌবা ফিজোলনা লৈত্তেংবীহুনা পুথরক্লি। মখোয় তরেৎ নিপান শুই; মিলিটরি ঙাক্তনী।

'সুনিতা মমীং চেজেং উইশিল্লী। পিরাংনা থল্লম্লবা মীংস্নানী; লোইনমক হৈথরকই। পাংথোরকপদা লৈহুনা য়েংলকই। ব্রজবীধুগী মখুং অনীহু হেগুকপ পুল্লে। মখোঙ অনী অহুম্ব ঝিঙ্গুর থাংলে। ঙসিদি

ইতোপ তোঙ্গ শকক্কয়ী; নোং হেক ভাম্বদা উবা বংবা, নাত্তোন অমসুং লাইবক্কী চন্দোন কদাইদা চংগ্রবা? মমীং লাওনা পাক্ত-থোক্লুনা য়েংলি। করিগুম্ব অমত্তসু উরোইদবা মীংয়েং অতুনী। মাগী তুংদা মিলিটমিগী সিংওঃ অনী অমসুং পুলিসকী এসঃ পিঃ অনীনা য়েং-ওয় থোগন তৌতুনা ভিঃ আইঃ জিঃ অমা লেপ্লি।

'সুনিতা চেনশিনথি। ব্রজবিধুগী নমগন্দ খুঠুম্ব হুন্ন হুন্ন শুরহুনা চেক্তেং কোনশিল্লুই। হিক্ল হিক্ল কপ্লনা হায়রকই, "পাবুং কবি মতৌ কৌবগে? পাবুং থগোই কনমগ্নী।"

'ব্রজবিধু ওনশিল্লকই। মথুং অনীনা সুনিতাগী ওয়গী খুবাক্ল চেক্তেং পায়শিন্দুনা থম্মোই শোক্ল তেংথারকই, "পাবুং লানথ্রে। পাবুং লানথ্রে, সুনিতা। ঐনা পোকচবা ইচা ইখুংমক্ল হাংলে। ঐ পাপীনি। সুনিতা, ঐ পাপীনি।" মরু ফুক্লবা উপালগুম্ব সুনিতাদা ভাথরকই।

'খোংনা লাউনা শীংপা নুংশিংনা তাইবংগী কুম্মৈবু করেম্মরি। উনা-চানা, উফুল-রাইফুল পুবক্লুনা জগোই শাররি। চীংদোনগী মৈথু মায়কৈ থংদনা পাইহনথ্রি। নোংদোন লৈচিন মপাক মপাক্ল, মানা মানা পামজবা শাথেক্ল, লৈনীংবা মায়কৈদা লৈহুনা জগোই থুংথেক হাপকংলি। কোরৌহম্বনা শাউরি: মীংয়েং পোইরৈ থংলিবা করিগীনো? তাঞ্জা ফংডে। খোঙচং ভাইহাক লেপই; জগোই শাবী মরক্লগী তাইবংগী কুম্মৈদু য়েংলকই।'

মরিগুবা উপন্যাস ইবা লোইরে। শ্রীপ্রীতমদা ফাওরিবা হুভাইজবা অতু অইবা মীতনা খঙগনী। ফোংবদি ফোংনীংই অতুবু পৈশাদ্রি?

আগষ্টকী তারিখ মরি, তলব হুমিংনী। মশাগী খরচ ওইগদবা খরতমক লৌহোতুনা ইবেমহলদা পীশিল্লী। শোংচিল্লুবা অতুগা

চঙগদবা পৈশা পারকই। অঙাংশিংনা প্রাইভেট তয়ুবগী পৈশা থাইদোকই। তুকাল্লগী শোৎচিন্নুবা পৈশা, থা অমগী রানগদবা কৌ মণ মরিগী পৈশা থাইদোকল্লগা লুপা চামা কুম্মাথোই লেম্মী। ইমুংগী থা অমগী খরচনী লুপা ১২১! ইবেমহল পৈশা শিংদোকপা চংগ্রে। শ্রীপ্রীতম রাখলগী ঈপা ক্ত লুপহৌই। উপন্যাসকী মিং থোঙ্গি; মতুংগীদি অরায়বনী। অতোপ্প প্রেম অমদা চংতুনা হায়ঙরুসিরা? কায়বার তৌবনীনা য়ারক্লোই। মরূপ মপাংশিংগী মরক্ত সাহিত্যবু য়োকখৎনীংবা, সাহিত্য মশক খংবা অমা অনীদং য়াওরবদিকো। মওল মওল খল্লুরগা শ্রীপ্রীতমদো কপ্পীংলকই।

মুমিদাংরাই কৈথেন থোকখি। তলব মুমিংকা হৌনবী খোঙ কারন হাইদুনা চংলকই। য়েঙ্গাংসু মচু খজিক পাল্লী। চারু নম্বরকই, নিশানা মতেং পাংলকই। ফমুংদা লোংনা হীপথখি; মুমিং থোরকপদা মীকপ থোরকই। ফুরিং খোঙগ্রাউ লৌথোকই। খোঙগ্রাউদা য়াওরম্ব কাহ্ টেবলদা থম্মী। মুমিদাং চাক তোক্লকপদা কাঙবদগী চাখিগ্রবনী। হকচাং শেংদোক খোংতোকপা তৌকরে। ইনিংঙাইদি লৈতরে অতুবু অরান অহুই য়াওরিব্রা য়েংনীই। চৌকিদা ফমথে। পন্দুপ ১৮ থোক্ত খায়দোকপা উপন্যাসনী। পন্দুপ তরূক তরূক মপৈ অমমম শাহুনা অহুমথোক্ত থম্মি। ঙাইহাক য়েংই; উপন্যাসকী মপুং ওইবা প্লোট নীংশিংলকই··· ·

গোড়িয়া কনগ্রবা ব্রজবিধুনা উখুলদা পোস্টিং তারিংদো সিঃ জেমস কৌবা বেঙ্ককী ওফিসার অমগা লুনা চান্ন তিন্নরকই। চহী তরাগী মতুংদা ডিঃ এসঃ পিঃ প্রমোসন ফংদুনা সেন্ট্রেল ডিস্ট্রিক্ত হোংলকই। জেমসকী মচান্নুপা সিঃ জোন্সন মাগী য়ুমদা থম্মী; তোপ্প থম্বনী। মচান্নুপী বীরোহিনীগা জোন্সনগা অপ্নোম্ব মরী থন্নরকই। বীরোহিনীনা পিঃ ইউঃ লোইরকপা মতমদা খঙনরক্তনা তান্নোকখি। বিঃ এঃ লোইরবা জোন্সন নন-কমিসণ্ড ওফিসার

ওইনা মিলিটরিদা ভরটি তৌখি। চহী মরিগী মতুংদা সেকেণ্ড লেফটেনেন্ট ওইরকখি। ময়াম পুম্নমক, বীরোহিনীগা অমত্তা ওইনা তিন্নরিবা সুনিতা ফাওবনা মবানীগী মরী তংনদ্রে খল্লখি।

জোন্সন মরক অমা ইম্ফালদা ঊ-নখি। এমঃ এঃ লোইরবা বীরোহিনী নোংমা সুমিৎ অমা থিবা ফংখিদে। সুমিৎ অস্তমক্তা কলিকতাদা পাইখিবা পেসেঞ্জরশিংগী লিষ্টতা সিঃ জোন্সন অমসুং বীরোহিনীগী মিং থেংনখি। প্লেন পাইক্রিইংদা সুনিতাদা থুংলুগদবা চিঠি থাদরম্মী।

সুনিতা লুহোংলকপা কুইদ্রি। মপুম্নোইবা সুরেস, সিং আইঃ ডিঃ ইন্সপেক্টরনী। মখংগী সুমিৎতা চিঠি থুংলখি। সুমিৎ কয়ামরুম চঙনা ইরম্নবা চিঠিনি। সুমিৎ তারবপদা জোন্সন-বীরোহিনী মনিপুরদা লৈরি হায়বগী রিপোর্ট ফংখি। মপোয়গী থৌরাং মহৈ য়াম্লে খল্লবা শাবী-শানৌ অনীনা জীপ অমা নেক্রুইঃ ডিমাপুর ফাওবা থিলহল্লবা থৌদোরকই। অধাবদি পুলিসকা লাঙ্গোই চনগ-দৌরে। চেনফম খঙদ্রহুনা নোংমাইজিং চীংগী চীংশা অমদা থৌজিল্লকখি মবানী চীংখোঙ অমদা থম্লমহুনা জীপ্তু থৌখি। মাযকৈ মপিদগী কোযশিন্দুনা জীপ অদু ফাখি। পুলিসকী মাঙং মীনৈ থাংবা ভমলক্রবদা ড্রাইভর অদুনা মবানীনা লৈহৌবা মক্তম তাকচরগে হায়রকখি। ডিঃ এসঃ পিঃ ব্রজবিধুগী হুকুমগী মতুংইল্লা চীংজাও অদু মায়কৈ অহুমদগী মৈ থাহনখি।

শ্রীপ্রীতমনা থল্লী; উপন্যাস অসিগীসু তোপ তোপ্প মশুগ লৈজে। সাহিত্যকার অমা ওইনা মমূৎ তানা খন্তহুনা ইবা উপন্যাসনী হায়বসি মপুংওইবা প্লোট অমসুং সব প্লোটনা শাক্কিনী। ঈৰু ঈনৈ তিন্নহুনা চেল্লক্লবা তুরেলগী ঈচেলগুম সব প্লোট অমসু মপুং ওইবা প্লোট হৈ-শিংনা তিন্নহল্লী। মরু ওইবা পাত্রশিংগী চরিত্র য়েকপদা থৌইদোক হেন্দোক্ল বীরোহিনীগী চরিত্র য়েকপদা শ্রীপ্রীতম্ন মীওইবগী

হুংগী ওইবা পুশিবু মচুং হুংচিন্না উবা ঙম্মী হায়রবসি উংগী। লম্মিং-তুমিং অমসুং পুক্নীং হুরবা দুঃখ য়েকপদা কাচিন কোয়া য়োই ; অপাবশিংগী মমীংতা অশেং অশেংনা উবা ঙমহন্নী।

উপন্যাস অসিগী থোইদোকপা মগুন্দি ইরিবা খুৎই অসিনী ; শ্রীপ্রীতম মথন্ত হায়জে। নায়িকা ওইরিবী বীরোহিনীনা 'ঐ' হায়হনা লীবা ৱারীনা উপন্যাস অসিগী য়াংলেন শরূনী। চিঠি পারিবী সুনিতাদা চিথহৌবা থৌদোক ৱাথোক নীংশিংহন্দুনা ৱারী মপূম শাগংলকই। বারোহিনীগী মীংয়েংদগী পীবা মত, সুনিতাগী মত অমুগা অইবগী মত তোঙান তোঙানহল্লী। করিগুম্ব মতাংদনা অহাবগী মত তোঙাম্ন থম্মী ; অনীগুবা অমসুং অরোইবগী মত অমত্ত ওইহবগী তাংলবা খুৎই অমা ইরকই। দরকার ওইবা ৱাহৈথক্ক চেকশিন্ন থনগৎতুনা ইবা খুৎইনী। হীরম অসোমদা য়েংলুরবদি অইবগী খুৎই খুৎমাবা অমগী নত্রে, মপূং মরৈ ফারে হায়বা য়াই। মরিগুবা উপন্যাস অসিনা মশাবু সাহিত্যকার অমা ওইনা মশক তাক্লবনী ; শ্রীপ্রীতম খঞ্জে।

টেবলদা থম্মিবা ময়ায়থংবা মপৈ অত্তুদগী মাপলগুবা পন্দুপ অত্থু লৌথোক্লুনা চেনা হায়দোরকই। ক্কা ননশিনগ্রে ; লৌথোক্লুনা নাকল থম্মী। শ্বাই লাউই। মুম্ন খংগ্রবা খুৎয়েক অমনা য়োম্ব ক্কানী। ক্কাহু তপ লৌথোকই। চুয়ে ; 'বসন্ত কোকিল' গী কভরনী। মনা পুংলবা উশা অমদা কোকিল অমা তোংলি। ক্লুক হৌগৎলকই। কাম্বদা থম্মিবা লুবাক্কু চিংথোরকই ; ইয়াং য়াংলম্নে। কপী য়াথৈ য়াথৈদমক ঙায়রম্নে।

মথূং অনীতুনা মকোক পায়শিন্দুনা চৌকিদা ফমথরকই। মাপলগুবা পন্দুপকী হাংদোক্লবা চেনা অত্থুদা ইরিবহু মুংশি মুংশি উরকই, 'নীংজবা থুংবদা কয়াদা হুংগাইগ্রবা ! মানা ইনাক্ক লৈবীরয়ে ; ঐগী সংসার কয়াদা ফজরবা ! মসিগীদমক তাইবঙ শেম্বীবা ঈশ্বর মহাকপু হম্ন হম্ন থাগৎচরি · · ·।'

মচানুপী অতোম্বীগী মখোল তারকই। দুকান্দ পোং লৈবা চংথিবা নত্রা? চৌকিদগী হৌগৎতুনা কৌবকই, "ইবেম্মা, ঙাইথো। করি করি পোংনো লৈরকইদো?'

মচানুপীদু শ্বর থবেং থবেং হোন্দুনা চঙলকই। "অহুবুবো বাবা, থুম পেকেট অমনে, মৈথেং উপু অহুম্নে অতুদৈ ঙাবীনে। বেরিস্থ যাওবি, থক্কেরা?"

"হোয়, থক্কে পুরকউ।"

ঙারী যোম্লিবা চেহু লৌথোকপদা ঙারী অহু তাখি। মচানুপীনা ঙারী তাপ্রে হাযদুনা লোওখি। শ্রীপ্রীতম হৌজিক্ত পারম্ব চেনা অহুদগী ত থায অমা জ্ঞান তাদনা শেংলকই। মচাদা পীদুনা ঙাবীহ হাপহন্নী। ঙাবী যোম্লকপা চে অহু 'ফিদম অমা' গী চেনা ওমনী।

"ঙারী যোম্লববা' পূমক ফনেনে।" আশা লৈত্রবা মী অমগী খোঙ্গেলদা হাযবকই।

"অহুবুনে বাবা, দুকান তম্ফা–নেনে ঐখোয়গী অহুগুম্ব লাইবিক্রো কিলো মঙাগা লৈগে হাযরকএ। ঙারী যোম্লবা চপ চপ চায় হাযয়ে।"

"হোয, হোয়," শ্রীপ্রীতম কপ্পীংবনা খোন নাক্লকই, "নমাদা হাযকুচো। লুবাক্ত লৈরিবসে কিলোদা ওঅপ। লোইনা য়োন-থোকখ্রো হাযরু। ঐনা যোম্বদদি শীংত্রে।"

মচানুপীদু হবাউনা চেনশিনখি। শ্রীপ্রীতম চৌকিদা ফমথৈ। থোঙনাউদগী উথ্রিবা অতিয়াদা য়েংখংখি। অতিয়াদগীসু হেন্ন থাপথ্রবা মফমদা য়েংবা মাস্রী।

---

# টীকা— প্রসঙ্গ প্রলঙ্গ প্রঙ্গ

শঙ্গাবা হুমিংকী হুমিদাংনী। যাত্রা মথোংগী দান লুপা লিশীং মরিফুমাথোই চামরি হুম্ফ্‌। খুদোনপোংনা নিফুনিপান। তুমথখিবতা ঙায়রিবা মালিকাগী মায়থোংদা চোকথখিবগী মমি তাব্রা? ডিম লাইটকী মঙালনা শংবান্নবা নাইলোনগী কাংখল যাংজিন্দুনা মালিকাগী মায়থোং। পান্থোম অমদি খোংদা ঙাল্লরি। চহী ১৬ তা ঙায়ব্রিৈঙদা পোম্ন লৈশাং তয়ক্লবীনি। চহী ১৮ যুম পানমীম্নরক্লে। ঙসিগী হুমিদাং অসিদদি লৈশাং মকা তম্নহুনা মপুং মরৈ ফারম্নে। লফু লৈয়োনগী নাইট গাউনগী মরুমদা মুরৈননা উরিবা খোমজিন অনীতু অঙাং মঙানা থাবুম থম্ন থকপ্রবনী কনানা থাজগদগে? টিবিএস টোকিওগী প্রোগ্রাম এনাউন্সর মায়নাম্বা অংস্ত রেঙ্গুন টিঃ ভিঃ সিরিয়লগী শুমহৎয়াই পুবী নায়িকা অঙ্গুস্ত ঙসি হুমিদাংবাই মালিকাবু উবদা মায়থোং মকশিনখি।

মমাঙ শঙ্গোয়গী মথকথংবা মথোলদা লৈবা গোখাযন্ম কাদগী লাংলকপতু তায়। ডাক্তর মনিবাবু, ওঝা শান্তিকুমার ঠিকাদার রনজিৎ, আসাম ওইলগী এজেন্ট রঞ্জন অহুগা বেঙ্ক মেনেজর দুলাড়ীগী

দুরি পোইন্টনী। ভাবোক ই: এ: গা, এল: ডি: ও: পনী। শক্লাই নোকফেং তৌরকই। শান্তিকুমারদা লিশীং অনী পীখি। ট্যুসন তশীবদা মমিং লৈরবনী। মমাংঙৈগী হকচাংগুম নত্রে; মমীৎতা ওায়রে। মচলশুবা চাঙ্গাক চাবা ফংজদ্রে মচা মরিগী হোৎনখিবদা। ঘর নমথীবনা মনাক নক্কবা য়াদ্রে। মশুরাগী মচানী যুমলোন্নবা সনাতোম্ব। ট্রেজরীগী বিল ক্লার্ক ওইবি; চহী ৫ কাগ্রি। টাটা গ্যাড়ী অমা লৈরে; লাখ অনী চঙবা যুম অমা শাত্রে। পুন্সি হায়বসি ঠিকানিকো। মালিকাদা য়েংই; পাম্বোমযাবীদা পায়রুই। পাম্বোমদা তপ্প নুংশিনা নাধী। তুম্মীন্নবা য়ারবনি অহুবু ফম্নি। পোর্ট ব্লেয়ার খুঙিক হেনংজিনখ্রে।

মথোন অনীদনী। মচা ফাওবগী থানি। লাখ তরাগা লিশীং মরিফু চঙখি। ফাউণ্ডেসন্দ মাইক্রো বেন্ডর্গা পেরাবোলিক পেলেট হাপখিবা অতুগা ওটো ডিস্ক এনটেনা খিনগৎপদা লুপা লাখ অমা খর হেন্ন চংখি। "শিংবম থোক্রবনিনা শিংবা তারেদনা." শান্তিকুমারগী খোঞ্জেল্লী; মপান থোক্লকপদা হায়রিবনা; 'ঙসিগী অনীরক শুবেকো ঐনা বোর্ড শিংজিসে।" জুথারদা লৌযুপ লৌকোই হৈজদবা শান্তিকুমারনী।

ফাইবেন পঞ্চনী নুমিৎ, ঙসিগী নু মিং অসিম রুনী মালিকার পুন্থনা লাকখিবা। হাংকে-তুপকে হায়তুনা খুংলাই পায়তুনা তান্নরকখি। লুহোংলবসু নুপা ময়ুমদা হোওবীমু হায়তুনা খাংএক্কগী থাইদোকবা চুমখিদে। "পরিক্ষা থারখো লাও," "তম্নবোই হায়বা। শিরবা যাওবা চঙলরোই." "ঙসিদসী নমা-নপা লৈদ্রে খল্লো," "নহ ঐগী ইচা নত্রে"— শাপফাওবা তৌরম্মী। শক্লাই নোক্লীংলকই। মনেম ইবেয়াইমদো মশুঙ্গুনী শুনোলত্তাগা মথক্তা মথোন্দা তুম্নি। নবাই আহুন জয়চন্দ্রদ্বি য়ুম শঙ্গাবা য়াওরবা ওমদ্রে। ডি: আই: সি: গী ডিরেক্টরনী; কলিকতাদা মিটিং যাওবা চৎখি।

বিঃ এঃ দি লোইরে অহুবু মখা তমথবদি ঙমত্রে। অফং অফংবা শূহুনা নোংমগী চরা তাল্লকই। মবাই অহম্ম মায় ওনশিন-বীরক্লদিকো। খুরুমহুনা হায়জরুসিরা খনখিবা মীকুপ য়াওগ্রে। অরা-অনংগী মীদা কনানা মতেং পীনিংগদগে? পাঙ্গন হন্দ্রি; অঙাংদি মথং লাক্লে। খুংশূমন চাউখংলকই, অরাংপনা হেঞ্জিল্লকই। করি উপাই তৌহুনা হিংগদগে?

মরূপ শান্তিকুমারদি থবক ফংলে, কলেজগী ওঝা ওইররে। শঙ্গাইগীদি? বিঃ এঃ না চক্লদগী হেন্ন হোংলে। মমল লৈহনগে হায়রবদি লৈজরিবা খুন্ফম য়োম্ব তাই। পাট্রাদা পোইন্ট অমা নিপান! খুন্ফমগী মফুংইন্ন অরাংগী সড়ক তাইনরিবা লমলেম চাঙই। মমল কানা য়োম্ব য়াগনী। থবকসু ফংহৌদবা, পৈশাসু মাঙবা য়াম্ম য়াওনরেকো। নুপী, অঙাং অনী, মমা অমদি মশাগী লৈফম সুক্রেংদা ওইহম্ব য়াগদ্রা? আলাদ্দিনগী থাউমৈ পায়দে। করম তৌরগা মীমাম্লবা ঙমগনী? থবক ফংবগী হরাউবা য়াওরুই শান্তি-কুমারগীদা। থেংনবকই পুন্সিগী অহাম্ব নুংশিনিতফম — পোর্ট ব্লাইন। মাঙদা আলিবাবা লেপ্লরে, "সিসামী, থোঙ হাংদোকউ।"

ডাক্তর মনিবাবুগা হনমীন্নরকই। গোগো মিজলসনা কল্ল নারি। ডাক্তরসু হিদাক ককা ইরমদে। অয়ূক্ত লাক্লে হায়বম্মী। মচীন-মনাওঙ্গম লুনা তিন্নরকই। শঙ্গাইগী ফিবম খঙই। ঙসিগী হোটেল অহুগা ফোরেন লিকরগগী বিলডিং ফুট ১৫ পাকই, ৩২ শাংই। মফম অসিদা মপানা থম্বীরম্ব থাংপোক্কী যুমদগী তোপথহুনা, মশাগী হুমাংমম্ম শাজবা রানা মখোঙ ওইবা, চক্লনা কুপ্প শঙতোপ অমা লৈরম্মী। ঙসি ওইহল্লরিবা ফিবম অসি ডাক্তরনা পুথোকপীবা লুপা চনী অহুগা শঙতোপ অহুগগী মপান্দগীনী।

লিটর তরা তরা চম্ব বুগী পীপা অনী লেঙবান য়েং-ওয়দা য়াম্দুনা অঙম চীংদোন তল্লকপা মীংতা শং-শং উরকই। ১৯৭৯ গী

চহী হৌবা মুমিংনী। চীংয়াওগী লম্বীদা লাকুনা অয়ান চীংদগী কুমথরকই। অকংবা মগ–শা, অতেকপা ওক–শা কোক্ত থোংহুনা তুংইল্লকই মালিকা। শেন্দোং লুপা নিকুমরি মথায়। শান্তিকুমারগী নোংমগী তলবতগী লুপা তরামাথোই মথায় হেনখি।

গেরেজদগী গাড়ী থোদোকখ্রে। গাড়ী অমীমক গুৱাহাটি চংলি, লল্লোম্বগী থবক্কী। পৃং অমা তাদৌরে। ঙায় ঈংলক্লবা মতম্নী। চাকরি তৌবা মীনা নীংতম্ন ফংবরা? ইশি শিনা তুম্লিবা মালিকাগী তাংথক নাইবা হুকচাংদা তপ্ন খাপ্লী। কা খুদিংমক এয়ার কণ্ডিসন্নিকো। খোঙ খূৎ তপ্ন তিংথোক্লুনা মালিকাগী নাকন্দ লোংনা হীপথৈ।

মচানুপী রুহিনী ১৯৮০গী মার্চ ১৮দা পোকই। চহীগী ওইনা লৈবা চীংয়াগী ইংথোন্দ য়ু শুংহন্দুনা ওক, য়েন য়োকপা থোই। পোংশীং হেনগংলকই; হোটেল চাইথোকহন্ব তারকখি। স্কুটর মখোল্লী। লাউনা, হৌনা হাঙনবা তারকই। এস: ডি: ও: গা ই: ও: গনী। মখোঙ ফংদনা ভাবোক ওইবা পংকুই কুইবা য়াবা নত্তে। মুখী মঙা অতুদি য়ুংঙবনিনা ফুকপা য়াররিরোই। শেঙ্গা থুমজা — শঙ্গাই থোন থোক্লপ নোক্লকই। শৃগগী লুপা লিশীং য়াথৈগী স্কেণ্ডলদা এস: ডি: ও: সসপেণ্ড চংলুরে। কংলবদা পেল্লক্লে্বা, পেন্নাইদবগী দণ্ডিনী। লৌশিম্বগী হৈনবীনা, খূৎ হাইহুনা চংপা হৈরক্লে্ ই: ও: সিস্তু; পোকেস্তগী খূৎ শংকনি খঙস্রে। মথায়–শিকি ফংকম য়েংবদা মমীং শেপ্তক তৌরক্লে। শেল তান্বগী লম্বীসে খেন্নৈদকো। পৈশা ফংগদবা লৈরবদি মীদা নত্তে, হুই ফাওবা কবোক শীজহুনা ত্রাইব তৌনরবা য়ুগনী।

অক্লমগুবা মচানুপা, বিজু ইঙেনস্বী ১৩নি পাব ঈরাই মুমিত্ত পোকই। ১৯৮৩নী। পুলিসদা কাউবা শুন্নরোইদবা থৌদোক থর থোকখিবা চহীনি। চহী ১১ চুপ্ন হুম য়েংবীদনা লৈবন্দগী মনেম

ইমেয়াইমা চঙলক্লে। মচা-মশুগী কিশু ফিজ্রাব ৱাওররে। লন-থুমগী মপু ওইরক্রবদি মীচং শঙ্গন য়ামথৎলকপোই। মনেমপগী মকু, মকুদগী মবাই মশেন, মচে মচন মথ, মথ, চঙলক্লে। মমা তম্ফা-নদি মনেম মকুবু ঙাকপীরব্রা? অনম্ভ পোকচবা মচানা; লৈত্রবন্থ লৈতনা লুহোংজগে, কন্যাদান থক্ত পীনবীরু কন্যারক হন্ন থুরুমখি। ময়াম্ন চংলকপদা তথান তথান তৌই। শঙ্গাইদা তম্ভনা পাউমেল্লী, "মীপোন্দ থক কায়র-গন্নু; কলিদ। অবাম্ব তৌথদি ঙক্ক-থুদৈ ক্নদবনী। ‥মীনা থীনা তৌরকপদা থক শাউরুন্নু, উ-ৱাগী মথা থাবদি পংপনী, মীথা থাবদি পংতবনী।"

চহী৷চুগী আগষ্ট ৩১ কৃষ্ণজন্ম সুমিং। হোটেলগী শেন্দো, লুপা লিশীং অমা চামা কুম্নিপান। ফৌবেন লৌফমদা লৌ পরা মরি; অবান চৌংজিন্দ একর তানীগা শুন্য মঙাগী ইংখোল অমা, ওক মপী চামা মবিফুমঙা লাবা হুমত্রামঙা, ওকমচা লিশীং অমগা চানিপান; ব্রোকী য়েন্থী, য়েন্নাউ পুন্ন লিশীং মরি চাতন্নক মৌত্রা-মাখোই; রৌ, কতলা, কমন কার্প, সিলভর কার্পনচিংবা লিশীং নিপানগী মপু ওইরে। শঙ্গাইগী নীংশিংবগী শক্তি কম্পুটরনা ইকাইনিঙাইনী। পুজারী অনী, হোটেল বোয় অহুমগী মথক্ত মীওই ৮ থাগী তলব পীৱুনা থন্নে।

চহীচুগী নভেম্বর ৬ নিঙোল চাক্কৌবা সুমিংনী। মালিকাগী পুন্সিদা অহানবনি; শঙ্গাইন্থ য়াওনা কৌবনী। মালিকানা থোনখিবা ষিগে ফনেক; কোক্ত, নাদা, পাম্বোমদা অক্ষুগা থৃংতা শিথিবা সনা ময়াম অহু উবদা নিঙোল ওইবী পূম্নমক নুংগী মূর্তি ওন্নখি। মালেম অসি লক্ষ্মীগী মপাম লমদম ওইরবোই থন্নখি।

থুমীংনা মোন্দ শৌই; থূরাক্ত চুবা মোনখাঙনহনা মালিকাদা ওনশিল্লী। ময়ামগী সেবা শোয়দনবা হোংনবদা য়াম্নমক ৱাগ্রমান্নে তুমখুন তান্দুনা তুম্লি। হুনোলতাগা ওস্থোক্ক মান্নে। নীংশিংলকই

সুনো পোকখিবা নুমিৎ। ১৯৮৭ কী নভেম্বর ২৩, পোইহৌবী নিনী পাম্ব নিংথৌকাবা। টাটা মাংগী ফনীগী গেরেজ শঙ্গোয়গী অরাংথঙবা ফক্লাংগা নম্মহুনা শারে। গেরেজগী অপাকপা মুট ১৬ অতুগা শঙ্গোয়গীনা ২২ নী। সভক্ত তাইনরিবা অমা,-নোংপোক্‌কী লম পুম্বদা শাবা গেরেজনী। মুম অতুগা গেরেজগী গেট পুম্নী। নোংপোক্‌নী।

২গী পুডা চাউনা তৌখি। থরুহিবা পোর্ট হাইনগী মাস মতীং হুসিদগী হেনখিরা? তুলার্ডনা তৌখিবা ফাগী নীংশিংলকই, "শঙ্গাই সাহেব, অহুমঙাক থরুবদি মথাগী অহাং পোকপা হুমরোই।" শঙ্গাইনা নোক্নুনা পাউখুম পীখি, "যেমিলি প্রানিং হায়বসি ইনকম য়েংহনা তৌদৌনী। অহুম ওইনমক ঐগীদি অডাং মডা অসিনা পেম্রে।" তুলার্ডীগী পোকেট খুদিংমক সাধারন মীয়ামগী পোকেতগী কুটথায অমা লুশিন্নী। লৌমীদা শঙ্গ, পীবগী, কারবারবালাদা পৈশা থাদবগী, থবক ফংদবা মীদা লোন পীবগী অগাশেন হাপফম্মী। শঙ্গাই থংনোক নোক্রুকই। অচাশেনগী মনিন ফুদোবকপদা তুলার্ডীগী লরাইহু শম্মা অমথাওবা হৌদ্রে। নুংশা কম্ব ঙমিত্তদি য়েংউ-লাকউববা হুমপোং নত্রে।

জযন্ত অহুগা গোগো অর্নামক মিল্লিপা ভম্লি। কহিনীদি ইম্ফালদা নির্মলাবাস স্কুলদা তম্মী। মথংগী চহীদদি বিজুহু মবাইগী অঙাংশিংগা লৈমীম্নহনগে থল্লী। মবাই জয়চন্দ্রগী অডা, অহুমক দার্জিলিংদা তম্লি। অহুনী মানা শঙ্গাইদগী পৈশা হেক হেক পুরিবসি। শিংদনডাক তোবখি। লোনপীবদা হাবা ডাবী তৌমল্লী হায়হুনা ট্রান্সফর থাদদা ডিস্ট্রিক্ট পুম্নমক খুংলুরে। চহী অনী ফানা থক লৈতে, হেক্ত তাল্লকই। শঙ্গাই নোক্লীংলকপা কম্ম থাওই। মবাইগী ওয়থংবা নাহু পুমপঙ পংলবনী। লুপা লিশীং মঙা লৌরুরগা লোনহু পীদবা, পৈশাহু শিংদবগী নি। স্কুটরহু মুলহোবে হায়হুনা মিনি বস তোংহুনা হল্লকখি। শঙ্গাইনা স্কুটর হন্দোকপীকই।

থোঙ হীন্দুনা হৌদোরকই। তুম্ফম কাদগী থোরক্লুনা গ্রোঙিং কম লাপ্থোরকই। থোঙনাও হাংদোক্লুনা য়েংই। লৈকাইগী পাখং ঙাক্লুনী; ডাক্তর থিবা লাকপনী। পূং অহুম তাদোরে। মপান থোকউবদা ঈংবনা ত্রং ত্রং চিংশিল্লী। হক্তিল্লক্লুনা ফি শেংচিল্লী: শামতুগী ফি ইনশিল্লী। শঙ্গোয়দগী ডাক্তরগা লোয়নহুনা কূমথরকই। ভিডিও য়েংফমদা থংনা-চৈনবা থোকপদগী কোক্ত থীনা শোকপনী। ডাক্তরগী য়ুমদা লৈহৌই হায়দুনা তম্মী। চংনীংদনা চংমীঙ্গখি ডাক্তরহু। অনাবা লায়েংবা তম্মুবনিনা অহিং শুংখিল থায়বা য়াগ্রেদো। অহুনবু সরকারনা পীবা নন-প্রেক্তিসিং এলাওয়েন্সকী মথক্ত মশানা লেপচবা প্রেক্তিসিং এলাওয়েন্স লৈরিবনী।

কৌথংলকই। মখোঙ য়াংপা য়াদে; নোং ঊান্দৌবগু য়াক্তরে। ডাক্তরগী ফম্ফমদা ফয়ুই মখা ওন্দুনা। ওয়দা শান্তিকুমার, মথংদা রনজিৎ; মেংতা রতন, মথংদা তুলাড়ী। শঙ্গাইদি কয়া কূপ্প হৈত্তে; শাম্নদবা য়াত্রবা মতমদতা য়াওবনী। মুমিং খুদিংগী লোয়নবা মরুপ ঙাক্লনী। ছুটি মুমিং অতুগা নোংমাইজিং খুদিংগী ফমদবা য়াদে। চামীন থকমীন্নবা লোইরগা চয়োল অমা চুপ্প তাঙ্করকপা লুপা, অমনা অমদগী মুন্দুনা লৌননবা হোংনরিবনী।

শূকথরিবা শান্তিকুমার য়েংলুবদা শঙ্গাই নোকফেং তৌরকই। চহী ১২ কলেজগী ওঝা ওইরকপদা অমম্ব একাগাড়ী অমদগী হেন্ন মপু ওইবা ঙমদ্রি। হৌখিবা চহীগী ডিসেম্বর থা হৌগংলকপদা পুলিস লোকপ্ত অহিং অনী লেল্লুই। নিনীচম্ব অয়ুক্ত পাউ তারহুনা লোথোকপীরুই। ক্লরেল বেক্কতগী থা ৩ গী পে ওভরন্ত্রো তৌক্লবগনী। নোক্লীংলকপা কম্ম থাঙই। মশম ইকাক্ষারবা মকোক অতু লুপা অহুম পীবা বোল অকাম্বীমুক চাওরম্মী।

"শঙ্গাই সাহেব, চেহু থর নীংথিনা শাম্নবীয়ুদা," রনজিংনা থরায় মুংঙাইতনা হায়রকই। মচু অমত্তগী চে রঞ্জম্ম অনীরক ওক্কম্নমান্নে।

শঙ্গাইনা বোর্ড শিংই। মরিমক শুবা গেমদা ঙসি নুমিদাংগী অহাম ওইনা রঞ্জন মাইনস পুখোরকই। মখোয় অনুমত্ ফম্ফম ওখোক ওনশিন তৌনৈ। পেম্বদি ওম্হোক্ক পেম্লুবনী অদুবু শঙ্গাইদা খোন থোক্ক চৈবদি ঙমদে।

রঞ্জন্দ য়েংলুবদা পুল্লী ভিংবমথৈ নোক্লীংই অদুবু খাঙই। মুনা লংবা কুচুনী। মচীখান লোখত্না হরাউরি। নম হুল্লী; য়াঙ তেক্লপ তৌই। য়াঙ তেম্বী মুপীনা অঙাং ফাইবোক মীরোম্বগী থা নিপান শুরকপদা কংবা পুক্লগী রঞ্জনগীত্না খজিক হেনগনী। থুংশেমগী থাউ তাঙহম্বদা লিটর মঙাদি থকচিন্দুনা লোংপা য়াগনী। শঙ্গাইগী লুনা অনী, জেনেরেটর অমা, মারুতি কার অদুগা জিপ্সি, টাটা গাড়ী অদুম চহী অমদা শিজিন্নগদবা থাউগী মমল হান্ন লৌগনী। থাউ ফংনা ফংনা ফংহন্দবা, থাউ হানখিদবা মুমিংকী মশীং অমদি তারক্লিবা হিসাব পা-নত্রিঙৈদা মথং চহীগী পৈশা তান্নক্কনী। মানা হন্দোরক্কদবা পৈশাগী হিসাব খোংনবদা মুমিং হুম্মি ফাওবা ফন তাত্রি হায়রক্কনী। অনৌবা চহীগী পৈশা পা-বদদি নয়া অমা ফাওবা চেন্নদনা মীকুপ্ত পুখোরক্কনী।

শান্তিকুমারগী ফম্ফমদা রনজিৎ ফম্মরে। তুরি পোইন্ট কুপ্প হৈবা ঠিকাদারনী। অঙাং ওইরিঙৈদা অফং অফংবতা চারকই। মপাগী কারবার মায়ওন চুমখিবদগী লাইরবগী লাই চেনখিক্কনী। ঙসিদি লাখ অমা অনী পায়ত্না ঠিকা তৌবা ঙমজরে। মশা পায়; শাথিনা বাংই। ময়াম্ন "ঠিকাদার লেপবাং" কৌনৈ; মানা নোম্বদনা চংবা য়াবা থোঙজাও অমত্ত লৈতে।

বাংবগী মতীক রাঙাংস্থ বাংই। "লুপা লিশীং মরি মঙানা থা অমা কোন্নহল্লিবা ইমুংহুন্নি এমা শ্রাইদগী ঙকইদি। ··· মুমদা কম্মস্থ কো, নোংমঙা লুপা চামঙাদি অদুম লাকইদা। ······ অপঙবা মীনা লাইরজবনে; থা অমদা লুপা লিশীং তরেং-নিপান

তাব য়াব কায়বায় য়ায় লৈজ্রনে?" তৌবগীদি আকাশ থিল তৌয়না ফংই। চরা নাস্মতা চারিংগুদা হৈরকপনিনা থাইদোকপগী অঙ্কদি পুমকাউ কাউগ্রে। হোটেলদা ময়ামগা চামীন থকমীয়গনি; মীনা পৈশা পীথিবা ঙাইগনী। কা য়োনফমদা রাক্রাও শুস্থনা লেপ্পুগনি; চুরুট ফাগী পৈশা মীনা পীথিবা ঙাইগনী। শঙ্গাই থাঙগুমদম্বনা নৌরুকপম্ভ লোক খবরোমদা ওম্পোকই। চুরুট মচৈ অমগা মৈখেৎকা উৎলবদি, অহিং নোংয়ায়দা অহাংবা লমহাগুদা খোঃ হায় ঙাইহৰ য়াগদৌবা ঠিকাদারনী।

পুং ৫ তারক্লে। মীনিন তারক্লে। হন্দক্কী গেম অসিনা অরোইবা ওইরসি হায়রুবদা মায়োক্লনা ফম্বিবা শান্তিকুমারহ মমীং ঙাওশং ঙাঙনা য়েংখৎলকই। রঞ্জন অহুগা ভুলাড়ীস্থ য়ানীংদনা উই। মানা হায়খিবা রানা অরোইবনী শঙ্গাই খঙই। ময়াম মঙোন্দ ইজ্জৎ থমলিবসি লন থুমগী মপান্দগীনি। হন্দক তৌখিবা ইলেক্সন্দ পার্টিগী মীহুৎ ওইনা লেপহন্নবা সার্কল থরদগী অকম মত পীনরকখি। মথংগী ইলেক্সন্দ তৌজগে হায়হ্বনা লুপা লিশীং হুফ্‌ পার্টিদা দান তৌখি। মীতিং কয়াদা শরুক য়াহ্বনা ভাষণ পীখি।

হন্দক্কি মীনা কাখি: পার্টিগী কেন্ডিদেট মায়থীহৌই। ৩১৯ দা হেনখিবনী। মথংঙা মানা লেপ্প তারবদি হন্দক পার্টিনা তৌখিবা থরচতগী শরুক অনী হেনহ্নগনী। নিশা কন্দ অহুগা এক্টি ভ্রুগ কাঙবুনা মাবু তাথীরিবসিদি পৈশানা মেল্লগা নেমজখিগনী।

ভুলাড়ীনা লিশীং অহুম মাঙই; শান্তিকুমারনা অনী, শঙ্গাইনা অমা। রঞ্জন্দি মহুৎ তাই হায়রকই। রনজিৎনা শুরু শুরু তৌহ্ননা ভুলাড়ীদা অহুম পী। মঙা শুহ্ন; মরিসিনা য়াহল্লো হায়নরহ্বনা অনীহু ঈমহ্বনা কুমথরকই। রনজিৎকী মখুরানা পোকপা থবক ফংগ্রবা খিং এঃ পাখং অমগীসিহায়।

গেরেজদগী গাড়ী ঈঙ্খোরুহুনা ৱাৱী ৱাতাই তৌহুনা থোক্লরকই। গেট য়োৱকপদা শঙ্গাইনা ময়ামদা বিদাই পী। শান্তিকুমারদি কোলহৌই; হায়ৱকই, "ভাই, ঙসিগী অসিগদি নিপান শুররিনি। ঐনে শিংবা ঙমথিরোইকো।"

"নঙোন্দ কনানা পৈশা শিংঙ্, হায়রিবনো?" শঙ্গাইনা শাউরগ্ন হায়রকই, "ভাই, নঙ তৌগল্লুকো। ঐবু মীতোপ অমদৌনা থম্ব মাল্লি। নঙনা পৈশাদো শিংলক্লবস্তু ঐদি লেংবোই।" হায়ফম তৌকম খঙদনা মথুং-মশা থেক্লুনা ঙাইহাক লেপল্লগা শান্তিকুমারহু পরপ পরপ চংখি।

মুমিৎ থোরক্কদৌবে। তু লোমদা য়েংকী খুজেং ওয়গী খুংনা পায়; মক লুকথজুনা হুজ্জিল্লকই। অচোপ অৱেন থিদনা পৈশা তান্নরিঃ সমাজদা ইজ্জৎ সন্মান ফংননবনী। ঠিকাগী লমজেন্নীঃ লমশা পায়রবদি অপাংবা ওইরবস্তু অশিংবা ওইবে। লনগী মপু ওইহৌরবা মতীক চাবা, অশিংবা কয়া কাম্বথাঙ ওইনা তা-নবে। লন পায়বনা মৱায় তাংবন ফম্লরি; লন লৈতবনা মাগী ভাষণ তা-নবি। অরৈবা মীমা লৈতবা মীদা শাসন তৌবি। শাসন চলাইফমদি এম' এলঃ এঃ নী-থ্বাইদগী চাউবা ঠিকানী। ঠিকাদার ওইবগী ক্বালিফিকেসন্ন পৈশা চাইনা পুথোকপা ঙম্ব।

শঙ্গাই মোমোন নোক্লকই। "ঠিকা—এমঃ এলঃ এঃ," মথম্ভ হায়জৈ; "ঠিকাদার — শঙ্গাই।"

---

# চরু কন্নী

শ্রী শ্রী লাউরবা থৃবাক্ত, তঙশিনখিত্না তোঙখৎলবা মক্তমশিংদু নান্দুনা য়েংখৎলী। পুর্নিমাগী থাজনী। নোংপোক চীংদোন্দগী ক্ষনা থাংনা কাররে। থেঙনা লৌকাররকপা কাঙবুনা সড়ক্ত শা-নরিবা থারী থাতাই মুংশিংনা মরক মরক্ত পুররকই। পাম্বোম পাঙ্গল ফরি। মন্দো থম্বালমচা নত্তনা অতৈ মচে, মনেমশিংদগী মাপীনা লাইতং অমত্তস্থ হেনখিদবা মুমিৎ য়াওরক্লি। ক্তক ওইনরিবা পাক্লবা বোরাথাউ অত্থ শৃপচিন্দনবা মচি মচি পায়হ্না চিংথোক্লুই। নাকন্দগী থাগোন অমা পুশিল্লকই। তাম্থা নাইনা য়ৈবা অমুক হৌরকই; তুপ তুপ। মচে মুখিনা য়ৈবগী মখোল তায়; ফুপ ফুপ। মুংশিংনা ছুরকপদা তারকই; ফুদ্রপ ফুদ্রপ। ঙসিগী য়ৈ-নখিবা লৌকম য়াম্মী। মুমিৎ মঙা তক্লক্লিগী মমাঙদা মখোয় অনী নত্রগা অহুমগী ফুদিংকম তিমরম্মী। নোং তাদনা অসুম লৈরবদি থবক কম্ম চিল্লবদৌরি।

লৈবাক্কী লৌরোক থানী; লৈবাক্লৈগী সু লৌরোক থানী। অমুক, মুংখিন্দ থাওবা নত্রগা য়ৈবা য়াওক্লই। হল্লক্লগা ইমুংগী

অরাং-অপা য়েংশিন্নবী। অহনশাবী চিন্তামনি চহী মাপন তরক্রে; ক্লাস ফাইভ তম্লি। চাক ঈশিং মাপী মখোনী। মনাও মুহিনীগী মখোনা থুংলোকপী শান্নবা অছুগা মৌপ্‌রা য়াজুপা মার্বল লীংনবনী। মচা অহুম অমদি মশাগী চহী অমগী চা-নবা থরভস্তু পৈহোঁদবা য়াদে।

নাপ্পকনি মিপাইজৈ। লোম্ন ঈশ্বরদা থুক্নমজৈ: য়ূমলোম্নবা ও: সিং: সাহেবকী হুপী, মখো হাওবী তবাবীদা নাহবীয়ু। অঙাং ওইরিঙৈদা স্কুল তম্মীন্নরকই। তবা তবানা হৌরকপী তবাবীনী। ওসিদি শূন্‌গল ওয়ে। চাবমক ফ.ত্রবস্তু 'য়ূমলোম্নবনিনা উঙরে, ঙায়া অছুগা পেঙবা থরাক। সাহেবতা কংলবনী। অহাউবতা চাবনী। সনানা মপাক মপাক; মাঙোনগী সোফাদা মুমিং থুদিংগী ঙাঙোইরি। য়াম্বগ্নে, ডাক্তর; ঈ হেয়ে, ডাক্তর। নোংমদা অহুমক চাগদবা গুলি অমগী মমল লুপা মঙা; ডাক্তর লাকপা থুদিংগী লুপা য়াথে য়াথে। নোংজুথাগী শূফম চংফম লৈতবা মতমদা লুপা য়াথে লৈজরবদি মমা-মচা মরিগী দথা কোক্লনী; মুমিং কুম্নাখোইনি চৌম্ন ওংতুনা চাবা কোম্নগনী। মঙোন্দ নাপ্পরবদি কমদৌনি? থনুবদা লৈবাক্লেদো কোকচাওবী কায়।

মমাও লৈকাইগী মচে তফাদি লাক্লরোই। মনাও হুপাহু য়াররোই হায়রহুনা লৈকাই তাক্লহৌরে। ঙরাংদি মবানী ফুদিংফম তিনৈ। মপোং ফা-নদহুনা লৌফম হোংই। মপাউ হৈবী তফানী; শূমীন চংমীন্নবা মুংঙাই। "পোইম্নু থাশি ফাওবা য়ৈনিঙাই লৈরদি চৈরোংসে চামোর ওইদৌনি।··· ঈচাউ লৈঙোইনা লৌখৈ থঙনদবদে লৌফম কন্নরগা ওইজৌ হায়রদি পরী অমদি ফংহৌনিসে। ··· সেনেমাগী হেয়োইন্ন অবা-অনং শাবা শুকমান মান্দেনে হা? ঐনা শেংলি ইন্নিবা ফিসে শেংহন্নু, মকোক্ত লাইতং মঙা চন্দ্র বোরাথাউসে পুহন্নু; মথুং নাম্বনা চৈরোং, নাম্বনা লীথায়ক্কক পায়হন্দুনা লৌরিসিদা চংহন্নু, পানগদৌনি। ··· ঐখোয়দা য়েংঙগা কপকেদি হায়ত্রে,

অরাবা-শায়শিল্লবা খুঙ্গী হুরিং য়েংঙণা কপইবা ফাম্বুক্নি চৈরোংশিনবা শাবুন্নাংইসি।” খোম্বী রাক্লোপ য়াংখুনা কয়া অমম্থ্ ঙাঙই। ভক্তাগী মাহৈ মাতানা ময়ামগী পোখাপোং ওইনৈ।

“লৈরাক্কে,” মচে মুখিনা লাউরকই ; “ভক্তাগী মনাও সুপাত্থ ওইরম্মারেনে। মোংকম মপাদা নত্রনে?” “মানি ইচে, যজ্ঞগী মৈনী।” থবক শুক্ল লেপ্তুনা য়েংই। পাম্বুইদা, পুন্সিগী শিত্মা পাক্ললমদনা লমথাক্তদা চৎলেদো হায়হুনা মুখিনা খোম্বক্ত তায়। নোংমদি শিবা শোয়রবনী ; কৈদৌঙৈ শিগনি হায়বদি খঙদে। পোক্পা শিবা অনীমক ঈশ্বরনা পীবা শুদোলনী : হৌবা লোইবা অনীমক লৌশিং জ্ঞান মাঙহল্লকই।

হৌজিক শিরা তারবদি কমদৌনি? লৈবাক্কে কোকচাঙবী ক্তারকই। মচা অহুমম্থ উরকই। শাক্তকপা হুমিংনী ; মাঙবতা মজিলা পালা, পুং চোলোম য়েংলমথিগনী। মমাং পেল্ল য়েংজসম্থ। অপোকপী মমা-নদি মকে শেমহুনা, ফিগে ফনেক-রানী ফি থোন্দুনা মনাগী নারী-নাথাঙ, ওক্তী লীকফাং শিঙ্গুনা জগোই নোয়বদি মপুন্সিদা উররোই। ঈশ্বরগী নাম শোল্লিবী মশুং মমাম্বী, মচে [illegible] মচা অহুম্থ নামাম্মত ফংহন্নীসম্থ। পাপ চেপী লৈবাক্লেনা চৈরোংজগোই, হৈ লাউবগী শৈহেক্ক পুন্সি ঈশৈ শকচরি। মচা অতোম্বনা মবুক থাকচবা ভস্থ ফাঙবদং হিংহন্নীনবা ঈশ্বরদা নিজরি।

অমুক য়ৈবা হৌরকই। চক্ষী তরামাপন্দ য়ুম পাল্লকপনী ; কুন্মরি শুবদা লুপ্তা ওইরে। থা অহুমদা শায়রিবা মচানুপা অহু পোরহুনা মপুরোইবগী সংস্কার য়াঙখি। মতৌ য়েংবা হুমখিদে। না-দা য়াঙ্করকপা মানমী য়োন্দুনা আছি হুমিংতা কর্ম্ম লোইশিনখি। ইম্মুং পুবগী পোংলুম্ন নম্বরকই ; খোয়োবী লৈবাক্কে ফুম্বংনরকই। নোংম নোংমগী ব্রাংশিল্লকই। উখীরকপা ফি-রোল, কোল-লীক, অমুত্ত, ভায়বা, উপু মথং মথং য়োল্লকই। কাংথোন য়োনথিবা

ঘুমিত্ত মপি জানা কপহৌই। মোৎ রাকা অক অহেনবী পোৎ অমত্তম্ লৈরক্লরে। থা তরাগী অতাংহ্ থমমহ্না মহৌশাগুম-শুপা চংপা হৌরকখি।

মপাম যায়কৈদা মেংই অরাংশবী অরাংপা চাক্লনা। মনেন মকুহ্ যাগুম নংই, মনাওঙুপা অমনে, মচন্দ্ৰী অনীনে, মথোর মণ্ডাগী চক্লা লোংথরবা, হোংনবদা শায়কৈ থক্লনা চেল্লরি। খুজিম থোংতুনা চাক হায়হুনা থারকপ্রা ? নুং পেক্লুনা হবাগাড়ীদা হাপকংপা লৈবাক্লৈগী শিনযন্নী। লিংবা-পেংবা, থাওবা-য়েবা মাপী মথোনা। শূকম লৈতবা ঘুমিত্ত লোৎ থোয় যাক্না ঙ্গেনবানি। লোনোকপা লোইরগা চাং কাহ্না শীং চনন্নী। চাদা হৌবা য়েঙ্গাং-নাপা ফুক্লনি অহুগা য়োন্নগনী।

কোকথক্ত থাজনা ভাল্লরে। মপোৎ ফাবগাপ্রা থল্লকই। চেয়োঙ মথোক্ত মথুংনা কান্নন চন্দুনা থদাঙদা শোংনা য়েংলকই। মঙ্গী মৈহ্ মুৎথরক্লে। খুংশিংনা পুক্লকই; ফুক্রপ, ফুক্রপ। থাঙজেং লৌথোকুনা গুদাং তৈথোকই। থুন্নক্লোমদা য়েংবদা ইচাক চীকই। তুমথুন তান্নবা মতম্মী: লুম্নবা ফৈজুপ মরুমদা নাথোক্লমগনি। মচা অহুমদো তুন্নমনি। মপানা হীংবব কাংথোন অছু মমা-মচা মরিগী পোথাকন্নী। কুমশি কাইরেন লমতাদা কাংথোন মচা অমদি চলহনগে থল্লি।

মশানা য়ৈপ্রবা চক্কদা কাথংতুনা লোংনা হীপথে। মোন মোন লাউই; অরাবা হন্দোকই। অয়ুক ঙুংখিন্দনা লৈচিন থায়; নোং মংই। ঘুমিদাংলদি লৈচিন মচেৎ অমত্তম্ উদে; থাজনা ইক্ক লুনা চাল্লী। থাগী মান্নহিং ময়েক লেংনা উই। মনেম্ন নীবা থারীদা য়াওবা ভীমগী মচা ঘটোৎখচ নীংশিংলকই। মফি লৌথোকপা মতমদা ফিনা থুখ হুকচাংগী শক্লক ভৌরোক চৌই। কুমী কালেন থায়দনা মুংশিং ঙুংশা মায়োক্লবিনা মায়, ভক, থোঙ-খুৎ মুশিন

মুনা কাহৎলে। হিংলিমথৈ লোয়নরগদবা অমম অঙানগী মচুনা লৈজেংলবী লৈবাক্লেনী।

হোগংতুনা কন্মী ; মায় থাংগংতুনা য়েংই। মৈ মুংগ্রে ; মঙজোনা থোকখিবা থোদোকনী— নোংমা মুমিৎ অমা তুম চংখিবদগী মীকপ থোরকখিদ্রে। চহী মরি হৌখ্রে। মহাক লৈরম্লবদি মচা অহুমগী কৃষ্ণৈ য়েংমীরতুনা অবা মুংঙাই শরুক য়ামীরমগদবনী। মুক হোগংলকই। মাঙ-তুংগী রাথল থরনবা পারকপা কোক নত্তে ; থমুরগা জ্ঞান মাঙলক্লনী। হৌজিক হৌজিক্কীদা থবদা কোকচাওবী কারিবী লৈবাক্লেনী। লাউরকই, “হো ইচে, ইচেখি, পোৎ কাখিরোইদ্রা ?” মুখিনা খুমকই, “ননাদো তাদ্রে। ঐদি ঙসাইনা মৈবা তোকএ। চিবা হোরে।” চুখী, অকোরকপী চৈরোঙ মখোল তাবা ফংদ্রে। নত্তে, অমদি তারি ; মন্দো থম্বালমচাগী ওইগনী।

অপৌ অপৌবা চন্দ্র মতেকশিংতু ওংথাযতুনা থন্দোকই। লীথায়রক থম থম পেক্লুনা চিবা হোরকই। মুংশিং মায়রম য়েংহুনা অপীকপা চন্দ্র মতেক, মকুম অমখি ফৌবাম পাইথোকহনখি। থোইবী ফৌনি ; হুম রাবা ফৌদানী। অমুক মুংথিনগী নোংমং কিবদগী থাওরে তৌখিবা মকপ্পী। মায় পকই ; মুমিং হুম্নি কাওবা মৈবদা পোৎ ফানা ফংখিগনী। চিবা লোইরে। বোরাখাউ অমা থ্‌পচিন্দুনা পায়রগা হুম হোরকই। খো● য়েং-ওয়না থং থং কাওহুনা হুম্মী। পাখোম শিথরক্লবা মতমদা হুম লোইরে। ফৌহু বোরাখাউদা হাজিল্লী, থক থক নীকশিন্দুনা ওজিল্লী। পয়ানা রুক রুক লাকশিন্দুনা পুনশিল্লে। লাইতং মঙাকপী খজিক হেনগত্রা থম্লী। কোকশেং লোথোক্লুনা কম্ভোকই। ঊরম নাইরবা হুনাং কপথোকই।

মৈদোম তরেং নিপান লাখোক্লুনা মুখিপী মনাক্ত চৎলী। মাপীহু লোইরব্রে। মৈপ্রবা অমদি থাওজিবা লৌবুক লাখোক্লুনা

কুমিংকম অমদগী মতোঙ্গ অমমা চংতুনা কোক্কহৌ হৌনৈ। মক্তুং চঙশিন্দুনা শূরবা মীগী মপোং থোকহীদুনা মরী মরী থোক্লকই।

মক্তো থম্বালমচানু ময়াম পাংখীরবা কুমিং লৈরক্লে। সড়ক থাইদগী নক্লবা মকমদু মাগী ওইহনগনী। মচা মরিনী। কুপীনচা অহন্দু কুমশি পিঃ ইউঃ তমহল্লি। থংনবা মৌপ্রাহু চহী তরামথি হায়রক্লে। মচেল্লু কুমিং খুদিংগী পুং অনীদা হোগংলী। মৌপ্রা হোঝোকপীহুনা একাগাড়ী ইগ্নোকপীগনি। মানা লাইরিক পাহৌগনি। মচেগী একাগাড়ী পুরক্লুনা কুমিং খুদিংগী মমাবু লেকপা লাকই। লোংমা ফাদোক লম্বীদা থেংনবন্তু য়াওই অহুবু ঙাইহুনা লৈরবনা অয়াম্বনী। "মনিচৌ, কয়া কুইরে লাকপা ? পুং কয়া তাহৌরে ?" ঙসিক্লু মহৌশাগী পাউথুম্লো, "পুং অনী তাহৌরে। লাকপা কুইদরি।" মনিচৌগী মনাক্ত মাগী মাগী পোং থম্মরম্মী। মন্দো থম্বালমচাগী যোরাথাউ অচৌবহু লৈবাক্লেনা পুথোকপীরকই। অক্তৈনা হুম্ব থোংপা পাংখীহুনা লোইশিনমীমহৌই। মীদবু পঙচাউ চাউদনা মমিংজেক্ল লৈবী থম্বালমচানী। মচাগী একাগাড়ীগী মপোং অমা, মশাগী মপোং অমা নোংমগী ফংনবা হোংনরি। মীনা লাকত্রিটেদা য়ৈরম্লগনী; ময়ামদগী কোম হুম্মগনী।

সড়কী চিদাইদা ফমহুনা বিরি লাম্লহুনা থকন্নিমৈ। হুয়েংনা কনাগী লৌকমদা কুম্লগনি হংনৈ। হল্লক্লগা কুমিদাংদনা কদাইরোইদা শূক্লগনী থৱৈ। ঙসিগী মফমদা হক্লিন্দুনা য়ৈবা য়াখিনী। মাগীদিঃ য়ৈনিংঙাই লৈহৌজ্রে; নঙগীদা য়ৈমীক্লো হারেপ তানৈ। ঙসিদি তফা য়াওত্রবনিনা পোথাপোং ফংনজ্রে। ময়াম পূম্লক তম্বাবু নীংশিংলকই—

"ইন্দো, ঙসিদিনে মাই বাবাদো চাক চারমদাইদা কুং ক্লেক কাওজিল্লকএ। লৌবু ইনাক খুল্লমনি; অসুক ওম কারকপা অমুক্লেন্থ থেংনমক্ত্রি। লৌম্লে কারকপগী থিলাইবকা য়াওরগা হল্লকঅমিদা।

ঙাক্লুনা থম্লিবা খোঙ অদু তুপ্প হাংদোক্লুই। ফুমরায়ফা খাম্লিবা পোৎখোনগী ঙাওলৈনবা মচান অদু মাঙোন য়ৌরকই। খোঙখাউদু সুপকোন কোনখত্নুনা থুকউদা শোই। ইমুংদা থাংজিল্লকই। মমাও কাপ্পা কাচিন্দ পৈশিবা কৌ খরদুগী মখক্তু থম্মী। মচীন লৌখোক্লুনা হৈদোকই।

মপান্দ অমুক খোয়কই। ইমুং অচৌবদগী মকু অদো খৌদেমদুনা খোরকই। য়ৌরক্লত্রা হংবীরকই। "হোয়, বাজী" হায়দুনা খুম্মী; লুক, চৈরোঙ পুদুনা ইমুংদা চঙলকই। কি খর পুদুনা অমুক খোরকই। মকি' মরোন লৌখোক্লুনা কম্থোকই। নাকল থম্লিবা পুনগী ঈশিংদু শোক্লুবদা তু থ্যাও চুংলকই। হকচাং চামথোকপা লোইরগা কংনা তৌখোক্লুনা অকোৎপা ফনেকমন অমা হোংদোক্লে। খোঙ অদু অমুক ঙাকশিল্লম্মী।

তুম্লিবা মচা অহুমদুদা ঙাইহাক য়েংজে। ময়ায়দা তুম্লিবা রাজুদু তপ্প কোনখৎপীদুনা থাংদোরকই। "ইমা" মঙ-ওই, হা-ওই কৌরকই। "মানি, ইমানি" হায়দুনা কোনশিন্নী; মচাগুপী অনীগী খুল্লারোমদা মকোক ওন্দুনা হীপথে। চন্নবা তুম্বনী। মমাগী অঙৈংবা খোঙনা শোকপদা মচাগুপী অনীদু লেঙঙকই। মচাগুপা অদু চেজেং কোনশিন্দুনা খজাইদা হুম্ম হুম্ম চুম্মী।

নিত্রা দেবীনা লংনমনা কোনশিনথি চক্র কন্বী লৈবাক্লে।